# মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন : ঙরাং অমসুং ঙসি






মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন, ইম্ফাল
২০০০




MANIPUR DRAMATIC UNION : NGARANG AMASUNG NGASI
(MANIPUR DRAMATIC UNION : YESTERDAY AND TODAY)

*An account of Manipur Dramatic Union in Manipuri published by the Manipur Dramatic Union, Imphal.*




| | | |
|---|---|---|
| **Price** | : | Rs 70/-<br>Rs 100/- (Hard bound) |
| *সম্পাদক* | : | তেলেম উপেন্দ্র |
| *সহ-সম্পাদক* | : | লমাবম গজেন্দ্র<br>ডাঃ অথোকপম খোলচন্দ্র |
| *সম্পাদক মণ্ডল* | : | নোংমাইথেম পাহাড়ী, বিঃ জয়ন্তকুমার শর্ম্মা<br>অসেম প্রসন্তকুমাব, চবুংবম গুনিন্দ্র |
| *ফোঙবা* | : | মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিয়ন, য়াইস্কুল, পুলিস লেন, ইম্ফাল. |
| *মখুম* | : | বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেম |
| *অহানবা ফোঙবা* | : | মার্চ ১৫, ২০০০ |
| *কপি মশীং* | : | ৫০০ |
| *মমল* | : | লুঃ ৭০/-<br>লুঃ ১০০/ (মখুম অথাবা) |
| *নম্ফম* | : | *সুচেতা প্রিন্টিং রার্কস*<br>*মোইবাংখোম বোকুল মখোঙ, ইম্ফাল* |

মণিপুরগী থিয়েটরগী লম্‌দা পুন্সি

কখোকপিখ্রবা, মীনা শরু-শোন্নবিখিদ্রবা

কলাকারশিংগী মফমদা



অঙনবা মতম এম. ডি. ইউঃ গী আর্টিষ্টশিং ১৯৫৮ ইং



'শুনুগী মহাও' প্লেগী সীন অমা (ওয়দগী শ্যামকিশ্বর, সুবোন, যুগেশ্বরী দেবী) ১৯৯৮ ইং



'চক্র' প্লেগী সীন অমা (মাঙ ওযদগী- শবৎ অমসুং যুগেশ্বরী দেবী) ১৯৯৯ ইং

# জেনরেল সেক্রেটরীগী ৱারোল

ঐনা এমঃডিঃইউঃগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুবা হৌজরকখিবা অসি তাং ১৮।১।১৯৯৮ দগীনি । এমঃডিঃইউঃ গী শেল-থুমগী ফীবম অসি ওস্থোক্না শোক্না লৈরম্মী হায়বসি ঐনা থবক পুবা হৌগৈদগী খঙবা ঙমখি । ফীবমদু ঙসিসু পংফ-ফগত্তনা লৈরি । অদুমকপু হোলগী মরুওইবা থবক -- ড্রামাশিং চাং নাইনা উৎপদি ঙসি ফাওবা কায়দনা অদুম চথরক্লি ।

হোল শাগৎপগী মতাংদদি শেল লৈতবনা মরম ওইদুনা হৌজিক লৈরিবা ফীবম অসিদগী মখা তাবা থবক পংচৎ চথবা ঙমদনা লৈরি । থবক মখা চথবা ঙম্লবা পৈশা তান্নবগী থবক কয়া অমদি চথরি, থুনা নাখৈ অমদি শেংগদবা মাল্লি ।

থবক পুবা হৌরকপদগী পূক্লিংদা নুংনাংবা পোকহনবা ৱাফম অমদি হোল অসি ইং ১৯৩১ মার্চ তাং ১৫দা লিংখৎখিবনি, অদুবু হোল অসিগী মপুং ফাবা ইতিহাস ওইবা য়াবা লাইরিক অমত্তা ঙসি ফাওবা ফোঙবা ঙমদনা লৈরকপসিনি । লাইরিক ফোঙনবগী ৱাফম অসি ঐগী মমাঙ ইং ১৯৯৫ দগী নৈনদুনা লাকপনি । ইশামক্না জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুগৈদগী এমঃডিঃইউঃ গী মরুপ-মপাং কয়াগা তান্নদুনা মচাক-মথুম কয়া খোমজিন্দুনা ফোঙবতদি ফোঙলসি হায়দুনা হোৎনজরকই । এমঃ ডিঃ ইউঃ লাইরেম্বীনা থৌজানবীদুনা হোলগী ৭০সুবা মপোক কুমওন নুমিৎ অসিদা ময়ামগী মমাঙদা ফোঙদোকপা ঙমজরে ।

ঐনা জেনরেল সেক্রেটরী ওইদ্রিগৈদা হোল অসি শাগৎপদা থৌদাং চাউনা লৌবীখিবা এমঃডিঃইউঃ গী পেট্রোন অমসু ওইবীরিবা মিং পনজরবদা শ্রী অহন্থেম রোমেনকুমার সিংহ, আই.পি.এস. পু আর্টিষ্ট অমদি মেম্বরশিংনা মাগী মফমদা মতম চুপ্লদা তৌবিমল খঙবাউত্তুনা লৈজরি । লোয়ন-লোয়ননা হোল অসি শাগৎপদা শেলগী

মতেং অমদি পোৎ ওইনা পাংবীরকখিবা লৈবাক মচা তারবা মীওই পুম্বা, ঐনা লোইনমক পঞ্জদ্রবসু এমঃডিঃইউঃ না মখোয়দা তৌবীমল খঙবা উৎচরি ।

মণিপুরদা লৈরিবা প্রেস অমদি মেদিয়াশিং-- এ.আই.আর. অমদি দূরদর্শন ইম্ফালনা এমঃডিঃইউঃ বু শৌগৎপিদুনা থৌরম কয়া উৎহনবীখিবা অমদি শন্দোকপিখিবা অদুগীদমক্তসু এমঃ ডিঃইউঃ না মতম পুম্নমক্তা তৌবীমল খঙবা উৎচরি ।

বীরেন্দ্র কোংখাম
জেনরেল সেক্রেটরী, এমঃডিঃইউঃ
ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরগী ওইনা খ্বাইদগী লিরবা ড্রামা হোল 'মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন' না ওসি ফাওবা, থৱায় য়াওবিবা কলাকারশিং অমদি কলাবু নুংশিবীবা মীওই কয়ামরুম পুনশিঞ্জদুনা কলাগী পূজা তৌজরক্লি । লিরবা হোল অসিগী মরমদা খঙবীনিংবা নহা-অহল, ছাত্র-ছাত্রি মীওই কয়ামরুম্না লেংবীরক্তুনা হোল অসিগী ইতিহাস অমদি খঙবা য়াবা লাইরিক লৈবিবরা ? -- হংবিবা তাজে । থৌ-পুবীরিবা নক্তগা মাইয়োক্ন বীখিবা এমঃডিঃইউঃগী অহল-লমনশিং কনাগুম্বনা পাউখুম পীবা য়াম্না লুনা থোকখি । খঙবিনীংদুনা হংবিরকখিবা মীওইশিংদা ৱারী ওইনা হাইরপ লীদুনা তাহনখি । ৱারীশিং অদু মান্নবসু য়াওই, মান্নদবসু কোঙ্গায়নি অরেপ্পা অইবা অমা লৈতবনিনা । মরমদি হৌদোকরকপা--এমঃডিঃইউঃগী ফম্বাক্তা মখল-মথেল কলা কয়াগী খুদোল তম্বীরম্বা লময়ানবা কলাকার কয়া-কয়াদি তাইবং শিন্থা লোইদুনা মথং-মথং চৎনখি । খঙনিংবা, থিজিনবা পাম্বা কাঙবুসু নোংম-নোংমগী লাকপদি লেপ্তে,-- ৱাহংসু অসুম অসুম হংবা হেঙ্গৎলক্লি সংস্থান অসিগী মরমদা । হোল অসিগী থৌ-পুবীবশিংনসু অইবা অমত্তং থম্বদি চুম্না খন্নজবদি কুইরবনি । অদুবু তঙাইফদবা, হৌজিক হৌজিক্কী থৌদাংনা য়ামখিবনা থবক ওইনা পাঙথোকপা ইঙম ঙমদনা লাক্লি । তশেংবমক মমাংঙৈগী হৌখিবা রেকোর্ডশিং থিজিন হুমজিনবা লাক্কবদা অরুবা অমসুং ওইখি । অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও--ইং ১৯৪২, মেগী তাং ১০ দা ইম্ফালদা বোম তাখিবা মতমদা লৈবাক অসি কাংখোং চাইখি । মীপুম খুদিংমক লানগী মৈখু চুখি --এমঃডিঃইউঃ হোল অসিসু মিলিটরী কাংবুগী লৈফম ওইখি, লোয়ননা থিয়েটর হোল অসিগী ড্রামাগী ভোলুম, হিসাব বই, রিজোলুসন বুক অমদি অতৈ-অতৈ অরুবা চে-চাং কয়া মফম মরাং খঙখিদে । মসিনা মরম ওইদুনা অরিবা দোকুমেন্ট কয়া খঙনবা হোৎনবদা অরুবা অমা ওইরে । অদুবু এমঃডিঃইউঃগী মরমদা খঙবিহৌবা অহল-লমন, লাই-গুরুশিং কয়াদগী খরা হংজরগা, অফংবা চে-চাংনচিংবসু খোমগৎচরগা চেফোঙ অসি পুথোক্কবা হোৎনজবনি । তান্নজরুবা অমদি মচাক পীবিরকপা অমদি অইবা ওইনা

পীবিরকপশিং, মিং পঞ্জরবদা ˝ সোরোখাইবম ললিত সিংহ, ˝খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ, রাঃকুঃ রতনসিংহ, শ্রীহুইদ্রোম ইন্দ্রজিৎ সিংহ, ˝সোরেনশংবম নবকান্ত সিংহ, শ্রীএলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ, শ্রীসরাংথেম বরমণি সিংহ, শ্রীসাইরেম থানিল সিংহ, শ্রীচান্দম গোপাল সিংহ, শ্রীঙাংবম মেঘনাদ সিংহ, ˝ এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, শ্রীলাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ, শ্রীঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহ, শ্রীখাইদেম বিহারী সিংহ, শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা, শ্রীনোংমাইথেম পাহাড়ী সিংহনচিংবগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি । অরিবা, মরি লৈনবা ডোকুমেন্টশিং খোমজিনবদা তেংবাং চাউনা পীবিখিবা হৌজিক্কী এমঃডিঃইউঃগী ডাইস প্রসিডেন্ট শ্রীঅখাম ক্ষীরগোপাল সিংহ অমদি হোলগী থবক পুবিবা মীওই পূম্নমকপুসু লাইরিক ফোঙজরিবশিংগী মায়কৈদগী হন্ন-হন্না থাগৎচরি । মসিগীমথক্তা এমঃডিঃইউঃ গোভর্নিং বোডিনা এমঃডিঃইউঃ--ইতিহাস থিজিনবা সব কমিটি অমা শেমদুনা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা মপূং ওইবা থৌদাং শিন্নবিখি । থবক ওইনা মপূং ফানা থৌদাং য়াবিরক্লবা সব কমিটি অসিগী মেম্বরশিংদি--

১। সর্বশ্রী এনঃ পাহাড়ী সিংহ, চিয়ারমেন, ২। বিঃ জয়ন্তকুমার শর্ম্মা, ভাইস চিয়ারমেন, ৩ । বীরেন্দ্র কোংখাম,মেম্বর, ৪ । অশেম প্রসন্তকুমারমেম্বর, ৫ । থোকচোম মনাওবী সিংহ, মেম্বর, ৬। থোকচোম তঙ্কেশ্বর সিংহ, মেম্বর,৭। সোরোখাইবম শরতচন্দ্র সিংহ, মেম্বর ৮। রাঃকুঃ সনাজাওবা সিংহ,মেম্বর, ৯ । চবুংবম গুণিন্দ্রো সিংহ,মেম্বর, ১০। তেলেম উপেন্দ্র, মেম্বর, ১১। অথোকপম খোলচন্দ্র মেম্বর, ১২। বিঃকেঃ পেব্যা, মেম্বর অমসুং ১৩। লমাবম গজেন্দ্র, কনভেনর অসিনি ।

থোঙ্গৎপিরিবা থৌদাং অসি অরায়বা অমনি হায়না লৌজদে । অচুম্বা ইতিহাসকী পরিং অহা কায়দনা মীয়ামদা লাম্হোকপা ঙম্নবা হোৎনবদা অশোয়বা, অরানবা কয়া য়াওখিগদ্রা হায়বগী অকিবা অমদি অসুমক ফাওজে । অদুবু তঙায়ফদনা তৌহৌদবা য়াদবা, মতম্না ইনশিল্লকপা থৌদাং অমনি খঞ্জদুনা মীয়ামগী মতেং লৌজরগা অদুক মাইরোং য়াজরুবতনি । মরম অসিদগী মরী লৈনবা ডোকুমেন্টনা প্রমাণ পীবা নত্তবা ব্বারেং ইবিরকপা অমদি ব্বারী লীবীরকপা কয়া অসিগীদমক

লৈফম থোকপা দায়ত্ব অদু মশা মশাগী ওইনা থমজগে ।

য়ামুমক থৱায় যাওনা অসিগুম্বা এম:ডি:ইউ:গী চেফোঙ অসি ফোঙদবা য়াদে হাযদুনা ৱাখলদগী, পাঙ্গলদগী, মতমদগী পূমুমক কাইথোক্লুনা হোৎনবিখিবা ইযাম্বা শক্লবা বাচস্পতিময়ুম জয়ন্তকুমার শর্ম্মা (লাইফ মেম্বর এম:ডি:ইউ:) শৈরেংবা অমা ওইনা লৈবাক্লা শকখঙবিরিবা নিপা অসিবু শীংথাদবদি ঙম্লরোই । অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা অশেম প্রসন্তকুমার, লমাবম গজেন্দ্র, জুনিয়ার ডিরেক্টর বোর্ড মেম্বর এম:ডি:ইউ: (সেক্রেটরী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ), ডা: অথোকপম খোলচন্দ্র, মেম্বর এম:ডি:ইউ:, সোরোখাইবম শরত (ইমোমচা), লাইফ মেম্বর এম:ডি:ইউ:, মখোয়শিং অসিগী মমিং পন্দ্রবদি ঐহাক্লা লঙজবগুম থোক্লনি । অমুকসু মশাগী ইমুং-মনুংগী থবক-থনা অরুবা কোঙ্গায় থাদোক্লুনা হোল অসিগীদমক্তা তাঙলবা মতম কয়া কাইথোক্তুনা হোল অসিগী ওইবা চেফোঙ পুথোক্লবা হোৎনবদা শেলগী মতেং কয়াসু পুথোকপিখিবা কোংখাম বীরেন্দ্র, ওনররী সেক্রেটরী, এম:ডি:ইউ: বু ইডিটরিয়েল বোর্ডকী মায়কৈদগী অপেনবা ফোঙদোকচরি ।

অরোইবদা, ঐখোয়গী খুদোংচাদবা য়েংবিদুনা চেফোঙ অসিবু পুথোকপদা তেংবাংবিখিবা সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস, মোইরাংখোম লোক্লাওবুংগী মেনেজর শ্রীক্ষেত্রিময়ুম বিমোল সিংহ অমদি মহাক্কী ষ্টাফ মেম্বরশিংবুসু হন্না-হন্না থাগৎচরি, মখোয়গী মফমদা শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জবি ।

পঞ্জনিংবা ৱাফম অমত্তুংদি--চেফোঙ অসিদা ঐখোয়না থিজিনহৌবদা অৱাৎপা, চিখ-নাম্থহৌবা, অশোয় অঙাম কয়া য়াওরবসু খ্বাইপূমুমক্লা ঙাকপিনবা হায়জরি । মতুংগী খুৎনমদা শেংদোকচনবা অখঙ-অহৈশিংগী মত হরাও-হরাও লৌজগনি ।

তেলেম উপেন্দ্র
ইডিটর
এম: ডি: ইউ: ইম্ফাল

# হীরম-লামায়

# শ্রদ্ধাঞ্জলি

## মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ফাউণ্ডর মেম্বরশিং অমদি লৈখিদ্রবা কলাকারশিংগী মফমদা



## চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহ

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন লিংখৎপিরম্বা --মণিপুর থিয়েটরগী লময়ানবশিংগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্লা য়াম্না চাউরবা থৌদাং লৌবীখিবা মীশক অমনি স্বর্গীয় চিংঙাখম ময়ুরধবজ সিংহ । মহাক ইং ১৮৮৮ দা য়াইস্কুল, চিংঙাখম লৈরক্তা পোকখি ।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ময়ুরধবজ সিংহ মীয়ামগী থবক থৌরম কয়াদা থৱায় য়াওজবা মীশক্তি । মরু ওইনা থিয়েটরগী মাইকৈদা থৱায় লুপচে । অহানবা ওইনা মহাক বাবুপাড়াগী বাঙ্গালীশিংগা পুন্দুনা বাবুপাড়াদা লৈবা বামাচরন মুখোপাধ্যায় বান্ধব নাট্যশালা--মতুংদা ফ্রেণ্ডস ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়না কৌখিবা হোল অসিদা বাংলা লোন্দা ড্রামা কুম্বা হৌখি । মপুক্লিংদা মণিপুরগী ওইবা ড্রামা কাংবু অমত্তং শেমগৎনীংবগী অকনবা অনীংবা অমা পোকখি । Birds of same feather flock together হায়নবগুম ৱাখল পুক্লিং মান্নবা সোরোখাইবম ললিত, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র, ঙাংবম শ্যামকিশোর, হিজম ইরাবত লোয়ননা নোংমাইথেম থানিলগা পুন্না খুৎশম্নদুনা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন লিংখৎপগী থৌদাং য়ামিন্নদুনা ইং ১৯৩১ দা ঙাংবম শ্যামকিশোরগী ইংখোল--মমাঙ শঙ্গোয়দা সোরোখাইবম ললিতনা ইবা ড্রামা 'অরেপ্পা মরুপ' শান্নদুনা অহানবা ওইনা লীলা কুমখি । মফম অদুদা মথং মথং ড্রামা খর উৎলবা মতুংদা মশামক্তী ইংখোলদা ইং ১৯৩২ দা এমঃ ডিঃ ইউঃ হোংজিন্দুনা ড্রামা শান্ননবা হোৎনখি ।

চিংঙাখম ময়ুবধ্বজ সিংহ মীঘাম্না ইকাযখুম্নরিবা সদর পঞ্চায়েৎ অমদি চৈবাপ কোর্টকী মেম্বরনি। মতুংদা ড্রামাগী ফম্বাক্তা শক্লোন কয়াগী শক্তম লৌদুনা কলাগী পূজারী ওইখিবা শক্লাইরবা কলাকারনি। চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ ড্রামাগী লমদা থৱায় য়াওজবতা নত্তনা অঙাংশিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী মায়কৈদসু থৱায় য়াওখি। মৈতৈরোনগী তম্নবা লাইরিক ৱাৎলবা মতমদা 'শৈরেং অনৌবা' কৌবা শৈরেং লাইরিক ইদুনা অঙাংশিংগী তম্নবা লাইরিক ওইহল্লম্মী।

স্বর্গীয়না এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ড্রামাগী ফম্বাক্তা শরুক য়াখিবা অখন্নবা শক্লোনশিংগী মনুংদা 'নরসিংহ' ড্রামাদা মহারাজ গম্ভীর সিংহ অমদি 'কর্ণার্জ্জুন'দা যুধিষ্ঠিরগী শক্তম লাংখিবা ওস্থোক্লা পকচনা, ফজনা উৎখি -- উহৌবা কাংবুনা শোন্নরি। মহাক অসি ড্রামা কয়াসু ডিরেক্সন পীখিবা অখন্নবা শক্লাইবনি। অদুবু হেন্না থৱায় লুপশিনখিবদি ড্রামা শান্নবা মতমদা মঙাল (মৈ) না তৌগদবা থৌরাংশিং অসিদনি। ষ্টেজ শেম্বদসু থোইদোক্লা থৱায় য়াওই। তশেংনমক ষ্টেজ অমদি লাইট শান্নবদা লময়ানবা অমনি। মতম অদুদদি ইলেক্ট্রিক লাইট ফংলমদবনা পেট্রোমেক্স অমদি হাফলেম্প না শান্নরম্বা মতম্নি। ড্রামাগী সীন হোংবা খুদিংগী মম্বা-ঙানবা হৌজিক্কী ইলেক্ট্রিক লাইটনা শান্নবগুম শান্নখি। শম্বী চেনচিংবা মঙাল ফাওবা ঙমদবা পোৎনা শেম-শাদুনা থাউমৈগী মখুম চিংথোক-চিংশিন তৌনবা লং নত্তগা থৌবীনা মরী পান্দুনা ইরাই-লাইনা মতম চানা মৈ মমহনবা ঙালহনবা, লোয়ননা চে অপাবগী মখল-মথেল মচু শীজিন্নদুনা মতাং চানা ড্রামাগী ফজবা হেনগৎহনখি--ভাবত্তা অঙকপা ফাওহনখি। থিয়েটরদা ষ্টেজ অমদি লাইট অসি কয়াগী মতীক মরু ওইবগে হায়বদু মুন্না খংখিবা আর্টিষ্টনি। মহাক্লা তৌবিরম্বা কলাগী দান লৈবাক অসিনা মরু ওইনা এমঃ ডিঃ ইউঃ না কাউবা ঙম্নবোই।

এমঃ ডিঃ ইউঃ না ইং ১৯৩৭ তা, হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা হোংদোরক্লবসু মহাক্তি অরোয়বা মতম ফাওবা এমঃ ডিঃ ইউঃ বু থাদোকখিদে।

চিংঙাখম ময়ুবধ্বজ সিংহ ইং ১৯৪৪ দা তাইবঙপান থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি।



# নোংমাইথেম থানিল সিংহ

পুলৈরোম্বা খোংনাংখোঙদা লৈরিবা সুরানা মোটর্রসকী মফম, থায়না অঙোম নিংথৌ ইংখোল য়ুম্ফম হায়না খঙনরম্বা অসিদা নোংমাইথেম থানিল সিংহ ইং ১৮৮৮ দা পোকখি । অপোকপগী মিংনা নোংমাইথেম ইবুংঙোহল সিংহ কৌই । চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা অঙোম নিংথৌ ওইরম্বা , সুরচন্দ্র অমদি কুলচন্দ্র মহারাজ অনীগী মতমদা বৃটিশকা শোক্লবা মণিপুরগী নীংতম লান্দা স্না কোনুং কন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াখিবা অঙোম নিংথৌ গীরিধারীগী মচানুপা অহলনি । চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা কাঞ্চিপুরগী চন্দ্রনদীদা ফম্পাক শেমদুনা শান্নখিবা 'কলিয়দমন' লীলাদা কৃষ্ণ শাবদা পকচমনখ্রদুনা মশাগী মিং 'ইবুংঙোহল'গী মহুত্তা 'কালি' হায়না খঙনখি । লাকপা ওইরবা মতমদা 'কালি লাকপা' হায়দুনা কৌনখি ।

থানিল সিংহ, ঈশৈ নোংমাই, কলা সংস্কৃতিদা থব্রায় য়াওবা ইমুংদা পোক্লকপা মরম্মা মশামকসু মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিদা পুক্লিং লুপখি । সঙ্গীত নাট্যগী প্রতিভা পোকপদগী লোয়নরকখি । বাংলা লোন্দা শিক্ষা ফংলকপা মরম্মা বাংলা নীংথিনা হৈখি । অদুনা ইং ১৯০৩ গী অদুব্রাই, মশাগী চহী ১৫রোম শুরকপদা ভীক্টোরিয়া ক্লব অমদি বাবুপাড়া ড্রামা হোলদা শান্নবা বাংলা নাটকশিংদা মরুওইবা পার্ট লৌদুনা লীলা কৃমখি । মতুংদা মণিপুরী থিয়েটরগী ঈহৌদা মতম অদুগী থিয়েটর পামজবা মীওইশিং -- সোরোখাইবম ললিত, চিংঙাখম ময়ুরধবজ, হিজম ইবাবত, ঙাংবম শ্যামকিশোর অমদি খোমদ্রাম ধনচন্দ্রগা লোয়ননা ইং ১৯৩১ মার্চ তাং ১৫ দা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন, মতুংদা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন হোল অসি লিংখৎখি । হোল অসিদা শান্নবা লীলা কয়াদা শরুক য়াদুনা থানিল সিংহনা মণিপুরী থিয়েটরগী ঈহৌদা লময়ানবা ওইদুনা লমদম অসিদা ড্রামাগী কলা চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা শরুক য়াখি ।

থানিল সিংহ, এক্টর ওইবতা নত্তনা ডাইরেক্টর অমসু ওইখি। 'কর্ণার্জ্জুন' লীলাদা কর্ণগী শক্তম লাংখিবা 'শাহজাহান' প্লেদা ঔরঙ্গজেব শাখিবা উহৌবশিংনা ঙসি ফাওবা কাউনদ্রি। মহাক্না বাংলা লোনগী ড্রামা৷ কয়াসু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লম্মী; মমিং পনবা য়াবাশিংদি 'কর্ণার্জ্জুন', 'শাহজাহান', 'ভক্তবিল্বমঙ্গল', 'চন্দ্রগুপ্ত', 'ঐ মন্ত্রী ওইনি', 'হুরানবা', অসিনচিংবনি। 'ঐ মন্ত্রী ওইনি' অমদি 'হুরানবা' অনি অসি রূপমহল থিয়েটরনা মায়পাক্না কয়ারক হন্না শান্নখ্রে।

থানিল সিংহ, সমাজ সংস্কার অমদি শান্নখোৎনবগী লমদসু মমিং লৈবা মীশক অমনি। হিজম ইরাবতকা লোয়ননা সমাজ সেবা তৌরম্বগা লোয়ননা 'নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসভা' গী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরম্মী। ভারত নীংতম ঈহৌদসু শরুক য়ারম্মী। শগোল কাংজৈগী অফবা শান্নরোয়নি। শগোল তোংবদা অফবা জোকী অমা ওইনা মণিপুরদতা নত্তনা আসাম, ত্রিপুরা শাৎনা মমিং চৎলি। মশা নাপ্লি ইজৎ লৈ, চুড়াচান্দ মহারাজগা মতম লৈবা খিবিক্তা তিন্ন-তোৎনদুনা লৈ।

থানিল সিংহ, অহল ওইরক্লবা মশাগী চহী ৮৫ রোম শুরকপা ইং ১৯৭৪ দা মশাগী লৈফম য়াইস্কুল চিংঙাখম লৈকায়দা লৈখিদে।

থানিল সিংহনা মণিপুরী থিয়েটরদা তৌরম্বা দানগীদমক্তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মশা লৈখিদ্রবা মতুং ইং ১৯৬৫ দা 'নাট্য বিশারদ' ইং ১৯৯৭ তা 'নাট্য রত্ন' হায়বা উপাধি পীদুনা ইকায়খুম্নখি। ●



# সোরোখাইবম ললিত সিংহ

মণিপুর থিয়েটরগী জগৎতা অনৌবা য়াওল অমা পুরকখিবা, 'মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন' লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা, হোল অসিগী অহানবা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখিবা সোরোখাইবম ললিত সিংহ ইং ১৮৯২ জুন তাং ৫ নোংমাইজিং নুমিৎতা য়াইস্কুলদা পোকখি । অপোকপগী মিংনা সোরোখাইবম নিংথৌবা অমসুং অপোপীগী মিংনা য়েংখোম নিংঙোল কোম্বী কৌই ।

থিয়েটরগীদমক কৎথোক্লবা মাগী পুন্সিনি । ড্রামা তম্বদা অমদি তস্বিবদা চোকথবা নাইখিদে । মণিপুরী থিয়েটরবু মশক নাইবা, লৈবাক অসিগী লৈহাওদগী ময়েক শেংনা পুথোক্লম্বা শক্লাইবা কলাকারনি । মশামক এক্টর, রাইটর, ডিরেক্টরনি।

ললিত সিংহ, অঙাং ওইরিঙৈদগী ড্রামা য়াওবা হৌখি । লোক্লাওবুং, য়াইস্কুলদা লৈরম্বা পেটিগ্রু স্কুলগী ওঝা হেড মাষ্টর, কাছাড় কাহ্নাইলালপুরদগী লাকখিবা বিহারী সিংহনা মহাক্কী ড্রামাগী অহানবা গুরুনি । ওঝা অসিনা বাংলা লোন্দগী হন্দোকপা 'পাগলিনী' ড্রামাদা অহানবা ওইনা লীলা কৃমখি । ড্রামা অসি মৈতৈ খুল্লক্তা শান্নখিবা মৈতৈলোনগী খ্বাইদগী ইহান হানবা ড্রামানি ।

হোৎনবা কনবা, ড্রামাগীদমক পাম্মুবা লৈতবা, মণিপুরী থিয়েটরবু য়োকখৎচনীংবা কলাকাব অসিগী মতৌ উবদা, মতম অদুগী মমিং চৎলবা হেড পণ্ডিত, ড্রামা কয়া তাকপী-তশ্বীরম্বা ডিরেক্টর শ্রী খ্বাইরাকপম নবকিশোর সিংহনা ললিত সিংহদা হায়খি, 'ললিত সিংহ ! ঐগী ড্রামাগী যুগ লোইরে , নহাক্কী অচম্বা লোনগী ঈচেল অসিদা মণিপুরগী আর্টিষ্ট পুম্নমক্লা শোয়দনা ঈরোইজরগনি' । তশেংবসু ওঝা অসিনা তাকপীরম্বা ব্রাহে অসিমক মণিপুবী সমাজদা ময়েক শেংনা থবক ওইনা উৎপীখি ।

ললিত সিংহনা ড্রামা কয়া ইরম্মী। মহাক্কী খ্বাইদগী অহানবা ড্রামাদি হৌজিক ফাওবা মীয়াম্না পাম্লনা য়েংনরিবা 'সতী খোংনাং' নি। মহাক্না ইরম্বা ড্রামাশিংদি -- ১। 'সতী খোংনাং', ২। 'অরেপ্পা মরুপ', ৩। 'মাথুর', ৪। 'খম্বা শামু খোংয়েৎপা', ৫। 'মাইনু পেমচা', ৬। 'ভাগ্যচন্দ্র', ৭। 'পুরাণ মৈথাবা'নি মহাক্কী 'সতী খোংনাং' অমদি 'অরেপ্পা মরুপ' ড্রামা অনী অসি মণিপুর সরকারনা ইন্টরমেডিয়েত অমদি মেট্রিকুলেশন্দা টেক্সবুক ওইনা লৌখত্তুনা মতম কুইনা তমহল্লম্মী।

'অরেপ্পা মরুপ' মণিপুরগী অহানবা সামাজিক নাটক্নি, এমঃডিঃইউঃ গীসু খ্বাইদগী ইহানহান্না শান্নখিবা ড্রামানি। অসুম্না স্বর্গীয় ললিত সিংহনা লীলা কয়ামরুম ইবীদুনা মমালোনবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবিরম্মী।

মহাক ড্রামা কয়াদা মখল-মথেলগী পার্ট কৃমদুনা এক্টর অমা ওইনা শরুক য়াখি। চাওরবা এমঃডিঃইউঃগী ফম্বাক্তা মী পীক্তক তৌবা নোয়-পেল্লবা নিপা অসিনা থোরকপদা মহাক্কী আর্ট-এক্টিংদা ফম্বাক অসি পুংথল থল্লবোই নীংখি। কলাকার অসিনা শরুক য়াখিবা অখন্নবা শত্তংমশিংদি -- শকুনি, বিশ্বামিত্র, দুঃশাসন, সধিক, পূর্ণ অসিনচিংবনি।

ললিত সিংহনা মরুওইনা মহাক্কী হৈথোই-শিংথোইবা উৎখিবদি ডিরেক্টর অমা ওইননি। এমঃডিঃইউঃ গী ড্রামাখক্ত নত্তনা মণিপুরগী মফম কয়াদসু ড্রামা তম্বীখি, ডিরেক্সন পীবিখি। মহাক্না শান্নবা য়ারে হায়খ্রবদি ড্রামা শিং অদু মীয়ামদা লাম্থোকপদা য়ারে হায়না মতমদুগী মী পুম্নমক্না থাজনৈ। মহাক্না চাওরাক্না ড্রামা ৮০ রোম ডিরেক্সন পীখি। ইং ১৯৫৪ দা ভারতকী ওইবা নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেল দা এমঃডিঃইউঃ না শরুক য়ারুই। ফেষ্টিভেল অসিদা ললিত সিংহনা ডিরেক্সন তৌবা সবাংথেম বরমণিনা ইবা এমঃডিঃইউঃ গী ড্রামা 'হাওরং লৈশং শাফবী' না ফোক কেতেগোরিদা খ্বাইদগী অহানবা মনা ফংদুনা থিয়েটরগী লম্‌দা পীক্লবা চীংলৈবাক মণিপুরবু মশক তাকখি। মহাক্কী লমজিং মখাদা 'থিয়েটর সেন্টর, মণিপুর' লিংখত্তুনা সংস্থান অসিগী প্রসিডেন্ট ওইবীরম্মী। মণিপুরী থিয়েটরদা মহাক্না হোৎনজরম্বা অমদি মসিদা মপুক্সি কৎথোক্লম্বা অসিগীদমক মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা, মশা লৈখিদ্রবা তুং ইং ১৯৬০ দা 'নাট্য বিশারদ' অমদি ইং ১৯৯৭ তা 'নাট্য রত্ন' পীদুনা ইকায়খুমক্লখি।

থৱায়না পামজবা কলাগী লম্বীদা পাঙথোকপা য়াবা থৌদাং কয়া পাঙথোক্লম্লগা ললিত সিংহ ইং ১৯৫৫ ওক্টোবর তাং ২১ দা তাইবঙপান থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। মহাকপু নীংশিংবা ওইনা থিয়েটর সেন্টর, মণিপুরনা ওক্টোবর তাং ২১ অসিবু 'মণিপুর থিয়েটর দে' হায়দুনা চহী খুদিংগী পালন তৌরি।



# ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ (য়াইস্কুল্লাকপা)

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন লিংখৎখিবা মীওই ৬কী মনুংদা যন্ত্র সঙ্গীতকী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা শক্লাইবা নিপানি ঙাংবম শ্যামকিশোব সিংহ । মহাক ইং ১৮৯৩গী জানুৱাবি তাং ১দা যাইস্কুল পুলিস লেন্দা পোকখি । অপোকপগী মিংনা ঙাংবম যুগল সিংহ, অপোকপীগীনা থম্বাল দেবী কৌই । মহাবানী ধনমঞ্জুৰী (ঙাংবী) গী মৌপৱা ইবুংঙোনি । মবাই ইবুংঙো মহাবাজ সাব চুড়াচান্দ সিংহনা য়াইস্কুল্লাকপা ফম থিন্দোকপদগী শ্যামকিশোব সিংহবু য়াইস্কুল্লাকপা হায়না খ্বাইনা কৌনখি । চৈবাপ্তা থবক তৌবম্বদগী বেজিষ্ট্ৰাব ওইনা বিতায়ার্দ তৌখি ।

তশেংবমক যাইস্কুল্লাকপা থোইদোক হেন্দোক্লা তোখাইবা মগুণ চেনবা নিপা অমনি । অঙকপা অনৌবা পোৎ পুথোকপা, মীনা তৌনদবা থবক কযা পায়খৎপনা মহাক্কী মীযামগা মান্নদবা গুণনি । মশা-মউ ফবা পামজবা মীশক্তি । অহল ওইববা ফাওবা হকচাং ফনা লৈখি । মহাক্লা থাঙ্গত্তুনা শান্নবম্বা নূং হৌজিক ফাওবা লৈবি । জিম্নাস্তিক, সর্কসকী সাইকল পৌবা মশাগী য়াম্লা পামজবীনি । মখল মথেলগী অঙকপা থৌদোক কযাগা যাওনম্ব্ৰবা মহাক্কী পুন্সিনি । অচৌবা তেলঙ্গা অমা শাবগা, মদুদা নপ্পগা, লৈমপোকপা কৈকংবগী দলান মথক্তগী থাগত্তুনা পাযগনি হাযদুনা তৌখিবগী ৱাবী ঙসি ফাওবা লীনবি । অমনা কৌব্ৰু চীংথক্তগী মিংশেল খাল্লগা মহাক্কী মযুমগী শুমাঙদা মী অমা লৈবগা সাইন তৌনবগী থৌদোক হৌজিকসু কাউনদ্রি ।

মহাবাজ চুডাচান্দগী স্নাহাক্তক্তা থিযেটবগী ইহৌ য়াম্লা কনখি । ড্রামা অমদি লীলানা সমাজ শেংদোকপদা যাম্না চাউববা থৌদাং অমা লৌবি হাযবসি মুন্না খম্বৰগা লোযননা শ্যামকিশোব সিংহনা মশামক্কী মমাঙ শঙ্গোযদা ষ্টেজ শেমদুনা ড্রামা শান্নবা হৌখি । ভাবক য়াম্বনা যাম্না লাঙবা অমদি মক ওইনা তং-তাবা ড্রামা হোল অমা শাগৎপদা মতেং ওইনবা, অহানবগী অচঙবা শেল মহাক্লা পুথোক্কনি হায়না চপ

যুংনা লেপ্তুনা মণিপুরদা ইহান হানবা টিকেট প্লে শান্নবা হৌদোকখি । অসুম্না মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসি হায়রিবা শরুাইরবা নুপা অসিগী মমাঙ শঙ্গোয়দগী হৌখি ।

ড্রামাগী লমদা মহাক্না শরুক য়াখিবদি ম্যুজিক (কোন্সার্ট) কী মায়কৈদনি । ষ্টেজদা শরুক যারিবা কলাকারশিংনা অভিনয় (এক্টিং) তৌবদা অৱাবা, নুংঙাইবা, অঙকপা, অকিবা-- মখল মথেলগী রস কয়াগী শক্তম (বিকাব) উৎলকপদা ম্যুজিক্না য়াম্না চাউরবা মতেং অমা পীনবা হোংনখি । অনৌ-অনৌবা যন্ত্র কয়া শীজিন্নবা থৌরাং তৌরম্মী । হীরম অসোমদসু অনৌবা মীনা তৌনদবা তৌবা হৌদোকখি । মণিপুবদা ইহান হানবা ক্লারিওনেট খোংবা কলাকার ওইখি । শ্রীগোবিন্দগী বৈঠক্তা ফাওবা নুংতিগী খোংহনখি । ভাবক চোন্না তিনখৎলবা মতমদা ড্রামা হৌরমদাইগী কোন্সার্ট খোংবা — মরক্তা দ্রোপ্তা ভাবক্তা তোখাইবা নুংঙাইহন্নবা যন্ত্র সঙ্গীতকী ইনোৎ অমা পীবা অসি মহাক্কী খ্বাইদগী পামজবনি । ষ্টেজ আর্টিষ্ট অমা ওইনদি থোইদোকপা অখন্নবা শরুক য়াবদি লৈখিদে । অদুবু মহাকবি হিজম অঙাংহলনা অমুক্তিং নমদুনা থোকহনখি হায় ।

শ্যামকিশোর সিংহ, কলাগী জগত্তা ধর্ম্মনীতিনা জাত-বিজাত খায়বগী চৎনবী অসি কন্না য়ানিংদবা মীশক্নি । অঙাং ওইরিঙৈদগী বাংলা অমদি ইংবাজী শৈরেং থীবা মশাগী হৈনবীনি । মতম অদুদা বেণ্ড পার্টি অসি ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক্নি, ইংলিশকী মনাৎনি মাংঙি হায়দুনা তৌনরমদে । অদুবু মশানা পামজবা যন্ত্র ওইবনিনা অদুমক খোংখি । ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক্কী কলচরবু মণিপুরদা কলাগী মথেল অমা ওইনা হৌদোকপিখি । কলাগী মাইকৈদা মহাক্না তৌজবা কয়াবু শীংথাবীবা ওইনা ইং ১৯৮৩ দা ষ্টেট কলা একাদমী এৱার্ড পীবিদুনা ইকায়খুম্নখি ।

ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ (য়াইস্কুল্লাকপা) তাইবং থৌদাং লোইদুনা ডিসেম্বরগী তাং ১৬ ইং ১৯৮৪ দা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি ।



# হিজম ইরাবত সিংহ

মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিযন লিংখৎলম্বা মীওই ৬ কী মনুংদা জননেতা হিজম ইবাবতসু অমনি । মহাক্না ইউনিযন অসিদা মেম্বব অমা ওইনা যাওবতা নত্তনা ষ্টেজনচিংবা শেম শাবগী থবক্তসু যাম্না চাওনা মাযপুনখি । হোল অসি ঙাংবম শ্যামকিশোব সিংহগী মমাঙ শঙ্গোযদগী চিংঙাখম মযুবধবজ সিংহগীদা হোংলকপদা পৃথ্বীদা কুমদুনা ষ্টেজ শাদুনা লীলা তৌবা যাননবা হোৎনখিবা থিযেটবদা যাম্না থৱায ঝাওবা মীশক অমনি । হৌজিক লৈবিবা এমঃডিঃইউঃ গী সিম্বোল 'লাঙ্গোল কাবন' অসি মহাক্না কুবাওদা হক্লগা শাখিবনি হাযনা ৱাবীনবি ।

মবৈবাক মজাতিগী যাইফনবা শক্তম কযাগী শক্লোন লৌবম্বা লমযানবা ইবাবত সিংহ ইং ১৮৯৬কী সেপ্টেম্বব তাং ৩০ দা পিশুমথোং ওইনাম লৈকাযদা পোকখি । অপোকপগী মিংনা হিজম ইবুংঙোহল, অপোকপীগীনা চোংথাম নিংঙোল থম্বালঙম্বী কৌই । লাইববা ইমুংদা পোকপা ইবাবত নৌনা মপা কাযনখিদুনা মমানা মোইবাংখোম শৌগাইজম লৈকাযদা মনে ইবেম্মগী মনাক্তা শাইদাংদুনা লৈখি ।জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেভেন ফাওবা তম্লম্লগা মবাই ইবুংঙো সৌগাইজম সমবেন্দ্রগা ঢাকাদা ইং ১৯১৩ দা মহৈ মখা তমথনবা চৎমিন্নখি । পৃগোজ স্কুলদা ক্লাস নাইন ফাওবতং তম্লম্লগা ইং ১৯১৫ দা ঢাকা থাদোক্তুনা ত্রিপুবাদা মতম খবা লৈখি ।

অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইবিক লাইশু, শান্নখোৎনবা, সমজগী কান্নবা হীবম কযাদা মাযপুননা হোৎনবকপা নিপানি হিজম ইবাবত । স্পোর্টসমেন জর্নেলিষ্ট ওইবতা নত্তনা সাহিত্যগী মাযকৈদসু অচৌবা থৌদাং যাবম্মী । শান্নখোৎনবদা, ইং ১৯২২ দা টাউন ক্লব লিংখৎখি । কাং, হোকি, ফুটবোল,

ক্রিকেটনচিংবগী মশক নাইবা শান্নরোই ওইখি । বেডমিন্টন শান্নবদসু মমিং চৎখি । কাং শান্নবদা মহাক্কী চেকফে মমিং লৈখি ।

জর্নেলিজমগী ইথৌদা ইরাবত মশামক্না ইং ১৯২২ দা ইডিটর ওইদুনা 'মৈতৈ-চনু' চেফোং খুৎনা ইদুনা ফোঙখি। ইং ১৯৩২ দা মণিপুরী সাহিত্য সম্মেলনি--ইং ১৯৩৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ হায়না ওন্থোকখিবা সংস্থান অসি লিংখৎখি । ইং ১৯৩৭-৩৮ ফাওবা জেনরেল সেক্রেটরী ওইদুনা সাহিত্যগী সেবা তৌখি । ক্লাস ফাইভতা তম্নবা 'শৈদম শৈরেং' ইদুনা ফোঙখি । ইং ১৯৪৭ তা 'অনৌবা যুগ' কৌবা চেফোং অমসু ফোঙলম্মী । মহাক্না ইরম্বা শৈরেং লাইরিক 'ইমাগী পূজা' মহাক্না লৈখিদ্রবা তুংদা ফোঙলে । অদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্কী মফম অমদি অসুম্মক লৈরবনি ।

থিয়েটরগী মায়কৈদা হিজম ইরাবত মমিং লৈবা কলাকার অমা ওইবতা নত্তনা মসিবু য়োকখৎনবা হোৎনখিবা শক্লাইরবা মীশক্নি । 'রানী দূর্গাবতী' লীলাদা নুপী ফাওবা শাখি । ইং ১৯২৫ দা স্নাকোনুংদা শান্নবা 'নরসিংহ' প্লেদা কুমুদকী শত্তম লাংখি । ললিত সিংহনা ইবা 'অরেপ্পা মরূপ' ড্রামাদা চন্দ্রসিংহ শাবদা 'লুপা চনী-চনী' হায়দুনা এচিং তৌবদা চুড়াচান্দ মহারাজনা পেনমনখিদুনা 'হাই ঐ পীরগেনহে....... হায়দুনা লাউরকখি হায়না ঙসি ফাওবা হারীনরি ।

'দেবলা-দেবী' দা বোড়জী (বলদেব), 'বঙ্গে-বর্গী' দা তানোজি, 'বিল্বমঙ্গল' দা বিল্বমঙ্গল শাখি । মনখিবা চরিত্র খুদিংমক্তা ইপক্ত-পকচখি ।

মতুংদা ইরাবত, চুড়াচান্দ মহারাজগী ময়াম্নুংতোন চন্দ্রহাসকী মচানুপী খোমদোনসনা লুহোংদুনা মমাক ইবুংঙো মিংথোন ফংবগা লোয়ননা পঞ্চায়ত মেম্বরসু ওইখি । অদুবু নিংথৌগী শাসন্দা তুহৎপিরবা প্রজাশিংগী হন্দুনা পঞ্চায়ত মেম্বর ওইবা তোকপতা নত্তনা এমঃডিঃইউঃ দগীসু পুক্সিগী ওইনা তোকখি ।

'নুপী লান'গা মরীলৈননা জেলদা চঙখি । মহাক্না লাইরবা প্রজাশিংগী মরমদা থৌনা হাপ্পা ঈশৈ কয়া ঈখি ।

ইং ১৯৪৮ দা মণিপুর এসেম্বলি মীখলদা উখ্রুলৌ কেন্দ্রদগী ভোট কাখি । পুর্বাঞ্চল প্রদেশ শেম্বগী মাইয়োক্তা এমঃডিঃইউঃ দা মীফম অমা পাঙথোক্লি হৈদা নবান বাবু শিবগী মতাংদা খঙহৈ দনা মীরোৎ ওইখি ।

হীরম করাদা মীয়ামগী সেবা তৌরম্লগা ইরাবত, ইং ১৯৫১ সেপ্টেম্বর তাং ২৬ তা অঙ্গো চীংগী চীংখোদা লৈবা তাংবো সেদোগী লাইরবা লৌমি অমগী যুমদা পুক্সিগী অরোয়বা হাইপ তানখি ।



# খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ

খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ (থম্বৌ) ইং ১৮৯৮, ওক্টোবরগী তাং ২১ দা ক্বাকৈথেলদা পোকখি । অপোকপনা খোমদ্রাম জিতচন্দ্র সিংহ, অপোকপীনা লোকমঞ্জুরী দেবীনি । অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইরিক-লাইশু তম্বদা থৱায় য়াওরকই । জোনষ্টোন স্কুলদা লাইরিক তম্লকখি । চহী ২০ শুরকপদা শিলংদা মেট্রিক পরীক্ষা থাখি । মেট্রিক্তা ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌবকখি । মণিপুরগী ওইনা ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট ওইখি । মথংদা গুরুচরণ কলেজদা আই:এস:সি: তমখি । ইং ১৯২৩ মশাগী চহীনা ২৫ শুরকপদা জোনষ্টোন স্কুলদা অক্ষগী ওঝা ওইনা থবক পায়খি । মতুংদা মণিপুর ষ্টেট মিলিটরী পুলিসতা এসিষ্টেন্ট কমাণ্ডেন্ট ওইনা চঙখি ।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শান্-খোংনবা. লীলা ড্রামা পাম্লকখি । ক্লাস সিক্স তম্লিঙৈদগী স্কুলগী সরস্বতী পূজাগী লীলা য়াওনিংমনখিদুনা লীলা তম্বা লোয়া-লোয়া হেংবা হৌখি । লীলা নুমিত্তা মহাদেব শাবদু লাক্তবদগী মহাক্না মহৎ শিন্দুনা মহাদেব শাখি -- মহাক্না পামজবদু নীংবা থুংখি । মণিপুরগী থিয়েটর ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইবা তাঙ্কক অমা ওইরিবা মহারাজ চূড়াচান্দগী থৌরাং মখাদা ইং ১৯২৫ এপ্রিল তাং ৩০ দা মনা .কানুংদা ষ্টেজ শেমদুনা শান্নখিবা, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলনা ইবা ঐতিহাসিক নাটক 'নরসিংহ' ড্রামাদা কালাকার অসিনা 'নরসিংহ' গী শক্তম লাংখিবদা মণি ্র শীন্দুংনা মমিং লৈখি । মহাক্না শক্তম লাংখিবা লৈবাক্না অসুম্মক নীংশিংদুনত লৈরগদবা শক্লোনশিংদি 'কর্ণার্জুন' ড্রামাদা ভীম শাখিবা অসিনি । ফীবম মূ ্ অমদি তৌথোরকপদা ভীমতা-ভীম হায়বদু ওইরবোই নীংনখি । দুঃশাসন ্ মথবাক শেগায়দুনা ঔ থকপগী মতাংদু উহৌবশিংনা অঙকপা. অকিবা. তুজুংবা ফাওই হায়না হৌজিক্কাওবা রাবীনরি । অসিদা নত্তনা মরু ওইনা ্লাকার অসিনা শক্তম

লাংি বা মমিং চৎখিবা শক্তমশিংদি 'দেবলা-দেবী' দা খিজিরখাঁ, 'অরেপ্পা মরুপ' তা লাইরিক হৈতবা খুবীনা সহি তৌবা যুগলগী শক্তম, 'সাবিত্রী' দা অশ্বপতি, 'শকুন্তলা' দা কন্ব মুনি পনবদা মতীক চাবগাক্লি ।

শক্লাইরবা এক্টর অমা ওইবতা নত্তনা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র বাংলা লোন্দগী মণিপুরীদা ড্রামা কয়া হন্দোকপীদুনা, ইবিনবা মীওই তাঙলবা মতম অদুদা অৱাৎপা কয়া মেনখৎপিরম্মী । ড্রামা ২৫ দগী হেন্না হন্দোকপিদুনা এমঃডিঃইউঃ গী ষ্টেজদা শান্নবা লাঙবিখি । এমঃডিঃইউঃনা মীয়ামদা খুদোল তমজখিবা শীংথানবা য়াবা ড্রামাশিংদি --'দেবলা দেবী', 'সাবিত্রী', 'বঙ্গে-বর্গী', 'মিশোর কুমাবী', 'মন্দির প্রবেশ', 'দুগের্শ নন্দিনী', 'আলেকজেণ্ডর', 'সরমা', 'তাপসী', 'শকুন্তলা', 'বিন্দুগী মচা', 'মখোসু মীনি', 'রামের সুমতি', 'অমংবা নোং', 'দাবী', 'য়ুমগী মৌ', 'বিসর্জন', 'বিশ্বামিত্র', 'সদা শিবগী মঙ', --অসিনচিংবা কয়ানি । থিয়েটরগী লমদতসু নত্তনা শান্ন-খোৎনবগী অমদি অতৈ অতৈ সমাজগী য়াইফনবা থবক থৌরম কযাদসু অচৌবা থৌদাং কযা লৌখি । ওল মণিপুব ওলিম্পিক এসোসিয়েশন, ওল মণিপুর স্পোর্টস এসোসিয়েশনগী প্রসিডেন্ট ওইদুনা মতম শাংনা থবক পুবীখি । সমাজ সেবক অমা ওইনা য়ুম মৈ চাকপা কনবগী থবক, বাস্ত্রীয় স্বযং সেবক সঙ্ঘগী সঞ্চালক, ইম্ফাল কলেজ গোভর্ণিং বোডিগী মেম্বর, লো কলেজগী সেক্রেটরি মথংদা প্রসিডেন্ট ওইদুনা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌবাংগী থৌবম কযাদা থৌদাং লৌবম্বা লমদমসিগী অতাঙবা নিপানি ।

ধনচন্দ্র সিংহনা মণিপুরী থিয়েটরগী জগত্তা তৌবীশিবা দান কয়া শকখংবিদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইং ১৯৬৬ দা 'নাট্য বিশাবদ' উপাধি পীদুনা ইকায়খুম্মখি । রূপমহল থিয়েটরনা ইং ১৯৬৭ তা অভিনন্দ পত্র খুদোল তম্বীখি । কলাকারনা লৈখিদ্রবা তুং ইং ১৯৯৭ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নাট্য বত্ন' উপাধি পীদুনা অৱাংবা থাক্তা ইকায়খুম্মবা উৎখি ।

পুলিস ওফিসার ওইবতা নত্তনা শান্ন-খোৎনবদা, থিয়েটরগী লমদা, সমাজগী চাওখৎ থৌরাং কয়াদা মহাক্না তৌবা ঙম্বা দান তৌরম্লবা মতুংদা এমঃডিঃইউঃ গী অহানবা ফাউণ্ডর প্রসিডেন্ট, পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ ফাওবা এমঃডিঃইউঃ গী প্রসিডেন্ট ওইবীরম্লগা ইং ১৯৭০ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ১৮ দা তাইবঙপান থাদোকখি । শক্লাইববা মহাকপু নীংশিংজবা ওইনা এমঃডিঃইউঃ না চহী খুদিংগী মহাক্কী লৈখিদবা নুমিৎ ফেব্রুৱারী তাং ১৮ অসি 'আর্টিষ্ট দে' হায়না পাঙথোক্তুনা এমঃডিঃইউঃ না মহাকপু নীংশিংজবগা লোয়ননা লৈবাক অসিগী লৈখিদ্রবা আর্টিষ্ট পুম্নমক্কী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচচবি ।

মথওগ্না পঞ্জখ্রিবা ফাউণ্ডব মেম্বব ৬ অসিগা লোযননা মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিযনগী বঙ্কমঙ্কদা মতম কুইনা লীলা কৃশ্নীবম্বা অমদি মেম্বব ওইবিদুনা হোল অসিগী থৌশিল থৌবাংদা থব্বায় যাওনা মাযপুনবীবম্বা লৈখিদ্রবা আর্টিষ্ট পুম্নমকপু ইউনিযন অসিনা মতম লৈবা খিবীক্তা নীংশিংজবি । মখোযগী স্মৃতিদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবি ।

## শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবিবশিংদি :-

### *লৈখিদ্রবা নুপা আর্টিষ্টশিং :-*

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | বাঃকুঃ সনাতোম্বা সিংহ | ২৮। | যাম্বেম শশিমোহন সিংহ |
| ২। | অশাংবম মীনকেতন সিংহ | ২৯। | চিংঙাখম বাধাচবণ সিংহ |
| ৩। | হুইবেম লালা সিংহ | ৩০। | লাইশ্রম কুলচন্দ্র সিংহ |
| ৪। | অযেকপম গৌববিধু সিংহ | ৩১। | লাইশ্রম গৌবহবি সিংহ |
| ৫। | সৌগাইজম ইবোতোম্বা সিংহ | ৩২। | লৌবেম্বম কামদেব সিংহ |
| ৬। | ইবেংবম তিলক সিংহ | ৩৩। | কাংঙবম লালা সিংহ |
| ৭। | অঙোম বসন্তকুমাব সিংহ | ৩৪। | মযাংলম্বম ইবোহল সিংহ |
| ৮। | হিজম অঙাংহল সিংহ | ৩৫। | নান্দেবম ইবোযাইমা সিংহ |
| ৯। | লৈমপোকপম চাউবা সিংহ | ৩৬। | থোকচোম অঙৌবা সিংহ |
| ১০। | গুরুমযুম নীলকান্ত শৰ্ম্মা | ৩৭। | চিংঙাখম পিশক সিংহ |
| ১১। | কোইজম ভূতনাথ সিংহ | ৩৮। | চান্দম তাবাকান্ত সিংহ |
| ১২। | খ্বাইবাকপম তোমচা সিংহ | ৩৯। | ঙাংবম নিমাই সিংহ |
| ১৩। | অশেম তোম্বীসনা সিংহ | ৪০। | নোংমাইথেম লালবী সিংহ |
| ১৪। | লাইমযুম ইবোতোম্বী শৰ্ম্মা | ৪১। | নিংথৌজম তোম্বী সিংহ |
| ১৫। | লমাবম যদুমণি সিংহ | ৪২। | মৈত্রম বীব সিংহ |
| ১৬। | যুম্নাম বিধু সিংহ | ৪৩। | সোবোখাইবম অচৌ সিংহ |
| ১৭। | ঙাংবম যুগলচন্দ্র সিংহ | ৪৪। | সোবেনশংবম নবকান্ত সিংহ |
| ১৮। | অযেকপম শ্যামসুন্দব সিংহ | ৪৫। | খাইদেম মংলেম সিংহ |
| ১৯। | সৌগাইজম নবকুমাব সিংহ | ৪৬। | সোবোখাইবম ভুবন সিংহ |
| ২০। | লৈমপোকপম গুণি সিংহ | ৪৭। | সোবোখাইবম ব্রজলালা সিংহ |
| ২১। | নোংমাইথেম গোপাল সিংহ | ৪৮। | সোবোখাইবম ধনেন্দ্র সিংহ |
| ২২। | লৈথংবম তোম্বা সিংহ | ৪৯। | সোবোখাইবম নবকান্ত সিংহ |
| ২৩। | হুইবেম তোম্বা সিংহ | ৫০। | লৌবুকতোংবম বাপুবেন শৰ্ম্মা |
| ২৪। | নোংমাইথেম যোগেন্দ্র সিংহ | ৫১। | হিদাম তোম্বা সিংহ |
| ২৫। | এলাংবম জলচন্দ্র সিংহ | ৫২। | শাকংবম বীবহবি সিংহ |
| ২৬। | বাঃকুঃ সনাহল সিংহ | ৫৩। | অচোম অচৌ সিংহ |
| ২৭। | বাঃকুঃ সনামচা সিংহ | ৫৪। | অবিবম গৌববিধু শৰ্ম্মা |

৫৫। য়ুম্নাম থম্বৌ সিংহ
৫৬। অরিবম কুঞ্জবিহারী শর্ম্মা
৫৭। য়ুম্নাম ইতোম্বা সিংহ
৫৮। নারুংবম নরতন সিংহ
৫৯। খাঙেম্বম য়ুগীন্দ্র সিংহ
৬০। লাংগোলজম ইবোতোম্বী সিংহ
৬১। বীরমণি হৈস্নাম্বা
৬২। নামৈরাকপম শ্যামকুমার সিংহ
৬৩। লাইশ্রম বাবু সিংহ
৬৪। ৱাইখোম তারাকুমার সিংহ
৬৫। থোকচোম ইবোহল সিংহ
৬৬। মাইবম রামচরণ সিংহ
৬৭। সোরোখাইবম বকুল সিংহ
৬৮। কৈশাম ব্রজলালা সিংহ
৬৯। ব্রহ্মচারী ময়ুম হরিদাস শর্ম্মা
৭০। এল. মংলেম সিংহ
৭১। সাপম বিধু সিংহ
৭২। ফুরাইলাৎপম সুরেন্দ্র শর্ম্মা
৭৩। হৈখাম মোমোন সিংহ
৭৪। অখাম নকুল সিংহ
৭৫। মণিহার সিংহ
৭৬। খুমন্থেম ভগবান সিংহ
৭৭। বিহারী শর্ম্মা
৭৮। ওইনাম ব্রজবিধু সিংহ
৭৯। ইন্দ্রকুমার শর্ম্মা
৮০। অশেম দিনমণি সিংহ
৮১। লাইময়ুম তোম্বা শর্ম্মা
৮২। সারুংবম চাউবা সিংহ
৮৩। কালীমাই খোম্মৈ শর্ম্মা
৮৪। কৃষ্ণমণি শর্ম্মা
৮৫। মণিহার সিংহ
৮৬। হিজম ইরাবত সিংহ

***লৈখিদ্রবী নুপী আর্টিষ্টশিং :-***

৮৭। শাইরেম কন্যা দেবী
৮৮। হৈখাম নুংশিতোম্বী দেবী
৮৯। মুতুম খোমদোন দেবী
৯০। রসমী দেবী
৯১। চীরোম গৌরমণি দেবী
৯২। সামদ্রাম নিপীমচা দেবী
৯৩। অরিবম মানবী দেবী
৯৪। লৈহাউথাবম শামা দেবী
৯৫। জাহ্নবী দেবী
৯৬। ইবেমহল দেবী
৯৭। অরিবম ইবেমহল দেবী
৯৮। ৱারেপ্পম রাসমণি দেবী
৯৯। ভানী দেবী
১০০। ঙাংবম ওংবী মেধা দেবী
১০১। কমলিনী দেবী
১০২। থম্বাল অঙৌবীমচা দেবী
১০৩। দসু দেবী
১০৪। ইবেয়াইমা দেবী
১০৫। সাবিত্রী দেবী
১০৬। অরিবম রোশনি দেবী

কলাকারশিং অসিগী মফমদা এমঃডিঃইউঃনা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরি অমদি তৌবীমল খঙবা উৎচরি । পনজখিবা মিং পরেং অসিদা চিথ-নাম্ববা য়াওপ্রবসু তাকপিরকপগী মতুংইন্না মথংগী খুৎনম পুথোকপদা হাপচিঞ্জনবা থৌরাং তৌজগে ।

# মণিপুর ড্রামা মৈহৌরোনগী ৱারী মতেক অমা

সোরোখাইবম ললিত সিংহ

খৃঃ ১৮৫১ ফাওবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নিংথৌ ওইবা মতমদা শান্নবা লীলাদি মহাভারতকী সভা পৰ্ব্বনা যাত্রাৱালীগী মরূ ওইবা লীলা ওইনা শান্নখি। এম.কে. গন্ধার সিংহনা দ্রৌপদী শাই, আব.কে. রাজচন্দ্রনা ভীম শাই, বজাই তোলচৌ সিংহনা দুঃসাসন শাখি । দ্রৌপদী ফি মুনবগী মতাংদা ভীমগী আর্টস হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে হায়নৈ । দ্রৌপদীগী আক্ষেপ (তেংথা-নাওইবা) তা মীৎলুদা ঈরা নৌদবা ঙমদে । দুঃশাসন শাবা তোলচৌগী নুংশি হৈতবগী আৰ্টসতা ভাবক্কী নুপী অঙাংনা খোল্লাউ থানা চৈনখি । শমৈবাংনা উৎলম্বা সীনরী (দৃশ্য) লীলাদা চৰ্চা তৌনরক্কুনা লাংথবাল চীংখোংদা চেনবা চন্দ্রনদি কালিহ্রদ (কালিগী পাৎ) শেমদুনা 'কালিয়দমন' শান্নে । নোংমাইথেম ইবুংঙোহল সিংহনা কৃষ্ণ শাই । আব.কে.স্নাজাওবনা বলবাম শাই, অদুবু পোকপদগী অহল লমন্না থোল্লকপ মীং তোকখিদুনা লীলাগী টাইটল মীংনা শিনখি। ইবুংঙোহলবুনা কানগি কালি হায়না কৌনখি। মশানা ফম অচৌবা ওইদুনা লাকপগী পদবী ওইৱবা ফাওবদা কালি হায়না সহি তৌখি। সনাজাওববুনা বলবাম শাবা হায়না শিবা ফাওবা কৌনখ্রে । ষ্টেজগী বঙ্গমঞ্চদা নত্তে, প্রকৃতিগী বঙ্গমঞ্চদা উৎখিবা ড্রামানি হাযবদা চিংনফম থোক্তে । মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা লীলা হাযবা থৌওং অসি মতম চানা শান্নবা ঙম্লবদি অদুক্কী মতিক মগুন লৈ হাযবা অসি খনবা অমদি খঙবগী শক্তিসু 'কালিযদমন' অসিমক্তা প্ৰমান ওইনা পুথোক্লমই । চন্দ্রকির্ত্তি মহাবাজবু বিষয পুম্নমক্কী ৱাখনদা মীদগী হেল্লি হাযদুনা লৈবাক্তা 'ঈশ্বব মহাবাজ' হায়বা মিংথোল কৎখি । ব্রজলীলা 'চিত্রপট', উদুখোল' নচিংবা মতম অসিদা প্ৰাকৃতিক দৃশ্যদা শান্নখি ।

খৃঃ ১৮৮৬ তগী ১৮৯১ ফাওবা অসিগী মনুংদা শুবচন্দ্র, কুঃচন্দ্র মহাবাজ অনিনা মথং-মথং পানখি । মবম অসিদা হান্নগী লীলা নত্তনা অনৌবা হৌদোকলমদে । খৃঃ ১৮৯১ দগী ১৯৪১ ফাওবা সাব চুডাচান্দ সিংহ মহাবাজনা মণিপুবগী নিংথৌ ওই । হিবম পুম্নমক্তা চাওখৎপগী কৈবাক থাবীবমই । সাব চন্দ্রকীর্ত্তি স্নাহাক্ততা প্ৰাকৃতিক দৃশ্যদা লীলা উৎখিবগুম সাব চুডাবান্দ সিংহ মহাবাজনসু 'কালিযদমন' চীংমৈবোংদা তৌহনখি। কৃষ্ণ শাবা শগোলশেম ইবোচাউবা সিংহবু' কালিযদমন 'হাযনা মিংথোল ফংদুনা হৌজিক ফাওবা কৌনবি ।

মহাবলিদা শনশেনবা লীলা উৎখি । থাঙ্গেসেংনমক ভবরঙ্গমঞ্চ (তাইবঙ লীলা ফম্বাক)কী ড্রামানি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই । স্নাহাক্তক অসিদা ষ্টেজিং পোইন্ট লৌরকপা অসি থায়না হাওবম লৈকায় কৌরম্বা হৌজিক্লা বাবুপাড়া কৌনরিবা মফম অসি খৃঃ ১৯০৩ দা 'বামাচরণ মুখোপাধ্যায় বান্ধ্যব নাট্যশালা' হায়না ইনা কুপ্তুনা মমায় নোংপোক ওন্না বামাচরণগী কম্পাউন্দ মনুংদা থিয়েটর হোল অমা শাখিরমই । রোলিং মেথদকী সীনদা ড্রামা উৎপা হৌখি ।

খৃঃ ১৯০৫ দা য়াইস্কুল লোক্লাওবুংদা লৈরম্বা পেটিগ্রু স্কুলগী হেড মাস্টর ওইরম্বা কাছার কাহ্নাইলালপুরদগী লাকখিবা বিহারী সিংহনা মৈতৈলোন্দা শান্ননবা মাংলা বইদগী ট্রান্সলেসন তৌবা 'পাগলিনী' কৌবা ড্রামা বই অমা পুথোকখি। ঈশৈদি বাংলা ভাষানা শকখি । মৈতৈলোলগী ড্রামা মৈতৈ খুল্লক্তা শান্নখিবা মণিপুরদা অসিনা ইহান হানবনি । ড্রামা অসিদা ইশামকসু (এস, ললিত সিংহ) মকসু হারা থুংবা অমগী মীনাই শাদুনা কুমজখি । মতাং অসিদা ইশাগী চহী ১৩ মপুং ১৪ চঙলকপদা ঙাযরি । ঐগী পুন্সিদা ষ্টেজ কৃমজবা 'পাগলিনী সিনা ইহান হানবনি । বিহারি সিংহ হায়বসি লাইরিক্তসু ড্রামাদসু ঐহাক্কী ওঝানি ।

খৃঃ ১৯১০ শুরকপা মতমর্দদি জোনষ্টোন স্কুলদা পঞ্চমী । সরস্বতী পূজাদা বাংলা ভাষাদা অমসুং মৈতৈলোন্দা চহী খুদিংগী ড্রামা শান্নবা হৌরক্লে । মতম অসিদদি এডুকেশন ডিপার্টমেনর্কীসু মুনাল সিংহ ইনস্পেক্তর, জাতীশ্বর সিংহ ইনস্পেক্তর, নবকিশোর সিংহ হেড পণ্ডিত, চোংথাম খম্বা সিংহ মাস্তর মরি অসিনা লুচিংদুনা ড্রামা শান্নবা হৌরক্লে । ওঝাশিং অসি কাছাড়দগী ঙাক্তনি, লোল অসি খোইতক খোইতক তৌই । অদুনা খোইতক খোইতক তৌবা অদুবু অচুম্বনি হায়না লৌনদুনা থিযেটর গী লোন অসি নেচরদগী তোঙানবা মাল্লে হায়না অয়াম্বনা লৌনখিরমই ।

এডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী মনুংদা নবকিশোর সিংহ হেড পণ্ডিত অফাওবা এক্টর অমা ওইরমই । খুল্লক-ইরক্তসু ডিরেক্টর ওইদুনা য়াম্না মমিং চৎলি । খৃঃ ১৯২১ দগী ১৯২৭ ফাওবা অসিগী মনুংদা ড্রামাগী অকনবা যুগ অমা ওইনা মণিপুরদা ইরাং হৌখি । মতম অসিদা মৈতৈলোনগী ড্রামা শান্নরেদি হায়ববু লাইরিক অয়াম্বদি বাংলা ড্রামা বইদগী ট্রান্সলেসন তৌবা পৌরাণিক ঙাক্তনা নমখিবমই । অকোইজম অমুবী সিংহনা 'বিজয় মালতি' কৌবা ড্রামা বই অমা 'কন্ঠহার'দগী শেমদোক্তুনা পুথোকখি, অসিনা সামাজিক ড্রামাগী মনুংদগী ইহান হানখি ।

মৈতৈলোনগী ড্রামাদা মৈতৈলোনগী ঈশৈ, ড্রামাগী মতাং চানা শকপা হৌখিবসি 'পার্থ পরাজয়' কৌবা ড্রামা অমা জোনস্টোন স্কুলদা খাইদেম নোংয়াই

সিংহনা লুচিংদুনা শান্নখি । মসিনা মৈতৈলোনগী ঈশৈ শৈবেং চানা ড্রামাদা শকখিবা ইহান হানবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই ।

সাব চুডাচান্দ সিংহ মহবাজগী জন্মতিথিদা সনাজন্মস্থান নম্বুল মপাল লৈহাউথাবম লৈবক মনুংদ চহী খুদিংগী ড্রামা নোংবা নত্রগা নিনি উৎলমই । উজোম চাউনা চহী ১০ বোম উৎখি খুল্লকী ড্রামা পাটিশিংগী মনুংদা স্নাজন্মস্থা দা উৎলিবা পার্টি অসি শীংথানবা য়াবা অমা ওইখি । ড্রামা এক্টব ওইখিবা লুচিংবদি -- মোংজম তিলক, চোংখাম নিংথেমজাউ সিংহ, লাইবিকয়েংবম গৌবীবায়, লৌবেম্বম কামদেব, তখেল্লম্বম দামুদব সিংহ অসিনচিংবনি ।

মণিপুবগী ড্রামাশিং খৃঃ ১৯৩৭ ফাওবদা লীলাগী তোঙানবা অমদি সিন মপাক্তা ফৈনা চিংথোক চিংশিন হায়বদি ভাবক্তা তুং ওনথোকপা যাদে হায়বা অদুগা লৈপাক্তা খোঙ কন্না থীনবা অসিগা চৎনখিবমই । বীববস উৎপা মতমদা লৈপাক্তা নত্রগা উপাকনা স্টেজফ্লোব শেম্বা মথক্তা খোং কন্না থীনদুনা যাম্না চোংফনদুনা লাউবগা অযেংবনা খুবাক খুই থাগৎনৈ । মতম অদুদা সমালোচকসু পোক্তি, য়েংলিবশিংনসু নুংঙাইনা পেন্না থোক্লখি । কুংনা হৌবা শন্নৈবী ব্রাপন্দা স্না হিদাক থাজিল্লগা ব্রাপন্না কংশিল্লক্তুনা মাংথবকপগুম ড্রামাগী লিচিংনা, তিন্নবা যাবমদবা অপঙবা পুকচেল থাদোক্লদুনা অনি মবি তিন্নদুনা অব্রাবা লোঙ্গায় খাঙনদুনা ইনখৎলকপা পাখংশিংনা মহাক মহাক্কী মবৈপাইদসু ড্রামা তৌনবা লাক্লখি । ড্রামা তৌবা যানবা লৈকাইগী অহল-লমন যানবা থবক কযাসু তৌখিবমই ।

মতমগী ঈচেন্না কনশিল্লক্তুনা সাব চুডাচান্দ সিংহ মহাবাজসু ড্রামা তৌখি । শ্রীগোবিন্দ মাণ্ডবতা ষ্টেজ শেম্লগা, লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ বি.এল বর্ত্তমান সেসন জজনা ইবা 'নবসিংহ' প্লে তৌখি । খৃঃ ১৯২৫ সেপ্টেম্বব তাবিখ ৩০ গী নুমিদাংদা পুং ৮ ৩০ দা উৎখি । 'নবসিংহ' কৌবা লাইবিক অসি মণিপুবগী থাঙ্গেশেংবা (ওবিজিনেল) ঐতিহাসিক ড্রামানি । ড্রামাগী ফিবৌ তানবা শেমদুনা ই বকপা ওইববসু মণিপুবগী মবল অশেংবা ওবিজিনেল ওইবা ড্রামাগী বইদি 'নবসিংহ' না ইহান হানবনি ।

এক্স. এস পি. শ্রীধনচন্দ্র সিংহনা নবসিংহগী পার্ট লৌখি । নোঙান্না গোকুল শর্ম্মা শাখি । অনী অসি উল্লেখ(পনবা) তৌবকপগী মবর্মদি নর্বাসিংহনা খুল্লকী নিংথৌ মচা ওইনা লাল্লক্তসু নত্তবা, কাছাডদা লৈবিঙৈদা তুম্বা মতমদা বাজবেশ-কোযেৎ আজবী যেৎতুনা কিনাব তোপ্পা ড্রেসতা তুম্লম্বা উৎখি । অমনা চহী তবেৎ খুনতাকলবা, মণিপুবগী নাবক উবক্তা চাদ-থক্তনা লোক্তুনা লৈবদগী ঔব্রা সিফাযনা ফাদুনা পুবকপা গোকুল শর্ম্মা কিনাব তোপ্পা ফাজোম্দা

তনান-তনান উৎখি । একট্রেশশিংসু শাড়ি শেৎপা য়াওখি । মণিপুরগী অফাওবা এক্টর মাইকৈ খুদিংগী তিন্নদুনা উৎখিবনি । ঝঞ্জদি করি অমুক হায়গনি নিংথৌনা লাংবা থৌরাংনি, বোম তোপ চান্নবনা মখোন চান্নমক মান্না উৎখি । মাশুব চোন্না য়েংবা ভাবকশিং হরাউবা অমসুং নুংঙাইবনা ঙমখৈ লৈখিদে । 'নরসিংহ' বই অসি হৌজিক ফাওবা মরক মরক্তা শান্নরি । মণিপুরনা মনিপুর ওইরিবা মখৈ সাহিত্য পুকৈদা রত্ন অমা ওইনা লৈরগদবা 'নরসিংহ' নি ।

চৈরাপ মেম্বর ওইরম্বা শ্রীশ্যামকিশোর সিংহ গী মমাঙ শঙ্গোয়দা স্টেজ শেম্লগা খৃঃ ১৯২৮ শুবদা য়াওশংগী কুম্মৈ ওইনা এস, ললিত সিংহনা ইবা 'সতী খোংনাং' শান্নখি । নিংথৌ না মৈতৈ নিংথৌগী ফিজেৎ-কোয়েৎ ফৈয়েত্তা অদুগা ফমনাইবগীনা ফম্নাইবগী ফিজেৎ, লৌমীনা খুদৈ খুরাং ফাওবা শেত্তুনা পাওদরনা লৈখোম উফুল ফাওবা তৈথোক্তুনা উৎখি । মতম অসিদদি থাগী চেফোঙ 'য়াকাইরোল' থোরক্লে অমসুং সমালোচক চোংথোক্লরক্লে । বাঙ্গালীতনা ড্রামা হৈবোই নীংলম্বা ৱাখল অদু মতম অসিদগীদি মমি শামখ্রে । মমিং চৎলবা হেড পনণ্ডিত নবকিশোর সিংহ আর্টিষ্ট মশামক্না ক্ষেত্রীময়ুম সুরচান্দ সিংহগী শুমাঙদা এস. ললিত সিংহদা, 'ললিত সিংহ ! ঐগী ড্রামাগী যুগ লোইরে, নহাক্কী অচম্বা লোনগী ঈচেল অসিদা মণিপুরগী আর্টিষ্ট পুম্নমক্না শোয়দনা ইবোইজররগনি' হায়না আর্টিষ্টকী মগুণ চেল্লবা ভদ্রলোক অসিনা অতিংবা পুকচেলনা হায়খি ।

'সতী খোংনাং' শান্নবা মতমদা কবিরত্ন হিজম অঙাংহল সিংহ মশামক্না পার্ট লৌবীদুনা শীনলঙদুনা য়াওবীখি । অদুগা অয়েকপম গৌরবিধু এক্স মিনিস্টর, অঙোম বসন্তকুমার এম. বি. হোমিওপ্যেথিক, ইরেংবম তিলক সিংহ, পেস্কার মুনসি কোর্ট, লৈমপোকপম চাউবা সিংহ ভেক্সিনেটর পুম্নমক অসিনা লীলাগী পার্ট লৌখি । অদুগা গায়ক্না নীলকান্ত শর্ম্মানা ওইখি । লীলা অসি এস. ললিত সিংহগী অহানবা লাইরিক্নি । মশামক্না এক্টব ওইনা ওইনা ডিরেকসন তৌখি । লীলা অসিদগী চিংঙাখম ময়ুরধবজ চৈবাপ মেম্বব, শ্যামকিশোর সিংহ চৈরাপ মেম্বর, ইরাবত সিংহ সদব পনচায়েৎ মেম্বর, এস. ললিত সিংহ সদর পনচায়েৎ মেম্বব, নোংমাইথেম থানিল, পেস্কার মখোয় মঙা অসিনা মৈতৈগী ড্রামা ইউনিয়ন অমতং লিংখৎসি হায়দুনা তিন্নদুনা ঙাঙনবা হৌরকই । মসিগী মরমদা খৃঃ ১৯৩০ এপ্রিলগী তাং ১৭তা শ্যামকিশোব সিংহগীদা ঙাঙনখি, মসিদা শ্যামকিশোর সিংহনা প্রস্তাব অমা তৌখি মদুদি 'ড্রামা ভাবক্না লাঙদুনা নুংঙাইবা ঙমহনদে, অদুনা টিকেট প্লে তৌসি অহানবগী অচঙবা শেল ইশানা পুথোকে ।' ৱাফম অসি খন্নবদা চুন্মী হায়না লৌনখি । বঙ্গালি খবদংনা ড্রামা শঙ অমা থম্বা ঙম্লগা

অসুক যাম্বা মৈতৈনা ড্রামা শঙ অমত্তা থমদবা অসিমসু য়াম্না ইকাইবা ৱানি । অদুনা টিকেট প্লে ওইনা লীলা মথং-মথং উত্তুনা মণিপুবগী ড্রামা শঙ অমা শাসি হায়না লেপ্পখি । মতম অদুগী মমিং চৎপা এক্টর , এল্ল.এস. পি খোমদ্রাম ধনচন্দ্রবু সু য়াওননবা নেকলুই । অদুগা হান্নগী মঙাগা মী তব্দক অসিনা কমিতি অমা শেমখি । হায়খ্রিবা মী তরুক্কা শাবা কমিতি অসিগী মনুংদা ধনচন্দ্র নত্তনা মী মঙা অদুদি য়াইস্কুলদগী ঙাক্তনি । কনস্টিটিউসন অমসুং মেমোবেন্দম শেমলকপা মতমদা য়াইস্কুল নিপামচা স্কুল ড্রামা পার্টি হায়দুনা থোল্লবদি ঐ য়াওজবোই হায়না ধনচন্দ্র সিংহনা হায়বকই, মদু চুম্মি হায়না খন্নদুনা 'মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন' হায়না থোনখি । এস. ললিত সিংহনা 'অবেল্লা মরুপ' হায়বা মণিপুবগী সামাজিক ওবিজিনেল ড্রামা অমা ইদুনা খৃঃ ১৯৩১ মার্চ ১৫ দা শ্যামকিশোব সিংহগী মমাং শঙ্গোয়দা ষ্টেজ শেমদুনা টিকেট প্লে ইহান হানবা ওইনা ফোঙখি । অঙোম দবেন্দ্রজিৎ সিংহনা সীন অনীসু তেংবাংখি । মহাবাণী ধনমঞ্জুবী দেবীনা 'টিকেট প্লে তৌবদি থিংদে অদুম্নদি ওইবগা ইপাম য়ুম্মক্তদা টিকেট লৌদুনা লীলা তৌবসিদি লৈবাক্লা কবি হাযখিগনি ঐ কয়া পামদে' হায়না শোনবা তাবদগী চৈবাপ মেম্বব ময়ুবধবজ সিংহগী ইংখোল চিংখৈ চিথেক্তা পুম্নি মথক্তা ইবাবত সিংহনা ষ্টেজ শাদুনা মমাঙ শঙ্গোয়গা শম্নহনখি । শঙ্গোয়দা ভাবক ফমফম ওইনা শেমদুনা খৃঃ ১৯৩২ ইংদগী ১৯৩৬ ফাওবা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন চথবকই । অসিগী মতুংদা মিটিং অমদা শ্যামকিশোব সিংহ মশামক্লা উইদ্রো তৌদুনা তোকখ্রে । এস. ললিত সিংহবু মতম অসিদা এমঃ ডিঃ ইউঃ না সস্পেন তৌখি । মবক অসিদা শ্যামকিশোব সিংহনা এস. ললিত সিংহদা ড্রামা পার্টি অমা শেমগৎসি হায়না যাম্না কন্না তক্ল খি । অদুবু এস. ললিত সিংহনা 'মীবৈবাক মচাশিংনা নোক্লখিনি' হায়দুনা য়াখিদে । হায়বিবা মতম অসি শ্যামকিশোর সিংহনা সদব পঞ্চায়েৎকী মেম্বব ওইবি, এস. ললিত সিংহনা মখাদা মোহৰী ওইনা থবক তৌবিঙৈগী মতমদনি । ৱাফম অসি মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন কমিটিনা তাবক্তুনা এস. ললিত সিংহবু তবেৎলক হন্না মিটিংদা য়াওবনবা কৌখিবমই । তবেৎলকমক এস. ললিত সিংহনা নোটিশ ফংনা ফংনা চৎখিবমদে । মমৈদা নিপাল্লক শুবা মিটিংদি এস. ললিত সিংহগী য়ুমদা তৌগনি হায়না ইবকখি । অসুম তৌনা খ্বাইনা নুংশিবীবা লীচিংনা এস. ললিত সিংহনা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিযন্দা অমুক হঞ্জিন্দুনা যাওখি । মতম অসিদা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন স্কোপ খবা পীকই , মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিয়ন কৌসি হায়না প্রস্তাব তৌবদা ময়াম্না য়াবিদুনা 'মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিযন' হাযনা কৌখি । ■

# মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ৱারোল

*খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ*

ইং ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ দা মণিপুরদা বোম তাবদা লৈবাক অসি মরাং মথুম হৌখি অমসুং মদুদা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী হান্নগী লৈজরম্বা মগোৎ মচৈ, হিসাব, রিজোলুসন বইনচিংবা পূম্নমক পুম্মাঙ মাঙখ্রে । তাং ১৮/৫/৪২ গী অদুৱাইদগীনা ২৮/৬/৪৫ ফাওবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী হোল অসি মিলিটরীনা শীজিন্নে । মতুংদা মিলিটরীনা ঐখোয়দা হনবীরে । ঐনা নীংশিংবা খরদং কাউদনবা মখাদা ইজরি ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ হায়বা অসিগী মপুং ফাবা মমিংদি ' মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন' হায়বনি । এমঃ ডিঃ ইউঃ লিংখৎখিবা অসি ইং ১৯৩১ দনি । মসিগী মমাঙদসু মণিপুরদা ড্রামা পার্টি ময়াম লৈরম্মী । মতম অদুদা মৈতৈগী ড্রামাগী লোন অসি মৈতৈলোন্দি ওইরগা চুম্না হায়নদে ময়াংশিংনা ঙাংবদৌনা খোইরম্মী । এক্টিং তৌবা মতমদা খোঙ থীনদুনা ঙাঙবা অসি য়াম্না চৎনরম্মী । হায়রিবা দোষশিং অসি কোকনবা অদুগা মৈতৈলোন্দা ড্রামা শান্নরবদি শোয়দনা মৈতৈলোনগী লাইরিক মশীং হেনগৎলক্কনি হায়বা আশা অদু পুক্নিংদা থমদুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ অসি লিংখৎখিবনি ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ অসি ইহান হানবা হৌদোকখিবা মীশক্তি, ১। চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহ চৈরাপ মেম্বর, ২। হিজম ইরাবত সিংহ, ৩। ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ য়াইস্কুল লাকপা প্রেসিদেন্ট, এসঃ পিঃ, ৪। নোংমাইথেম থানিল সিংহ, ৫। সোরোখাইবম ললিত সিংহ অমসুং ৬। ঐহাক্না (ধনচন্দ্র সিংহ আইঃ পিঃ) ঐখোয় তরুক অসিনি । ইহান হানবা শান্নবা লীলানা ললিত সিংহনা লেংবা 'অরেপ্পা মরুপ' অসিনি । শ্যামকিশোর সিংহ য়াইস্কুল লাকপগী মমাঙ শঙ্গোয়দা ইহান হানবা লীলা উৎপা হৌই । অহানবা শান্নবগী লীলাগী খরচ মজা ইবেম্মা মহারাজ কুমারী তম্ফাস্না না পীবি । মদুদগী মতম খর লৈরগা ময়ুরধ্বজগী ইংখোলদা ষ্টেজ শাদুনা চহী অহুম্নোম মফম অসিদা লীলা উৎখি । মদুগী মতুংদা হৌজিক লৈরিবা, এমঃ ডিঃ ইউঃ হোল শারিবা অসিদা হোংলকই । হোল অসি শাবা মতমদা সমরেন্দ্র সিংহ মেম্বর, এল. ইবোহল সিংহ মেম্বর, রাঃ কুঃ ভাস্কর সিংহ মেম্বর, মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত সিংহ, অঙোম দরেন্দ্রো সিংহ পঞ্চায়েৎ মেম্বর, নদীয়াচান্দ সিংহ মেম্বর, শ্যামাচরণ সিংহ রিটায়ার্ড মেম্বর, কাঙবম ঝুলন সিংহ রিটায়ার্ড মেম্বর,

রাঃ কুঃ ম্নাতোম্বা সিংহ তোপখোংনাংখোঙ, চাউয়াইমা সিংহ মোইরাং নোংথোনবা অসিনচিংবা ভদ্রলোকশিংনা তেংবাংবিখি । হোল অসিগী লৈতেং মপুঙ ফাননবগীদমক শরৎচন্দ্র বরুয়া এস. ডি. সি., যোদ্ধা সিংহ পঞ্জাবী, বি. আর. কেরকেরা, রাথনসেন মেনেজব কলিকাতা কমর্সিয়েল বেঙ্ক ইম্ফাল ব্রাঞ্চ, কালী ভাণ্ডার অসিনচিংবা ভদ্রলোক পূম্নমক্না সীন, স্ক্রিম্নচিংবা পূম্নমক পীবিদুনা ইউনিয়ন অসিগী পূক্নিং থৌগৎপিখি । অদুবু ভদ্রলোকশিং অসিনা পীবিরম্বা পোৎশিং অদু হৌজিক লোইনা মাঙখ্রে- অবাবনি ।

হোল অসি শাগৎপা মতমদা কিস্তুরীচান্দ সরাওগীনা জিত্তগী মমল থা ৮ শেন্দোয় য়াওদনা ঙাইবিখি । অদুগা শ্রীমতি ঠাকুরপ্রিয়া রাজা চুম্ব্সিংহগী রানী সাহেবানা লুপা ১৫০০/- শেন্দোই য়াওদনা থংবীখি । হন্দক্তা বোম তারবা মতুংদা শেল শিংজখি । অদুগা শ্রীযুক্তা ৺মহারাজকুমারী তোম্বীম্নানা মমল য়াম্লবা শাড়ি ৩/৪ অমসুং লুপাসু পাংবীখি--স্বর্গীয় মহাবাজনা কার্পেট অনীগা লুপা ২০০/- গা পীবিখি ।

ইউনিয়ন অসিনা তেংবাংখিবা :-

১। মণিপুরী মহাসভাগী অহানবা অধিবেশন্দা ইউনিয়নগী লীলা শান্নবগী অশীংপা শেলগী ২ৄ মহাসভাদা দান তৌখি ।

২। মণিপুব গার্লস স্কুলদা মতম খরা তেংবাংখি ।

৩। ইয়োর হাইস্কুল (তোম্বীসনা হাইস্কুল) দা ইউনিয়ন অসিনা লীলা শান্নদুনা তেংবাংখি ।

অসিদসু নত্তনা ইউনিয়ন অসিনা মণিপুব মহাসভাগী অনীশুবা অধিবেশন্দা কাছাড় তান্না চত্তুনা মণিপুবী জাতিগী লীলা উৎখি । মতুংদা ইউনিয়ন অসিনা মণিপুব ষ্টেট বার ফণ্ডদসু মতেং পাংখি ।

ইউনিয়ন অসিগী পান্দমদি সমাজ সংস্কাব তৌবা অমসুং মতম চাবা মতমদা সমাজ সেবা তৌবা অমসুং তেংবাংবা অসিদনি । ইউনিয়ন অসিগী আয়না প্লেয়াবগী মবুক থন্নবা নত্তে । ঙসি ফাওবদা নুপী নত্তনা অতৈ কনা অমত্তসু ইউনিয়ন অসিদগী শেল ফংদ্রি । অদুগা কনা অমত্তনসু লৌগেসু হায়দ্রি । ইউনিয়নগী লীলা 'সাবিত্রী' প্লে উবদগী খম্বী ব্রাহ্মণীনা খাইনবক্লবী মশুনুপীবু অমুক হন্না মপুবোইবগী মযুম তান্না থিনবীখি । মসি উবদা ইউনিযনগী মঙলম্বা আশা মহৈ যাম্লে নীংজখি । সমাজ সংস্কাব তৌবা হাযবা অসি লাইবিক্তা পংই ইবগা, লেকচব পংতৌ তৌবগা লোইবা পোৎ নত্তে । ফত্তে হায়না নীংলিবা,

উ রিবা থবক অদু মশক উত্তুনা অফবনা কদায়নো, ফত্তবগী মহৈনা কদায়নো হায়বদু লীলা ওইনা উৎলবদি অপংসু অশিংসু ইলায় লায়না লৌবা ঙমই, মদুনা অফবা অমা ওইরকই । ড্রামা অমা শান্নবদা লাইরিক অমদি হেনগৎহৌরে ; মদুনা মৈতৈ সাহিত্যগী সেবা তৌবসু ওইগনি । মরম অসিনা ঐনা হায়জরিবদি লাইরিক হৈবা ইচীল-ইনাওশিংনা অনৌ-অনৌবা পাউতাক পীবা য়াবা লাইরিক (ড্রামা) লেংবিয়ু , চানবিদুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা পীবিয়ু--ঐখোয়না উৎপদা ঙমগদবা লৈরবদি হরাওনা উৎচগনি । ফগুনা য়ারবা মতমদা এমঃ ডিঃ ইউঃ না বই অদু ছাপা নমজগনি । লাইরিক লেংবিবা ইচীল-ইনাওদুগী অনোম্মল কাউদনবা লাক্লজগনি । লাইরিক অদু লীলা ওইনা উৎপদা ফংবা শেল অদুনা মতম চাবা, মরম চাবা মফমদা ময়াম্না খন্নবা অফবা মফমদা তেংবাংজগনি ।

এমঃ ডিঃ ইউ ঃ হৌদোকমিন্নবা মীয়ামগী মনুংদা শ্রীযুক্ত ময়ুরধ্বজ মেম্বর পরলোক্তা চৎখ্রে । মশাগী অৱাবা নুংঙাইতবা কোঙগাই খাঙদুনা চহী অহন্লোম ময়ুমদা ইউনিয়ন অসিবু য়োকপিরম্বগী ধর্ম্ম অদু ইউনিয়ন্না লৈরিবমখৈ কাউররোই । মেম্বর অতৈসু মাগী মাগী অবস্থানা য়াদদুনা ইউনিয়ন্দগী মপাল থোকখ্রে । হৌজিক লৈহৌরিবা শ্রীযুক্ত ললিত সিংহগা ঐগা ঐখোয় অনীতা ঙায়হৌরে । ঐখোয় অসিসু চহীনা অহল ওইরকপনা সংসারিক অবস্থা (ফীবম) হোংলকপগা মতম কুইনা থবক অসোমদা পূক্নিং চঙশিনবা ঙমগনি নীংলক্লে । হীরম অসোমদা থৱায় য়াওরিবা ইচীল -ইনাওশিং, সমাজ সেবা তৌবিনিংবা ভদ্রলোক ময়াম্সু ঐখোয়গী ইতেং পাংবিয়ু হায়না কৌজরি ।

হৌজিক্কী মতমদা ইউনিয়নগী থবক পুরিবা মীদি ঐগা, শ্রীযুক্ত ললিত সিংহ , শ্রীযুক্ত লোইতোংবম তোম্বা সিংহ , শ্রীযুক্ত চিংঙাখম পিশক সিংহ এম.এ. হেড মাষ্টর C.C.H. School, শ্রীযুক্ত ভূতনাথ সিংহ, শ্রীযুক্ত যুগলচন্দ্র সিংহ তরূক অসিনি । এমঃ ডিঃ ইউঃ হোল অসি মী কনাগী মরন্নাইগী মপোৎ নত্তে । মণিপুরী ঐখোয়গী অশেংবা ইরন্নি । মসিবু মূত্তনবা ইচীল-ইনাও পুম্ন মক্না হোৎনবিয়ু, তাকপিয়ু, থবক পুবিবা ঐখোয়না ফত্তবা অদু কোক্লবা হোৎনজগনি ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মেম্বরশিংগী মরক্তা হৌখিবা চহী অহুম অসিগী মনুংদা শ্রীযুক্ত ময়ুরধ্বজ চৈরাপ মেম্বর, শ্রীমান অচৌ সিংহ, শ্রীযুক্ত সৌগাইজম ইবোতোন সিংহ, শ্রীমান চোঙোল শর্ম্মা, শ্রীমতি পিশক তোম্বী, শ্রীমতি গুণমণি --মী তরূক অসি শিখ্রে । হায়বিবা মীশক তরূক অসিগী মহুৎশিনবা মী পাক লাক্কনি হায়বা থাজদ্রি । মখোয়বু কাউদনবগী মশক ওইনা ফোটো অমমম হোলদা থম্নবা হোৎনজরি ।

তাং ১০/৫/৪৬ ইংদা ফমখিবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী জেনরেল মিটিং অমসুং পাস তৌখিবা রিজোলিউশন :-

১। মণিপুর ষ্টেটকী মনুংদা লৈবা হাযস্কুল খুদিংদা পুওর ফণ্ডগীদমক থা খুদিংগী লুপা ৫/৫ দান তৌবা ।

২। থা খুদিংগী চেরিটি শো অমমম উত্তুনা চেরিটি ফণ্ড অমা থম্বা । কমিটিনা, ফণ্ড অদুদগী দান তৌবা মতীক চায় হায়না খনবা মফমদা দান তৌবা ।

৩। ড্রামাগীদমক এমঃ ডিঃ ইউঃ গী হোল ৱায়বা পীববদি শো অমগীদমক লুপা ১০০/- লৌবা । অতৈ শোগীদমক্তি শো অমগীদমক লুপা ৫০/- লৌবা, মসিদা ফংলকপা শেল অদুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী জেনবেল ফণ্ডদা থম্বা ।

৪। এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মেম্বব অমা শিবা থোক্লবদি মাগীদমক্তা এমঃ ডিঃ ইউঃ না চেরিটি শো অমা উৎপা ।

৫। শ্রীযুক্ত ধনচন্দ্র সিংহ (প্রসিডেন্ট), শ্রীযুক্ত ললিত সিংহ (সেক্রেটরী), শ্রীযুক্ত এল. তোম্বা সিংহ, শ্রীযুক্ত ভূতনাথ সিংহ, শ্রীযুক্ত যুগলচন্দ্র সিংহ, শ্রীযুক্ত যদুমণি সিংহ (এ: সে:) বু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী চহী অসিমগী কমিটি মেম্বর খল্লে ।

৬। শ্রীযুক্ত ব্রজলাল সিংহ, শ্রীযুক্ত ধনেন্দ্র সিংহ, শ্রীযুক্ত নীলমণি শর্ম্মা, শ্রীযুক্ত নবকান্ত সিংহ, শ্রীযুক্ত পবিত্র সিংহ, শ্রীযুক্ত গৌরমণি সিংহ, শ্রীযুক্ত চন্দ্র সিংহ, শ্রীযুক্ত মংলেম সিংহবু সব কমিটি খল্লে । শ্রীযুক্ত ব্রজলালা সিংহবু কমিটি অসিগী সেক্রেটবী খল্লে ।

প্রসিডেন্ট
তাং ১০.৫.৪৬ ইং

# নাট্যগুরু সোরোখাইবম ললিত সিংহ

*হিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা*

থূপখ্রবা নাট্যগুরু সোরোখাইবম ললিত সিংহ সাং য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকায়, পুলিস লেন্দা দা শকাব্দ ১৮১৪, ইং কুমজা ১৮৯২ কালেন থা পানখৎলকপা নোংমাইজিং নুমিত্তা পোকই হায়না থেংনৈ অপোকপগী নাম-না সোরোখাইবম নিংথৌবা সিংহ অপোকপীগী নাম-না য়েংখোম নিংঙোল কোম্বী দেবী কৌই ।

নাট্যগী জগত্তা তশেংনা ঈশ্বরনা থারক্লবা মীশক অমনি হায়নিংই মদুদি চহী ১৩ শুরকপা অদুরাইদগী নাট্য-দা পুক্লিং চিংশিল্লকখি, অদুগা ওঝাগী চহী ১৫ গী তুংদা মণিপুরী নাট্যদা পুক্লিং চঙনা থিজিনবা অমসুং হোৎনরকপনা ঙসি মীয়াম্মা পাম্নরকপা নাট্য, মণিপুরী নাট্য (মণিপুরী লীলা) ওইরকখি । মসিদা শিংঙমদবা লমন অমা মণিপুরী নাট্যনা ওঝা অসিদা তোল্লবনি । মণিপুরী নাট্যগী ঈহৌ হিংগৎহনবদা অমসুং নাট্য শাস্ত্রদা অনৌবা রাখল ইথিল পীনবা হোৎনবদা ওঝানা চোকথবা, হনবা লৈতনা হোৎনখি অমসুং মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসি ইং কুমজা তাং ১৫ মার্চ্চ ১৯৩১ দা লিংখৎপদা মপুঙ ওইবা মেম্বর তরুক্কী মনুংদা অথোইবা থৌরম পুবা মেম্বর অমসুং লুচিংবা অমা ওইরকখি । সংস্থান অসিগী পরিচালক(Director)সু ওইবিদুনা পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী থবক তৌবীরমই ।

ওঝাগী লীলাগী মতাংদা খরদং পঞ্জনীংবদি ইং ১৯০৫ দা বাঙ্গালী লীলাদগী মণিপুরীদা অর্থ হন্দোকপা 'পাগলিনী' নাটক্তা ওঝানা পার্ট কুম্বা হৌরকখি । মণিপুরগী সাবিত্রীনি হায়নরিবা কন্যাগী মুৎনাইদ্রবা রারীদা য়ুম্ফম ওইবা 'সতী খোংনাং' ওঝা অসিগী অহানবা ইবা নাটক্নি । ইং ১৯৩১ দা শান্নখিবা 'অরেপ্পা মরুপ' হায়বা মণিপুরী সামাজিক নাটক অসি ওঝাগী অনীশুবা খুৎইনি । মতম অদুগী মণিপুরীশিংগী চৎনবী লমচৎ-ব্যবহার, য়ুম্বান-কৈবানগী মমি লীলা অসিদা য়াম্না ময়েক শেংনা তাই । 'ভাগ্যচন্দ্র', 'মাইনুপেমচা', 'মাথুর', 'পুরাণ মৈথাবা', 'খম্বা শামু খোঙয়েৎপা' অসিনচিংবা লীলা কয়া অমসু ইবীরম্মী ।

ওঝানা তস্থিবা লীলাদি মশীং য়ামখ্রে —পৌরাণিক নাটক 'কর্ণার্জ্জুন', 'উত্তরা', 'সাবিত্রী', 'নরমেধ যজ্ঞ', 'বিল্বমঙ্গল', ঐতিহাসিক নাটক—'দেবলা দেবী',

'শাহ্জাহান' নচিংবা কয়া মশীং থিঙমদনা তম্বিখি অমসুং ডিবেক্সন তৌবিখি। ইং কুমজা ১৯৫৪ দা নিউ দিল্লীদা ভাবত পুম্বগী ওইনা পাঙথোকখিবা ওল ইন্দিয়া ড্রামা ফেষ্টিভেলদা ওঝানা তম্বিবা অমসুং ডিবেক্সন তৌবিবা 'হাউবং লৈশং শাফবী' লীলানা ফোক কেটেগোবিদা ভাবত পুম্বগী ওইনা মকোক তাখি। মতম অদুগী ভাবতকী শক্লাইববা মামা ৱালেনকবনা মণিপুবী লীলা অসিবু অঙকপা ওইনা য়েংখি অমসুং ঙমখৈ লৈতনা থাগৎখি। এমঃ ডিঃ ইউঃ গী পার্টিনা মণিপুবদা হল্লক্কবা মতুংদা দিল্লীদগী ফার্ষ্ট প্রাইজ গী মনা লৌবনবা চেবোল থাবকপদগী অহল ওইবক্কবা ওঝানা লেঙবিদুনা ভাবতকী অহানবা প্রসিডেন্ট বাজেন্দ্র প্রসাদজী মনা অসি হাকথেংননা লৌকখি, খুৎ শোক্কবা হবাওমিন্নবনচিংবা তৌকখি। মণিপুবগী ড্রামাবু ময়েক শেংনা পুথোক্কম্বা, কলা অসিবু চাওখৎনবা হোৎনখিবা থৌদাং অমসুং কৎথোকপা-- দান কয়াবু নীংশিংবিদুনা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা 'নাট্য বিশাবদ' হায়বা উপাধি অসি ওঝা অসিদা লাম্হোকখি। নাট্যগুরু ললিত সিংহ্ ইং ১৯৫৫ ওক্টোবব তাং ২১দা তাইবংপান থাদোকখি।

ঐহাক মতম য়াম্না শাংনা ওঝাদগী লীলা তমজহৌই, বসগী মরু ওইবা মবম, লীলা মখল কয়াগী ভাব উত্তুনা তম্বীবম্মী। 'নব বস' কী ভাবয়াম্না শেংনা তাকপি। নাট্য শাস্ত্রগী হাবভাব, দৃষ্টি ভেদনচিংবা তাকখি। মতাং অসিদা পঞ্জনীংবা ৱাফম অমনা, ধীবেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায় কৌবা নাট্যবিদ অমনা পুথোকপা 'অভিনব ভাবেব অভিব্যক্তি' কৌবা মীৎয়েং, হাব-ভাব উৎপা, ধীবেন্দ্রনাথকী ফোটো চাম্মকুম্মঙাবোম য়াওবা লাইবিক অমা, ওঝাগা খুবাইবুংঙো ধনচন্দ্র সিংহগা অনীনা কলিকতাদগী চেনবিদুনা 'লাইবিক অসি নঙগীনি, য়াওবিবশিং অসি য়েংউ অদুগা নশানা শাবগা মিংশেল অচৌবা অমদা য়েংউ, মিংশেলদা নশানা ভাও উৎলগা মদুবু নশানা উজবা হায়বসি য়াম্না লুবনি, মতম শাংনা সাধনা তৌবগা উবা ফংলক্কনি' হায়না তাকপি। ঐনা হোৎনবদা থা ৩/৪ গী মতুংদা ঙম্বা (উবা) হৌবকই।

লীলাগী ৱা ঙাঙবদা নুংশাম্বব হোঙ্গৎপা, চিংশিন্নগা যোক্তুনা থম্লগা ঙাঙবা, থিংলগা ঙাঙলকপা (দাইলোক) মতমদা খাই-খাইদুনা বস অদুগী মতুং ইন্না নুংশিনা, কপ্না, শাউনা, ঙক্লা, কিনা, লেম্না ঙাঙথোবকপা অসিনচিংবসি ওঝানা লেঙখত্তুনা দিমোনষ্ট্রেসন তৌদুনা তম্বিগদৌবিবা ভাব বস অদু উত্তুনা মুন্না যেংহল্লগা ছাত্র অদুবু অমুক তৌহল্লি, হন্না হন্না তৌহল্লি, ঙম্ববা কন্না হোৎনহল্লি; ওঝাগী ছাত্র অবাকপা খুদিংমক মমাঙদা (ওডিতোবিযমদা) ফমহল্লগা য়েংহল্লি, খঙহল্লি। বিহার্সেল লোইবদুনা মযাম হন্নম্রবা ফাওবা তম্বীবিবা ছাত্র অদু

খামহৌরগা ঙসাইগী অদুগুম্না অমুক তম্বি ; ওঝাদি হনবা লৈতে । ছাত্রদুনা ৱারল্লগা লোন্না চেনখিবগী ৱারী লীনরগা ময়াম্না ৱা-ৱা নোকমিন্নখি । ওঝাদি নীংলিবা তৌরিবা থবক অদু মপুঙ ফাদ্রিবা ফাওবা, নীংবা থুংদ্রিবা ফাওবা হনবা লৈতে ।

লীলা য়াম্না শাংবা-- নাট্য শাস্ত্রদা দশ রূপক, অষ্টাদশ উপরূপক নচিংবা অঙ্ক ৫ দগী ১০ ফাওবা শাংবা লীলাশিংগুম্না মণিপুরী লীলা (ড্রামা) দসু অঙ্ক ৫ (ড্রোপ ৫) হায়নসু খঙনৈ । মঙা অসিগী মনুংদা অমুক গর্ভাঙ্ক হায়দুনা সীন মচা কয়া অমসু য়াওই । অদুনা লীলা অসি শাংনা শাংনা উৎনরম্মী । মসিথু ওঝানা ইন্টর্ভেল হায়না অঙ্ক ৫/১০ গী মহুত্তা ২ তা ওইনা হৌদোকপিরম্মী । গর্ভাঙ্ক সীন মচা মচা অদুদি অদুমক য়াওহল্লি । সীন মচাশিং অসি লৌথোক্লবদি লীলাগী মওং শাগৎপদা কায়রকপা য়াই হায়দুনা গর্ভাঙ্কদি কায়হল্লমদে ।

ষ্টেজগী সীন য়েকপদা ৱিং মচু অমুবনা তৌরিবা অসিসু ওঝানা হৌদোক্লম্বনি । ৱিং অসি অহানবদা উপাম্বী, দলাল মখোঙ ওইনা য়েক্লম্মী । পূম্ন মক্তা য়াবদি অমুবনি হায়দুনা হৌদোকপিরম্বনি ।

মমিং চৎলবা হেড পণ্ডিত নবকিশোর সিংহ --আর্টিষ্ট মশামক্লা 'ললিত সিংহ! ঐগী ড্রামাগী যুগ লোইরে নহাক্কী লোনগী অচম্বা ঈচেল অসিদা মণিপুরগী আর্টিষ্ট পূম্নমক্লা শোয়দনা ঈরোইরবগনি ' হায়না মগুণ চেল্লবা ভদ্রলোক অসিনা অতিংবা পৃকচেলনা হায়খি ।

ওঝা অসি গুরুগী আশীর্বাদ ফংবা মীশক্তি হায়জনিংই । ওঝানা ইরম্বা 'মণিপুরী ড্রামা মৈহৌবোন-ৱারী মতেক অমা' দা মখাগী অসুম্না ইরি :

'খৃ: ১৯০৫ দা য়াইস্কুল লোক্লাওবুংদা লৈরম্বা পেটিগ্রু স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরম্বা কাছাড় কাহ্নাইলালপুবদগী লাকখিবা বিহারী সিংহনা মৈতৈলোন্দা শান্ননবা বাংলা বইদগী ট্রান্সলেশন তৌবা 'পাগলিনী' কৌবা ড্রামা বই অমা পুথোকখি । মৈতৈ লোনগী ড্রামা মৈতৈ খুল্লক্তা শান্নখিবা মণিপুরদা মসিনা ইহান হানবনি । ড্রামা অসিদা ইশা (এস. ললিত সিংহ)মকসু হারা থুংবা অমগী মীনাই শাদুনা কৃমজখি । মতাং অসিদা ইশাগী চহী ১৩ মপুঙ ১৪ চঙলকপদা ঙায়রি । ঐগী পুন্সিদা ষ্টেজ কৃমজবা 'পাগলিনী' সিনা ইহান হানবনি । ৺বিহারী হায়বসি লাইরিক্তসু ড্রামাদসু ঐহাক্কী ওঝানি ।' ওঝানা থিয়েটর সেন্তর মণিপুর লিংখৎপিরম্মী । সংস্থান অসিগী প্রসিডেন্ট ; তম য়াম্না কুইনা ওইরমখি ।

ওঝানা কুম্বা লীলাদা ঐবুসু কৃমহনবিদুনা ওঝাগী থৌগল তৌজরকখি । 'বিল্বমঙ্গল' প্লেদা ওঝানা সাধক্কী ভূমিকাদা লেঙথৈ, ঐবুনা ভিক্ষুক ওইনা কৃমহনবিখি । 'কর্ণার্জ্জুন' প্লেদা অর্জ্জুনগী ভূমিকাদা কৃমহনবিদুনা ওঝাগী অমসুং মতমদুগী ফাউণ্ডর প্রসিডেন্টকী থৌগল তৌহনবিরকই । ■

# ওঝা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র

*খাইদেম বিহারী সিংহ*

ঐহাক ইশাগী চহি ১৪ রোম শুরকপা মতম, চাউরাক্লা ইং ১৯৩৮ অদুবাইদগী ঐগী ইপাইবুংঙো খাইদেম মংলেম সিংহগী তুং ইন্দুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা লাকপা হৌই । ইং ১৯৪০ দগীদি এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মেম্বর অমা ওইরে। ঐনা অহানবা চঙবা মতমদা ওঝা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ্ অসি এমঃ ডিঃ ইউঃ গী প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুবীরমই। অতে মরুওইবা মীওইশিংগী মনুংদা সোরোখাইবম ললিত সিংহ, চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহনচিংবসু লৈরমই । লোক্লাওবুং থোং অহনবা মখোঙদগী খ্বাইরাকপম তোমচা সিংহনা ড্রেস পান্নরমই । নোরোতোম্না মহাক্কী মতেং পাংবা ওইরমই। ষ্টেজ অসি লৈমপোকপম গুণিনা পুই । লাইট্না ওঝা সোরোখাইবম ললিতকী ময়াম্বা অহলনা পোকপা ধনেন্দ্রনা পুরমই । মৈত্রম বীরগা সোরোখাইবম ললিতকী মচাশিং থোকপা সোবোখাইবম ব্রজলালাগনা প্রোম্প পায়বমই। ওঝাগী মবমদা ঐনা খঙজবা খরদং পাউদমজরি :-

***হোলগী বিলডিং শাবা অমদি শেমজীনবদা ধনচন্দ্রনা লৌরম্বা থৌদাং***

হোলগী ষ্টেজ অসিনা অৱাং ওল্লিগৈদা নোং-নুংশিৎ অকনবা অমা তৌদুনা গ্রীনরুমগী শঙতপ অদু তেক্লুই। মদুগী অচঙবা শেল অয়াম্বা ধনচন্দ্র মশামক্লা পুথোক্লগা শেমখি। মহাক্লা পুথোক্লিবা শেনফমশিং অদু মতমদুগী থবক পুমিন্নরিবশিংদা - 'ঐগী শেল শিংলো, ঐগী শেল শিংলো' হায়না য়াম্না তোয়না হায়বা তাহৌই। অদুবু মতমদুগী হোলগী মতীক চাবা ফগু লৈতে হায়বদু মশানা খঙবনিনা মতম খরা হায়রম্লগা মমৈদদি-'ফরে ফরে কোকথোকচবে' হায়দুনা তোকখি।

হৌজিক হৌজিক প্লে শান্নরিবা ষ্টেজ অসিনা শাগৎলকপা মতমদা অচঙবা মচাক উনচিংবা ময়ামদু মশামক্লা চত্তুনা লৈরুই, হোল্লুই কনাবুসু ঙাইনদুনা লৈতে। মানা অয়াম্বা হোৎনদুনা উ শুবশিং অদুদা মচাক ৱাত্তনবা পীখি। মশামক্লা শঙদুনা থবক্তু শোয়- ঙামদনবা কন্না হোৎনৈ। যুমশাবশিংদুদা ফাগী তৌদুনা হায় :-

'নখোয় শীংচেপ য়াম্না পুখৎকনুকো। উচন লাওনা লাওনা চল্লগা শীংচেপ হাপ্লবদি য়ারোইদবনি।'

১৯৩৭ তা শঙ্গাখিবা হোলদু অহানবা শাননবা হোৎনখদা মোইরাং কোইরেংগী অপোকপা খদ্রাকপা হায়বদুদগী শেল পুরুই হায়বা ওঝানা হায়বদগী তাজহৌই। অদুতসু নত্তনা মকু ইবুংঙো রাজা দুম্ব্রসিংহদগীসু শেল পুরুই। মদুদা মকু ইবুংঙোনা ফাগী তৌদুনা -'নঙ মঙায়রে ঐঙোন্দগী শেল পুবা ঙম্বা' হায়না হায়রকখিবা বাদু ময়ামদসু তমদুনা বারী শাবা তাহৌই । মসিতা নত্তনা হোলগী করিগুম্বা অবাংপা অমত্তং লৈরকপদা মেনখৎনবা কন্না হোৎনজরম্বা ওঝানি।

*এমঃ ডিঃ ইউঃ বু অনীশুবা ময়ুমশুম্না খঞ্জবা*

ওঝা ধনচন্দ্র মথৌ য়াম্না চিল্লি। অদুবু মশাগী মতম খজিত্তুং হাঙলকপদা হোলদা অদুম লৈ। ওফিসকী থবক্তা য়াম্না বানা শূরুরগা হল্লকপা মতমদা য়ুমদা ঙাইহাক পোত্থাগদবা অদু এমঃ ডিঃ ইউঃ দা ওইনা পোত্থারৈ। করিগুম্বা কান্দা (ওফিস মতমদি নত্তবা) ওফিসকী অরুবা বা হায়বা লাকপদা, মাবু থিবা লাকপদু এমঃ ডিঃ ইউঃ দা ওইনা লাকই। মদুদা মশাগা হাকথেংননা উনবদা হঙ্গোইজবদগী মখা থাবা পুলিসশিং অদুনা মখোয়না পুরকপা ওফিসকী ফাইল অদু ঐখোয়না পুশিন্দুনা মতেং পাংখিবা য়াওই।

ওফিসতগী হল্লকপা খূদিংদা হোলদা অদুম চঙলকই। এমঃ ডিঃ ইউঃ গী বিলদিং শেমজিন-শাজিন্নবা, আর্টিষ্টশিংগী ফগৎনবা বারী-বাতাই শানদুনা ফম্বা মখৈ ফম্লগা নুমিদাং পুং তরামাথোইকা তারকপদা য়ুমদা হন্নরমই; মশাগী য়ুমগী খন্দ্রবা মীশক্লি । অমরোমদা মতমদুগী থানা-ইন্সপেক্টর অমনা মচা শেম্বা হায়বসি অরুবা নত্তে। সনাইবেম্মা অদুসু মহারাজমক্কী ময়াম্বুংগী মচানুপীনি। নুপী মায়কৈদগী খক্তনসু য়াম্না নুংঙাইনা পুক্সি লেনবা য়াই অদুবু তৌদে; লীলারোমদতা অদুম খন্দুনা লৈখিবনা মচাগী মশূগী হোৎনবদদি খরা কোমথোকখি।

ওঝানা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী কয়ামুক খঞ্জবগে হায়ববু, থিয়েটর সেন্টর মণিপুর লিংখৎনবগী বাফম খন্নবা হৌরকপা মতমদা ড্রামাগী অতৈ সংস্থানশিং চাওখৎলক্লবদি এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মগুণ অমদি থবক হম্বরক্লগনি হায়বফাও য়ৌশিন্না খল্লুই। অদুবু সংস্থান অতৈ চাওখৎহনবনা এমঃ ডিঃ ইউঃ বুসু হেন্না কন্না হোৎননবগী মথৌ শঙবনি; মণিপুর অপূনবগী ওইনা থিয়েটর ওবগেনাইজেশনশিং অসি চাওখৎহনবা ফৈ হায়বসি কূপ্না খন্নদুনা ভাব

তারকপদগী মহাকসু থিয়েটর সেন্টর লিংখৎপদা য়াখি। মতমদুদা তোঙান-তোঙানবা থিয়েটরশিংগী আর্টিষ্ট ময়াম্না পুন্দুনা অচৌবা থৌরাং অমগা লোয়ননা 'কর্ণার্জ্জুন' লীলা শান্নখি। মতম অমগী সি.এম. ওইরম্বা মোইরাং কোয়রেংনা কৃষ্ণ, ধনচন্দ্রনা ভীম, ললিতনা শকুনি শাখি। মদুদা লৈবাক্তা ভীম অমসুং শকুনি শাববু অঙকপা ফংনা পেন্নখি। অসুম্না এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মিংচৎ লংখৎহন্নবা হোৎনবদা মশাগী পৃক্টিং-ৱাখল, শেল-থুম, মতম অমদি পাঙ্গল-থৌনা অয়াম্বা শীজিন্নখি হায়বা য়াই। থানা-ইন্সপেক্টরদগীনা এস.পি. ফাওবা ওইদুনা অদুক য়াম্না মগুণ লৈরম্লবা মহাক্না মশাগী খোঙফম য়েংহৌদবদগী থবক্তংগী পোত্থারবা মতমদদি অনংবা মী অমা ওইখি । মশাগীতা ওইজবা থিরম্লগদি ইনাকখুনবা হায়বদু ওইরম্বা য়াবনি। শোঙ্গীল্লক্কবা মতমদা মশামক্না থবক হাপ্লীখিবা এস.আই. ওইরম্বা চাউসিংদা-'খোঙউপ অমত্তং লৈবীয়ুনে' হায়রম্বগী ৱাফম থেংনখি ।

*আর্টিষ্টশিংগী হিংনববা লম্বী পীবা*

মতমদুগী লীলা কৃম্লিবা আর্টিষ্টশিং অসি ইমুংগী ফীভম য়েংলগদি খরা হন্থবা ময়াম অমা য়াওরি। নুপীদা ইনাক-কৈরাক খুনবা, এম.এ., বি.এ. না লীলা য়াওবিরমদে। ইমুংগী ফীভমদি খুদোং চানদবা লীলা য়াওরকপশিংদুগী য়ুমগী লৈত-লাইরা মেন্ননবা মশাগী কোত্তগী ফৌ পেক্তুনা সাইকল অমদা হাপ্তুনা ময়ুমদা থিনবী। মশাগী অর্দালি-কা লৈরিবা অদুক ফম চাউখ্রবদুনা নাপল অমত্তা য়াওদনা ফৌ থিনবা নত্রগা পৈশাগী মতেং পাংবা মশামক্না চৎলমই। ইমুংদা মৈ থান্নবা থাউ লৈতেকা হায়নবা ৱারী শানবদু তারবদি মানা কেরোসিন পুদুনা চৎপজাৎনি। লীলা য়াওবা নুপা নুপী অসি মমা মপা অমত্তগী মচানি হায়বা ভাবপু অদু লৈগদবনি হায়বসি ওঝাগী অচেৎপা ৱাখলনি।

লীলা য়াওবদা থৱায়না পাম্না য়াওরক্লবশিংবু ওঝানা ঙম্বা সরকারগী থবক ফংহন্ননবা হোৎনৈ। ড্রামা তৌবা অঙাওবা অঙাওবী হায়বসি করম্বা মতমদা মুৎথৎকদগে হায়না হোৎবসি মাগী অচৌবা থবক্নি। লীলাদি পামজবা, পৈশাদি থোকচদবশিংবু মানা ঙম্বা মফমদা সরকারগী থবক পীননবা হোৎনৈ। কোকয়েৎ অঙাঙবা উপ্তুনা দারোগা ওইয়ু হায়দুনা ইশামক্তদা ফাওবা হায়বিরমই। মতমদুদা পঙলম্বনা শোরোক্তা লেপ্তুনা তৌবা থবক্তু ইকায়জৈ হায়দুনা তৌহৌদে। মতম খরা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী প্রসিদেন্ট ওইনা থবকপুখিবা চাউসিং বাবুনা কনষ্টেবলদগী হৌরগা এস.আই. ফাওবা পুরম্বদু মহাক্না হাপ্লীরম্বনি। লমাবম যদুমণিসু মতমদুদা মেট্রিক পাস তৌরবনিনা লিটরেট কনষ্টেবল ওইহন্দুনা থবক তৌহনখি। মমৈদা মথং মথং দি. এস. পি. ফাওবা প্রমোশন ফংখি।

এমঃ ডিঃ ইউঃগী লীলাগীদমক খনবদা ধনচন্দ্রনা যদুমণিবু মতম শাংনা ইন্স্ফালদা থবক মফম তাহনখি। মমৈদা মী অতৈনা কন্না য়েংশিন্নরকপা অমসুং ৱাকৎ কয়া লাকপদগী খাঙবা গুন্নক্তদুনা যদুমণিবু পলেন্দা পোষ্টিং থাখি।

*লীলাদা থব্রাই লুপশিনবা*

লীলাদা শীজিন্নরিবা পোৎলমশিং মান্ননবা হোৎনবদা ওঝা অসি পাম্মুবা অমত্তা লৈরমদে। "সাবিত্রী" লীলাদা অশ্বপতি শাই। মাগী মচানুপী সাবিত্রীনা মপুরোইবা সত্যবানগী চহী অমদগী হেল্লরোইদবা পুন্সিগীদমক বর্ত তৌদুনা, চরা হেন্দুনা, অৱাবা কয়া খাঙলদুনা লৈরিবদু খল্লুবদা মপা ওইরুবা মহাক্না মচানুপীগীদমক খনবদা করি অমত্তা চাদ-থক্তনা লৈরকখি। ময়াদা ঈশিং মরীক অমত্তা তারক্তবদগী খৌগংনরক্তুনা-ঈশিং খজিক্তং থক্কে-হায়রকপদা, চাদ-থক্তবা কুইরবনিনা সন্দেশ খরসু থৌরাং তৌবা চুমই খল্লদুনা মহারানীনা থৌরাং তৌদুনা চাউরবা শেনগা অমদা তল,লড্ডু, জীলিবীনচিংবা অথুম-অহাও কয়া পীকথন্না হাপ্পুনা পুথোরকই। মমাঙদা সন্দেশ ময়ামদু পৈদুনা লৈবদু মুন্না য়েংলগা 'ঐগী ইচানুপীনা ময়াদা ঈশিং মরীক অমত্তা তাদনা বর্ত তৌরগা ঐনা সন্দেশশিং অসি চাখিগদ্রা?' অসুম্না হায়রদুনা য়ামখ্রবা অথুম-অহাও সন্দেশ ময়ামদু লোইনা হৈদোক্তুনা চাইখায়রমই। সন্দেশ ময়ামদু লীলাগী ফজনবা হোৎনবদা মাঙহনবা পাম্মুখিদে। লীলাসু অমুক অনীরক্তা নত্তে। অহানবদা সাবিত্রী অসি থম্বাল ঙাংবীনা শাই, মথংদা য়াইমবী, মথংদা তোম্বী, থম্বালঙৌ অচৌবী, মানবী, ইবেয়াইমা মীরোল মথং-মথং ময়ামসিনা সাবিত্রী শাবা খৃদিংমক্তা মহাক্না মপা শাখি। হায়রিবা লীলা খৃদিংমক্তুদা সন্দেশশিং অদু অদুম মাঙলিবনি। পৈশা পুথোক্তুনা মশানা মদু থৌরাং তৌজৈ। লীলাদবু ফজখ্রবদি মদু মাঙহনবদা করিমত্তা চিংনদে। হায়রিবা লীলা অসিমক্তদা পুথোক্লবা মশামক্না লৈজরকপা শঙ্গোম অদু চাইশেল অমা থম্বদা কনাগুম্বা মঙাওথীবা আর্টিষ্ট অমনা খরা থক্তোক্লগা ঈশিং হাপ্পুনা থম্নম্বদগী মহাক্না খঙলক্তুনা অচৌবা ৱাথোক ওইখি। শঙ্গোমদু থকখিবগী পাম্মুবা নত্তে, লীলাদা মান্ননবা খল্লুবগীদমক্তনি।

*থিয়েটর সেন্টর লিংখৎপগা মরী লৈনবা থৌদোক অমা*

ইং ১৯৫৪ এমঃ ডিঃ ইউঃ না দিল্লীদা 'হাওরং লৈশং শাফবী' লীলা উৎলুই। খোঙচৎ অদু খোমদ্রাম ধনচন্দ্রনা লুচিংদুনা চৎপনি। মফমদুদা উৎখিবা লীলাদুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী অচৌবা মায়পাকপা অমা ওইখি। ফোক কাঙলুপ্তা খ্বাইদগী মকোক ওইবগী মনা ফংলকখি। নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেল শীন-লাঙবশিংগী লুচিংবা অমা ওইবিবা কর্নেল গুপ্তে হায়বা অদুনা 'এমঃ ডিঃ ইউঃ



'কর্ণ অর্জুণ' প্লেদা লমাবম যদুমণি সিংহ (কৃষ্ণ শাবা) ১৯৩৪ ইং



'শকুন্তলা' প্লেগী সীন অমা (খোমদ্রাম ধনচন্দ্র অমসুং লাইমযুম থম্বলঙৌবী দেবী) ১৯৫৭ ইং



নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেল, ১৯৫৪ দা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী 'হাওরং লৈশং শাফবী' না
ফোক কেতেগোবীদা ফাষ্ট তাবকপদা ডিরেক্টর, ললিত সিংহ-না
ভারতকী প্রসিদেন্ট ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদতগী মনা লৌবা

অসি থিয়েটর সেন্টর, ইন্দিয়াদা এফিলিয়েৎ তৌব্রা' হংই। 'তৌদে' হায়রবদা, 'করিগী তৌদ্রিবনো অতৈনা কোন্না তৌরবসু নখোয়দি হৌজিক তৌথোক্লম্মো' হায়বদগী এফিলিয়েৎ তৌরমই। মণিপুরদসু সোরোখাইবম ললিত সিংহনা মণিপুরগী ড্রামা সংস্থান কয়া পূনশিন্দুনা থিয়েটর সেন্টর লিংখৎনবা হোৎনরকখি। এমঃ ডিঃ ইউঃ তবু লুনা খঞ্জরুবনা, এমঃ ডিঃ ইউঃ তগী থবক্তা ব্রাখল লূপশিঞ্জবা পান্নুবনা ধনচন্দ্রনা ললিতকী থৌরাং অদুদা য়েৎখি। অদুবু কৃপ্পা খন্নরবা মতুংদা ভাব তারক্তুনা থিয়েটর সেন্টর, মণিপুর লিংখৎপদা মহাকসু য়ানিংখি।

*এক্টর অমা ওইনা শীংথানবা য়াবা থবক*

ওঝাগী ড্রামাগী পুন্সিদা খ্বাইদগী চাশিন্নবা লম্বীদি এক্টর অমা ওইনা ষ্টেজদা থোকপা অসিনি। এক্টর অমসুং এক্ট্রেসশিংদা লীলাগী অকৃপ্পা রস কয়া তাকপী-তম্বিবদি থেংনৈ অদুগা মশামক্তা ডিরেক্টর ওইখিবা ড্রামাদি ঐহাক থেংনখিদে। ওঝা অসিনা থোকখিবা লীলাশিংদি কাউবা শুকয়া য়াদে। মহাক্না কৃমখিবা পার্ট খৃদিংমক ওম্মোক্লা পকচৈ। 'দেবলা দেবী' দা খিজির খাঁ শাবদা সীন হেক হাংদোকপদা শারেপ ফানা চাউরবা কৈজাও অশিবা (ঈ ককা থোকহন্দুনা) অমা শেগাদা য়েপ্লদুনা খৃৎ নামদনা তাবাক অমা পায়রদুনা মৈ-ফুঙ ঙাল্লকপদা কৈজাউ অদু ষ্টেজ ময়ায়দা থাদরদুনা,-'বেতা, অরেম্বদা ঐবু হুমাং শৌহল্লেদো!' মসি হায়বখক্তুদা ভাবোক্লা খৃবাক প্রোক প্রোক খৃরিবনি। ডাইলোগ চামা ঙাঙগদবদু পরেং অমখক্তুনা অর্থ লোইনা ফোঙদোকখি। লীলাদুদা মহাক ওম্মোক্লা পকচখি। ভীম শাবদা দুঃশাসনগী থবাক শেগায়দুনা ঈ চুপ্পা মতমদা মানা নোক্লকপদা ভাবোক্তা য়াওবা অঙাংশিং কিদুনা কপ্লকই, য়াম্না পকচৈ। 'সাবিত্রী' লীলাদা অশ্বপতি নিংথৌ শাবদা মচানুপীবু নুংশিজবা মপা অমগী চপচাবা মশক্তু ভাবোক্তা ফংহনবা ঙমখি। 'শকুন্তলা' দা শকুন্তলাবু য়োকপা কম্ব মুনিসু শাখি, য়াম্না চূনখি। 'অরেপ্পা মরুপ' তা ইপঙ-পঙবা, মফি ফাওবা নীংথিনা শেৎপা হৈতবা, লাইরিক-লাইশু হৈতবা অমা শাখি। লীলাদুদা মহাক্না কোর্টতা লাক্লগা খৃবীশোই তৌবদা উৎখিবা এক্টিং অঙকপনি। শারু-শাকবা খৃদিংমক ওম্মোক্লা পকচৈ।

*অনুবাদক অমা ওইনা*

ওঝানা মহাক্কী মথৌ চিল্লবা মরক্তা বাংলা নাটক কয়াবু মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌবীরমই। পনবা য়াবা খরদি 'যুমগী মৌ', 'সাবিত্রী', 'দেবলা দেবী', 'কর্ণার্জ্জুন', 'চন্দ্রগুপ্ত', 'আলেকজেণ্ডর', 'রামেব সুমতি', 'মখোয়সু মীনি', 'বিসর্জন' নচিংবা লীলা কয়া শীংথানবা য়াই। অনুবাদ তৌবদা অসুক্কী মতীক চঙখোল্লি, ট্রান্সলেসন্নি হাযবা কাউহল্লি। 'বিসর্জন' লীলাদা মহাবানীনা হায়খিবা,

'ইমা দূর্গে, ঐগী ইপুরোইবসু ভগবান শংকরদেবগুম্না নীপা অমা ওইবগী চপ-চাবা শক্তি, গুণ লৈ... মীনোক কিবদগী মচা তত্তনা হাৎলবী মঙোন্দদি মবাল লৈতবা জীব তত্তনা পীবি। করিগীনো ইমা ঐঙোন্দদি ইচা পীবিদ্রিবা ?' কাম্লবা ৱাফম অসিবু ফজবা ৱাহৈনা ফোঙদোক্তুনা তাবদা হঙ্গোইবা অমত্তা পোকহন্দে। মসি মাগী ট্রান্সলেসন হৈবগী অঙকপা গুণনি।

*সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনা ধনচন্দ্র*

ওঝা অসি মশাগী শিনফম পুলিস ওইরবসু, নাকল অমরোমদা ড্রামাদা পুন্সিগী অযাম্বা শরুক কখোক্লম্লবসু মতম অমত্তা মাঙহন্দনা সমাজগী চাওখৎথৌবাং কযা পায়খৎপদা শরুক য়াখি। ইম্ফাল কলেজ অমদি লো কলেজ লিংখৎপদা অকনবা থৌদাং লৌখি। মতম অমত্তা মাঙহন্দবমখৈ মহাক্না লৈবাক্কী কান্ননবা চাওখৎথৌরাং পাঙথোকপদা অচৌবা শরূক য়াখি।

*পুন্সিগী অরোইবা শরূক*

ওঝাগী হকচাংবু খ্বাইদগী ৱাহনখিবা অনাবসি মহাক্কী বি, পি, ৱাংখৎলকপা অসিনি। অহানবদদি মহাক মতমদুগী মমল য়াম্লবা চুরুট (ফজখ্রবা কৌটাদা হাপ্লা) কৌটাদা শিকিমঙা পীবা অদু থক্লমই। অদুবু ,বি,পি, ৱাংলক্লে হাযদুনা চুরুট থকপা তোকখি। অনীশুবা ষ্ট্রোক তৌবদু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী লীলা 'মৈতৈ খুঙ্গং' দিল্লীদা চত্তুনা উৎপা মতমদা থোকখি। খোঙচত্তু ওঝাদি মশা ঙমদবনা য়াওখিদে। মণিপুরদা অমুক হল্লক্লবা মতুং মতম খরগী তুংদা 'মুক্তধাবা' হাযবা রবীঠাকুরগী লীলা (মহাবাজকুমারী বিনোদিনীনা ট্রান্সলেশন তৌবা) অদু এমঃ ডিঃ ইউঃ না শান্নে। নোংমা হায়বিবা লীলাদু শান্নরিঙৈদা মতমদুগী প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুবীরিবা সোবোখাইবম ভুবোন্না,'আর্টিষ্ট পুম্নমক ইশা-ইশাগী পার্ট লোইনববসু য়ুমদা হন্নবিখিনু। লীলা লোইরগা মযাম পুন্না খন্নগদবা অকুবা ৱা অমা লৈ' অসুম্না হাযদুনা মযাম পূম্নমকপু খামই। লীলা লোইবগদি খঙনবকখি,-ওঝাগী অহুম্লকশুবা বি,পি, ষ্ট্রোক তৌবক্তুনা অনাবা নুংঙাইদ্রে। মযাম পূম্নমক চৎনকুবর্দদি ওঝা জ্ঞান হৈবেমদ্রে। নুমিত্তুদা অদুম সংসাব থাদোকখ্রে।

লীলাগীদমক্তুনি হাযবর্বদি মশাগী হাযবা অমত্তা খাক্তুনা পূম্নমক কখোকচবা পামখিবা ওঝানি। লীলাদা কূম্লিবা, চোংলিবা অমদি ষ্টেজগী মরুমদা থবক তৌবিবা টেক্নিসিয়ান পুম্নমক্তা মতৌ কবম্না লীলাদা হেন্না থৱায যাওনা থবক তৌনিংহনগদগে হাযবগী অঙকপা নুংশিহনবা উপায কযা শীজিন্নদুনা অচান-মীবাই নাইদনা য়েংবিবম্বা চপ-চাবা লুচিংবা অমনি। ঙাঙবা

শকপদদি য়াম্না থোংপা-নৌবা খোম্থোক শীজিন্নবা হৈজদে, কি-হঙ্গোইনা চংহন্দুনা, থবক্না নুংশিবা অমদি চানবিবগী মতৌ উত্তুনা আর্টিষ্টশিংবু হেন্না ফগৎনবা হোৎনবিবমই। দিল্লিদা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী 'মৈতৈ খুঙ্গং' লীলা মায় পাক্না শান্নদুনা 'ইনেক্ট' চেফোঙদা নীংথিনা ইরকখিবগী পাউ তাজরগা মশাগী হকচাংগী ফীবম শোক্কবা ওঝানা, 'ঐ নাবা ফবেনেহৈ, ঐ কবিমত্তা নাদ্রেনে' হায়খিবা ওঝাগী থম্মোযনুংগী ৱাহৈ কাউবা ঙমদে। মশা নাবদগী, শোন্দুনা য়ুমদা লৈরবা মতমদুদা দরকারগী মতুং ইন্না মঙোন্দগী সহি লৌবা চঙলুবদা, 'করি হুরান্দোইনো ? নখোয পৈশা হুরান্দোইবা ?'- হায়না ঙাঙলকখিবা, এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ময়েং তাখিগনি হায়বগীদমক ওম্থোক্না ৱাজখিবা ওঝাগী নুংশিবা মীচৈ ঙসিসু নাকোঙদা তাদুনা লৈরি। ■

*উনদুনা ৱাবী শাবা অমসুং বেকোর্ডিং তৌবিরকপা*
*চবুংবম গুনিন্দ্রো সিংহ*
*ইথোকপা :- খোলচন্দ্র অথোকপম*

# মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী মৈহৌরোল

*রাজকুমাব বতন সিংহ*

### *অহানবা জর্ম্মনগী লাঞ্জাও মতুংদা মণিপুরদা ওইরম্বা ড্রামাগী ফীবম।*

অহানবা জর্ম্মনগী লাঞ্জাও শোক্কবা হৌখিবসি ইং ১৯১৪ দনি। লাঞ্জাও অসি জর্ম্মন অমসুং বৃটিশ সবকাব অনী শোক্কখিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অমনি। লাল অসি চহী কযা চুপ্পা শোক্কখি।

লাঞ্জাও অসিগী লোইশিল্লকপা শবক্তা বৃটিশ সবকাবগী মতেং পাংনবগীদমক মণিপুব সবকাবনা মণিপুবগী লাম্মী অমসুং চাংমী তম্মীগী প্রজা কযা লাঞ্জাওদুদা থাখি। মসি মণিপুব মহাবাজ সাব চভাচান্দ সিংহ কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই, গী ম্নাহাক্তক্তনি।

মতম অসিদা ঐহাক অঙাং ওইনা পেটিগ্রু স্কুল কারে । লাম্মীশিং অমসুং চীং তমগী প্রজাশিং য়াওনা বাঝাই বেঙ্গুল খোংদুনা স্নাকোনুং লোমদগী ইম্ফাল তুরেল তোরে মতুংইন্না, স্কুলগী থোঙ্গাল মমাঙদা পরেং শানা চৎখিবা অদু ইমীৎনা উহৌই । ময়ামগী মরক অদুদগী চীংমী প্রজাশিংগী মনুংদা তাংখুলগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা ফীজোল শেৎ অরংবা তাবাক পায়-পরেং পরেং লাকপা উবদা ঐহাক অঙাং ওইনা অঙকপা পোকখি অমসুং ঐগী পুক্সিগী অহানবা ওইনা তাংখুল হায়বা জাতি অসি মশক খংখি । নীংশিংলি, মদুগী শক্তম নীংথিবা কাওজদ্রি ঐগী ৱাখলদা । খোংচৎ অদুদা মৈতৈ ওঝা কয়াসু য়াওখি ।

মতম অসিগী মতুং চহী খরা লৈরগা লৈপাক মরা তপ্নবা মতমদা মতম অদুগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা মণিপুরদা ইহান হান্না মৈতৈ লোন্দা ড্রামা শান্নবা হৌখি ।

ঐনা পুক্সিগী অহানবা ওইনা ড্রামা শান্নবা উজখিবা অসি মতম অদুগী এডুকেশন মেম্বর ওইরম্বা শ্রীসৌগাইজম ইবোচাওবা সিংহগী শুম্মাঙদনি । ইমানা ঐবু লীলা য়েংবা পুবীরম্মী । ঐহাক অঙাং য়াম্মা ওইরি, ফাওনরবদি সৌগাইজমগা ঐখোয়গী য়ুমগা য়াম্মা নক্করম্মী । খোংবাল অমা লাম্থোক্লগা ইংখোল অমত্তনি সৌগাইজমগা ঐখোয়গা লাপ্নরিবা । অহানবা ঐগী পুক্সিদা উজবা ড্রামানি । উরিবা খুদিং ঐঙোন্দা ঙক্তবা অমত্তা য়াওরমদে । থোইনা হেন্না ঙকখিবদি ষ্টেজ অদুগী মমাঙদা থাদবা দ্রোপসীন অদুনা লীলা হৌবা মতমদা কোনখৎপা অদুনি ।

লীলা অদুগী মরমদা ইমানা ঐঙোন্দা তাকপি--অক্রুরনা মধুপুবদগী লাক্তুনা গোকুলদগী শ্রীকৃষ্ণ বলারাম অনীবু লৌবা লাকপগী লীলানি । মৈতৈলোন্না শান্নে । ভাবক্কী মনুংদা অখঙবা কাংবুনা তাকপি -- অক্রুর শাবা নিপা অদু থাংমৈবন্দগী ওঝানি, মমিংনা মোইবাংনিংথৌ কৌই হায়নৈ । নন্দ শাবনা পেটিগ্রু স্কুলগী হেড পণ্ডিত ওঝা স্নাজাউবনি । ওঝাবুদি মতম অদুদা ঐহাক্না শক খংলে ।

অহানবা সীন হায়গৎপগা প্রস্তাবনা হায়দুনা ঈশৈ অমা নুপীনা শকই । শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজবু খুরুমজবা অমসুং লৈশি-লৈথোন তৌবা ঈশৈনি ।

প্রস্তাবনা শকপা লোইবগা লীলা হৌই । লীলাদা নুপীশিংনা ঈশৈ শক্লকপদা লাইরিক হৈবা ভাবক নিপা কাংবুগী মনুংদা ইশৈ অদুবু থৱায় তাবা য়াওরবদি 'এঙ্কোব প্লিজ' 'এঙ্কোব প্লিজ' হায়না লাওবকই । মদু তারগা ঈশৈ শকপী অদুনা ঈশৈ অদু অমুক হন্না শকই ।

এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা শান্নখিবা লীলাশিংগী মনুংদা ঐনা খংজহৌবা খরা মখাদা পীজরি :-

*এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা সরস্বতী পূজাগা মরি লৈননা শান্নবা লীলাশিংদি :-*

| | | |
|---|---|---|
| ১। | প্রহ্লাদ চরিত - (সৌগাইজমদা) | হিরণ্যকৌশিপু শাবা - খ্বাইরাক্পম নবকিশোর সিংহ্ ওঝা। |
| ২। | সীতা বনবাস - (সনাকোনুংদা) | লবকুশ - য়াম্বেম শশিমোহন সিংহ্ অমসুং ইবোহলমচা । |
| ৩। | বিরাত পর্ব্ব - | কিচক শাবা - ওঝা খম্বা - ব্রাংখৈ ভীম - পাওম্বম গোপাল সিংহ্ সৌগাইজম লৈকায় । |

*বাবু পাড়াগী থিয়েটর হোল ।*

মণিপুরদা ঐখোয়না খঙলকপা মতমদা --বেঙ্গোলী এমঃ ইংস্কুল, ভিক্টোরিয়া ক্লব অমসুং বাবু পাড়া থিয়েটর হোল লৈরম্লে ।

মণিপুরগী ওইনা মতম অদুদা অঙম-অথৌ ওইবা, মহারাজগী থৌগল তৌবা অহল -- লাইগুকশিং অসি ভিক্টোরিয়া ক্লব অমসুং বাবু পাড়া থিয়েটর হোলগী মেম্বর ওইরম্মী অমসুং বাংলা লোন্দা শান্নবা ড্রামা কয়াদা শরুক য়াদুনা ষ্টেজদা কূম্লম্মী । মিং খরদং পঞ্জরি :-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | চিঙাখম ময়ুরধবজ সিংহ | - | চৈরাপ মেম্বর | য়াইস্কুল |
| ২। | রাঃকুঃ বীরচন্দ্র সিংহ্ | - | চৈরাপ মেম্বর | জন্মস্থান |
| ৩। | নোংমাইথেম থানিল সিংহ | - | শ্রীযুৎ মহারাজগী কেসিয়ার । | য়াইস্কুল |
| ৪। | লাইশ্রম কীর্ত্তি সিংহ | - | ডাক্তর | শীংজমৈ । |

*লীলাগী মনুংদা ঐনা উজখিবা :-*

১। মিবার পতন

২। ধাত্রি পান্না উদয় সিংহ ।

## *সরস্বতী পূজাগা মরী লৈননা জোনষ্টোন হাইস্কুলগী ছাত্রশিংনা শান্নবা ড্রামা ।*

মমাংঙৈদা শ্রীশ্রীপঞ্চমী অসি জোনষ্টোন হাইস্কুলগী ছাত্রশিংগী য়াম্না খৌরাংনা ঙাইজবা চহী অমদা অমুক্তং থোকপা চাউরবা হরাও-কুম্মৈ অমা ওইনা লৌনরম্মী । সরস্বতী পূজা তৌরম্মী অমসুং শ্রীপঞ্চমী নুমিত্তা পূজা তৌনবা লাইগী মূর্ত্তিশিং অদু অশাবা মফমদগী লৌদুনা লম্বীদা দোলাই মথক্তা লেঙবদা অচৌবা কুম্মৈ অমা ওইনরম্মী । পূজাগা লোইননা জোনষ্টোন হাইস্কুলদা মৈতৈ লোন্না ড্রামা শান্নবগী কুম্মৈ অমা চহী খুদিংগী পাঙথোক্লম্মী ।

স্কুলগী ড্রামা অসিদগী ড্রামা হৈবা মতম অদুগী নহারোল কয়া থোরকখি । ঐনা খঙজবা খরদং :-

| | | |
|---|---|---|
| ১। | থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ | শগোলবন্দ মৈনো লৈরক |
| ২। | হাওবম ইবোয়াইমা সিংহ | কাংঙবম লৈকাই |
| ৩। | য়াম্বেম শশিমোহন সিংহ | য়ুম্নাম্ লৈকাই |
| ৪। | ময়াংলম্বম বীরমঙ্গল সিংহ | কাংঙবম লৈকাই |
| ৫। | ইরেংবম তিলক সিংহ(*ফাগী হৈবা*) | শীংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাই |

## *কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়দা মণিপুরী লোন শক খঙন্নবগী হোৎনবগী ঈহৌ :-*

ঐনা খঙলকপদগী ইং ১৯২৫গী মমাঙ ফাওবদা প্রাইমারী স্কুল পূম্ন মক্তা অহুমশুবা শ্রেনী হেক য়ৌবদগী বাংলা সাহিত্য তম্বা হৌরম্মী । মতম অদুগী ছাত্রশিংগী মনুংদা অৱাংবা থাক্কী ক্লাস য়ৌরকপদা বাংলা লোন্না ইমালোন ওইনা লৌদুনা অৱাংবা থাক্কী পরীক্ষা থাবা অসি য়াম্না ৱানরম্মী অমসুং মকোক মথং তান্নবদা খুদোং চাবা কয়া ৱাৎলম্মী ।

মণিপুরগী অখং-অহৈশিং অমসুং লুচিংবা কয়াগা হোৎনবগী মহৈ ওইনা কলিকতা বিশ্ব বিদ্যালয়না ইং ১৯৩০দগী মণিপুরী লোনবু রিকোগ্নিশন পীবিখি, শক খঙবিখি । অদুনা মদুগী মাঙওইননা ইং ১৯২৫ দগী জোনষ্টোন হাইস্কুলদা ক্লাস ফাইভতগী বাংলা সাহিত্য তম্বা তোক্তুনা মণিপুরী লোন তম্বা তাখি । অৱাবদি, মতম অদুদা মতীকচাবা মণিপুরী লোন্না ইবা সাহিত্য অমত্তা লৈরমদে । ক্লাস ফাইভতা শ্রীপুৱম্বম পারিজাৎ সিংহনা ইবা ‘মণিপুর ইতিহাস’ কৌবা লামায় খরদা পানবা লাইরিক মচা অমা মণিপুরী সাহিত্য ওইনা তম্লখি । ক্লাসতা ওইনাম্ ওঝা গোকুলনা মণিপুরী সাহিত্য তম্বিবগী মহুত্তা মৈতৈলোনগী বানান

নৈনদুনা লৈনখি । অসুম্না ক্লাস সিক্স, সভেন অমসুং এইট্টা মণিপুরী সাহিত্য তমখিদে । মেট্রিকী মথংদা আই.এ. অমসুং বি.এ. দা অমুক মণিপুরী লোনগী লাইরিক লৈতবনা মরম ওইদুনা বিশ্ববিদ্যালয়না মণিপুরী লোনবু শকখংবিখিদে । অরাবা অসি মহৈরোয়শিংদনা থেংনবা নত্তনা অরাংবা থাক্কী শিক্ষা মচা মশুশিংদা ফংহন্নিংবা অমসুং পরীক্ষাদা মকোক মথং তান্নহন্নিংবা অবিভাবকশিংগী থোইদোক্লা খুদোংথিবা ওইখি । মদুগী দায়ী অদু মতম অদুগী মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগ্না পুবা তারম্বনি । অদুনা করিগুম্বা উপায় অমা তৌদুনা মণিপুরী লোনগী মতীকচাবা লাইরিক কয়া, লাইরিক হৈবা কাংবুগী মরক্তা পুথোকহন্নীংলম্মী । নহারোল লাইরিক হৈবা কয়ানসু মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কে শেম্নবা ড্রামা কয়া অমসুং উপন্যাস কয়া মৈতৈলোন্না ইনবা হোৎনখি অমসুং অতৈ লোন্দগী অনুবাদ তৌদুনা ড্রামা কয়া শান্নবা হৌখি । অসিনা মরম ওইদুনা লৈকায়-লৈকায় কয়াদা ড্রামা শান্নবগী ঈহৌ অমা শেমগৎখি। ঈহৌ অসিনা মরম ওইদুনা লৈকায়-লৈকায়দা শঙ্গোয়-লুকোয় মরাংকায়না লৈবা মফমদা নহারোল--লাইরিক হৈবা কাণ্ডবুনা ড্রামা কয়া শান্নখি । মদুদগী লীলা হৈবা কয়া চোংথোকখি অমসুং ড্রামা কয়া মণিপুরী লোন্দা ইবা হৌনখি । মদুগা লোয়ন-লোয়ননা বাংলা লোন্দগী ড্রামা কয়া মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌখি ।

## *মণিপুরদা অপুনবা ড্রামা পার্টি লিংখৎনবা হোৎনবা*

মণিপুরগী ওইনা হায়রবদা ইং ১৯৩০ গী মমাঙদা মীয়াম তিন্নবা য়াবা ক্লব-শঙ অমসুং ড্রামাহোল অমত্তা লৈরমদে । মথক্তা পঞ্জিবা রারী কয়া অসিনা মরম ওইদুনা ড্রামাহোল অমসুং ক্লব-শঙ লৈবগী কান্নবা অদুগী অকনবা ইথিনগী শাফু অমা ঐখোয়গী অহল-লমন খরগী রাখলদা পানখি । শাফু অদুনা থৌইনশিন ওইদুনা 'মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহন্নবগীদমক ড্রামানা পাংবা য়াবা মতেং পাংনবা মতম চুপ্পগী ওইবা ড্রামাগী সংস্থান অমা লিংদবা য়াদ্রে' হায়বা রাখল অমা পোক্লখি । রাখল অদুবু থবক্তা ওন্থোক্লবা মীওই খরনা য়াইস্কুলদা অকনবা থৌদাং লৌখি । মীওইশিং অদুগী মতাংদা মখোয়না পাঙথোকখিবা থৌদাং খরা ঐনা মখাদা পঞ্জবি--

সংস্থান অমা লিংখৎপা হায়বসি ময়ামগী রাখলনা পাঙথোকপা য়াদে । অহানবদা তৌগদৌরিবা থবক অদুগী পোরম উবা নিপা অমা চঙই । মহাক্কী রাখল অদু ময়ামগী ওইহনবা ঙমদুনা অপূনবা শক্তি অমা শেমগৎপা ঙম্লবতদা থবক অদু পাঙথোকপা ঙম্মী । অদুনা রাখল মান্নবা কাংলুপ অমা শেম্নবা ময়ামগী ওইবা তিনফম অমদি লেপ্পমক চঙদবা য়াদে ।

থায়নৈঙদা ঐখোয়না তায়--অহল ওইবা নিপা কাঙলুপ কাঙলুপ শূলগী ওইনা নত্তগা লৈকায়গী ওইনা লৈবা লম্পাক্তা নুমিদাংরাইরম লৈপুঙ

ফম্বগী চৎনবী অমা লৈরম্মী হায়নবা । ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা অসিগুম্বা অহল-লমনগী লৈপুঙ ফম্বা অসি পুলিসলেঙে লম্পাক্তা থেংনৈ । লৈপুঙ ফম্বদা য়াওরিবা মীওইশিং অহল ঙাক্তনি । মখোয়না শারিবা বারীশিং অদুদি নোক্ক বা পংশা-শাদুনা মতম লেন্নবা হোৎনবনি । লৈপাক্কী ওইবা অমত্তা নত্তে ।

য়াইস্কুলগী ওইনা ইং ১৯২৭-২৮গী অদুবাইদা নুপীমচাশিং লাইরিক তম্বীনবা য়াম্না মরাক চপ্পা ইনা কৃপ্পা শঙ মচা অমা লাইশ্রম ঙাংবা সুবিদারগী ইংখোলগী চীংখৈ পাংবা লমজাওগা তাইনবা চুথেক অমদা লৈরম্মী । হায়রিবা লম মচেৎ অসি ঙাংবা সুবিদারনা,'নখোয়না শীজিন্নরিবা মখৈ শীজিন্নৌ' হায়দুনা লৈকায়গী মতম অদুগী নহারোলশিংদা পীবনি । নুপীমচা স্কুল অসিদা লৈকাইগী নুপীমচা মখৈ ময়েক চৎনবা অয়ুক্তা শ্রী হিজম চাওবা সিংহনা ওঝা ওইদুনা তম্বী । নুংথিলনা হিন্দী স্কুল ওইনা শীজিন্নৈ । হিন্দী তম্বা কাঙবুনা পাখং ঙাক্তনি । হিন্দী প্রচারক অমনা তম্বি ।

মথক্কী স্কুল অসি নত্তনা য়াইস্কুলদা লৈকায়গী ওইবা ময়াম তিন্নবা য়াবা মফম অমত্তা লৈরমদে । মরম অদুনা পাখং মচা ময়াম পুনফম অসি য়াইস্কুলগী ওইনা ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ, য়াইস্কুল লাকপগীদা ওইরম্মী ।

ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ অসি মতম অদুগী য়াইস্কুল লাকপা হাপ্লম্মী । ময়াম্না য়াইস্কুল লাকপা হায়রগসু অদুম খংনরম্মী । মতম অদুদা শ্যামকিশোর পঞ্চায়েত মেম্বর ওইরম্মী । মহাক জিম্নাস্তিক-বালা অমনি । সাইকল থৌবা অমসুং সর্কস্তা সাইকলগী কুম্মৈ পূন্নমক উৎপা ঙম্বা নিপানি । শান্নখোৎনবদা, জিম্নাস্তিক্তা থবায় য়াওবা অদুগুম্না পূং-ঈশৈ অমসুং ড্রামাদসু থবায় য়াওরম্মী । অমুক করি হায়রুনি, মথক্তা পনখ্রিবা হীরমশিং অসিদা নত্তনা মিলিটরীদতা কান্নবা মহৈ হেলীওগ্রাফি (Helliography) টেলীগ্রাফী (Telegraphy) অমসুং মুওর্স (Moors) সিগ্নেলিং য়াম্না নীংথিনা খঙলম্মী । মদুগীদমক দরকার লৈবা যন্ত্রশিং লৈরম্মী অমসুং নহারোলশিংদা মখোয় অদু শীজিন্নবা তম্বীরম্মী । ঐহাক হাইস্কুলদা তম্লীঙৈদা স্কাউট ওইরম্মী । অদুনা য়াইস্কুল লাকপদগী মুওর্স সিগ্নেলিং তম্লম্মী ।

ম্যুজিক্কী যন্ত্রদসু অদুমঙাই, শ্যামকিশোর সিংহগীদা ম্যুজিক্কী মখল মখলগী যন্ত্রশুনা লৈরম্মী । শ্যামকিশোর সিংহ ক্লারিয়নেট খোংবদা থোইদোক্না পামশিল্লম্মী । মহৈ কয়া অসিনা মরম ওইদুনা মখল খুদিংগী মহৈ পাম্বা কাঙবু-অহল্লোন অমসুং নহারোম্না নিত্তিগী ওইনা মাগীদা তিল্লম্মী অমসুং পূল্লম্মী । মহাক্না অরাকপা নহারোল অমসুং অহল্লোন পুন্নমক চা পীথক্লুনা তরাম তরাম তৌরম্মী । অদুনা শ্যামকিশোর সিংহগীদা চঙবদা কনা অমত্তনা হঙ্গোইনরমদে ।

ইং ১৯৩০ ঐহাক্কী মেত্রিক পরীক্ষা থাবা চহীনি । মেত্রিক পরীক্ষা হেক থাবা লোইবগা পরীক্ষা হায়দোক্লিংঙৈগী অহাংবা অসি ঐহাক ম্যুজিক্কী যন্ত্র অমত্তংদি হৈনিংদুনা বাঁশী খোংবা তমজগে খঞ্জদুনা মহাক্কী মফমদা হায়জবদা, তাইবুংঙোগী পিক্লু অমা লৈরমদুনা মদু ঐঙোন্দা মতম খরগী ওইনা পীবিদুনা ঐবু তম্বিবা হৌখি ।

মতম অসিদা সোরোখাইবম ললিত সিংহ অমসুং হিজম অঙাংহল সিংহ অনী থেংনজখি । মখোয় অহুম অসি চহী লেঙ্গাঙাক্লি । অহুম্মক নিতিগী ওইনা ঈশৈ তিন্নে -- হারমোনিয়ম পায়দুনা ঈশৈ ঔরাই । অহুম অসিগী অপাম্বা অসি মণিপুরদা ড্রামাগী অপূনবা সংস্থান অমা থম্নবা ৱাখল্লোন অসিনা ওইরম্মী । অহুম অসিগী অকনবা মান্নবা অপাম্বা অসি নিতিগী ওইনা ৱারী শানবা, ঐনা তোয়না থেংনরম্মী অমসুং মদু পাংথোক্কবা পোরম কয়া ললিত সিংহনা পুথোক্ক ম্মী ।

ঐহাক মতম অসিদা পিক্লু খোংবা খরা হৈরে । অদুগা স্নাখ্যা লুখোইস্নাসু কোর্নেট খোংবা ঙম্লে । শ্যামকিশোর সিংহদি মতম অদুদা য়াম্না নীংথিনা ক্লারিওনেট খোংবা হৈবা নিপা অমা ওইরম্মী । খর লৈরগা মখাগী মীওইশিং অসিনা কোন্সার্ট পার্টি অমা শেম্লম্মী ।

১। শ্যামকিশোর সিংহ-ক্লারিওনেট , ২। রাঃ কুঃ লুখোইস্না -কোর্নেট, ৩। রাঃ কুঃ রতন সিংহ - পিক্লু , ৪। সোরোখাইবম ললিত সিংহ -হারমোনিয়ম, ৫। গোপাল দাস শর্ম্মা -ঢোলক, ৬। হিজম অঙাংহল সিংহ- তান থাবা ।

পার্টি অসিনা ইহান হান্ন তেলীপতিদা নুমিদাং লুহোংবা অমা খোংখি । শ্যামকিশোরবু বাজাই খোংবা চৎকনু হায়বা মহারানীগী স্নায়াথং ইন্দে হায়বগীদমক মহারানীনা ইন্থোকখি ।

মথংদা --শীংজমৈ মখাদা সনসম গৌরহরিহোয়গী কোল্লুপ্তা ড্রামা অমা ললিত সিংহনা হারমোনিয়ম, ঐনা পিক্লু , গোপালদাস শর্ম্মানা ঢোলক য়েরগা কোন্সার্ট খোংখি ।

অসুম তৌনা তৌনা ললিত সিংহনা 'অরেপ্পা মকপ' অমসুং 'সতীখোংনাং' হায়বা নাটক অনী, হিজম অঙাংহল সিংহনা 'থাবল চোংবী' হায়বা সামাজিক প্লেশিং ইবা লোইখি । মতমদুদা অঙাংহল-মহাক্কী 'মোইবাং থোইবী' কাব্য ইবা হৌগৎখি ।

মরক অসিদা পাখংতগী ওইবা মৈতৈলোনগী গৌবলীলা অমা ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহগী শুম্মাঙদা নুমিদাং শান্নখি । লীলা অসিগী অয়াম্বা ঈশৈদি

অঙাংহল সিংহনা পুথোকপনি । লীলা অসি শান্নবা হোৎনবদা য়াইস্কুল লাকপা, অঙাংহল সিংহ অমসুং ললিত সিংহনা মরুওইবা থৌদাং লৌখি ।

অসুম্না চৎথরকপনা ললিত সিংহনা সেক্রেটরী ওইদুনা ইং ১৯৩১গী মমাঙদা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন কৌবা ড্রামা সংস্থান অমা শেম্লে । সংস্থান অসি হেক শেম্বগা ইহান হানবা ওইনা 'অরেপ্পা মরুপ' অমসুং 'থাবল চোংবী' হায়বা লীলা অনী অসি ঙাংবমদা ষ্টেজ শারগা শান্নখি; টিকেট লৌখিদে ।

ইং ১৯৩১ দা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসি মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়বা মিং অসিদা ওম্থোকখি । সেক্রেটরী ললিত সিংহনা অদুম ওইখি ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ অসি ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহগীদা ইং ১৯৩১দগী ইং ১৯৩৩ অদুরাই ফাওবা লৈবম্মী । ঙাংবমদা লৈরিঙৈদা শান্নখিবা লীলাশিং:-

১। অরেপ্পা মরুপ - অইবা - ললিত সিংহ
২। সতী খোংনাং - " - ললিত সিংহ
৩। থাবল চোংবী - " - অঙাংহল সিংহ

## *চিংঙাখম ময়ুরধ্বজগীদা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন ।*

ইং ১৯৩৩ গী অদুরাইদগী এমঃ ডিঃ ইউঃ ঙাংবমদগী চিংঙাখমদা হোংখি । মতম অসিদা মখাগী মীওইশিং অসিনা মেনেজিং ফমদা লৈদুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী থৌশীল-থৌরাং পুখি । ১। খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ -প্রসিডেন্ট, ২। সোরোখাইবম ললিত সিংহ - সেক্রেটরী, ৩। চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহ, ৪। ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ, ৫। নোংমাইথেম থানিল সিংহ, ৬। হিজম ইরাবত সিংহ, ৭। হিজম অঙাংহল সিংহ, ৮। রাঃকুঃ স্নাতোম্বা সিংহ (য়াইস্কুল লাকপা), ৯।খাইরাকপম তোম্বা (কম্পাউণ্ডর), ১০। হুইরেম লালা সিংহ, ১১। সৌগাইজম ইবোতোম্বা, ১২। ভূতনাথ, ১৩। ঙাংবম যুগলচন্দ্র সিংহ ।

থবক শীল-লাঙনবগীদমক্তা মখাগী বিভাগ কয়া অসি শেন্নম্মী ।

| *সব কমিটি :* | *শিন্নবা থবক* |
|---|---|
| (ক) ১। চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহ,<br>২। খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ<br>৩। ললিত সিংহ<br>৪। নোংমাইথেম থানিল সিংহ<br>৫। হিজম ইরাবত সিংহ | ড্রামা ইবা, অনুবাদ তৌবা, করম্বা লীলা শান্নগদগে লেপ্পা রিহার্সেল, ডাইরেক্সন, অমসুং পার্ট য়েনবা । |

৬। হিজম অঙাংহল সিংহ

(খ) পব্লিসিটি:

সোরোখাইবম ললিত সিংহ অমসুং মাগী মতেং পাংবা কাংবু ।

(গ) ম্যুজিক বিভাগ :

১। লাইশ্রম গৌরহরি সিংহ ২।চিংঙাখম রাধাচরণ সিংহ ৩। য়াম্বেম শশিমোহন সিংহ ৪। হুইরেম লালা সিংহ ৫। যুম্নাম থম্বৌ সিংহ ।

(ঘ) ষ্টেজ অমসুং লাইট :

১। বাপু চাওবা শর্ম্মা - ব্রহ্মপুর, ২। লৈমপোকপম গুণি সিংহ -য়াইস্কুল, ৩। চিংঙাখম অমুবী সিংহ - য়াইস্কুল,

(ঙ) সিট অমসুং টিকেট:

লোইতোংবম তোম্বা সিংহ অমসুং মতেং পাংবা কাঙবু - জন্মস্থান

(চ) মেক অপ:

১। লৌরেম্বম কামদেব সিংহ -কৈশামথোং, ২। কাংঙবম লালা সিংহ - জন্মস্থান

(ছ) ড্রেস :

ঙাংবম যুগলচন্দ্র সিংহ - জন্মস্থান

(জ) ষ্টোর :

রাঃ কুঃ রতন সিংহ - য়াইস্কুল।

চিংঙাখমদা লৈরিঙৈ মতমদা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী নিয়মাবলী অমসুং লাঙ্গোল অনী খুৎপায়ফমদা ক্রোস তৌনবা সিম্বোল অসিনচিংবা পোমখি অমসুং পুথোকখি ।

ইং ১৯৩৩দগী ১৯৩৬ ফাওবগী মনুংদা চিঙাখমদা লৈরিঙৈদা শান্নখিবা লীলাশিং :-

| | |
|---|---|
| ১। অরেপ্পা মরুপ | অইবা ললিত সিংহ |
| ২। দেবলা দেবী | অনুবাদ |

| | |
|---|---|
| ৩। নরসিংহ | এল ইবুংঙোহল সিংহ |
| ৪। বিল্বমঙ্গল | অনুবাদ |
| ৫। মন্দির প্রবেশ | অনুবাদ |
| ৬। মিশোর কুমারী | অনুবাদ |
| ৭। দূর্গেশ নন্দিনী | অনুবাদ |
| ৮। সাবিত্রী সত্যবান | অনুবাদ |
| ৯। কর্ণার্জ্জুন | অনুবাদ |

ইং ১৯৩৭তা অনৌবা শাবা—হৌজিক লৈরিবা হোল অসিগী মফমদা হোংদোকখি।

## *নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী মরী লৈনবা মেলাদা এমঃ ডিঃ ইউঃগী 'দেবলা দেবী' প্লে।*

নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী মীফম মা কোনুংদা ইং ১৯৩৪গী মেগী তাং ৩০ ইরাই নুমিত্তা মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহ কে.সি.এস.আই; সি.বি.ই. না সভাপতি ওইবিদুনা ফমখি।

হিজম ইরাবত সিংহনা স্বাগতকারী সমিতিগী সেক্রেটরী ওইখি।

পুলিস লেন লম্পাক্তা ডিলিগেটশিংবু য়েংহন্নবগীদমক মণিপুরগী ওইবা অচৌবা মেলা অমা চহীদুগী মেগী তাং ২২দগী হৌনা পাঙথোকখি।

মেলা অসিদা, মেগী তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৮.৩০ তাবা মতমদা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ড্রামা 'দেবলা দেবী' উৎখি। ললিত সিংহনা কাফুরগী রোলদা কুমখি।

লীলা অদুদা ভাবক ওইবিরিবা মপান্দগী লেঙবিবকপা দিলিগেট —মণিপুরী মচাশিংনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ড্রামাসিবু য়াম্না পেনবীখি অমসুং ললিত সিংহবু লীলাগী আর্টিষ্ট অমা ওইনা য়াম্না থাগৎপিরম্মী।

*থাংমৈবন্দা হিজম অঙাংহল সিংহনা ইবা 'থাবল চোংবী'*

'থাবল চোংবী' ড্রামা অসি সামাজিক ওইবা লীলা অমনি। নুপী-নহানা য়াম্না পাম্নরম্মী। লীলা অসি থাংমৈবন্দগী কাঙবুনা কৌরুক্তুনা য়েন্দ্রেবম বঙ্কবিহারী সিংহগীদা শান্নখি।

লীলা অসি মফম অদুগী ভাবকশিংনা য়াম্না পেন্নখি। অসুম্না এমঃ ডিঃ ইউঃগী মিং অসি মণিপুরগী মফম খুদিংদা নোংমা নোংমগী শন্দোকপা হেল্লকখি।

এমঃ ডিঃ ইউঃ গী অনৌবা উৎপা লীলা খুদিংদা অনৌবা নহা-অহল ভাবক্তনা মশীং কক্লবা সিট মশীং হান্না-হান্না লৈনবা তান্নখি ।

থাংমৈবন্দা উৎখিবা লীলা অসিগা মরী লৈননা মণিপুরদা কাওবা য়াদ্রবা অবাবা থৌদোক অমা থোকখি । মদুদং ময়ামগী মফমদা শন্নপ্লা পঙ্গগে ।

মতম অদুগী নুম্বিৎ অমসুং অরেপ্পা তারিখনচিংবা ঐনা নিংশিংবা থোকচদ্রে । চিংঙাখমদা লৈরিঙৈদরা নিংশিংবা ঙমদ্রে । নোংজুথানি, নোং-নুংশিৎ কন্না শীৎপা অমসুং অখাক-অরাও য়াওবা মতম্নি ।

নুমিদাং অদুগী লীলা শান্নবা লোইরে । নোং-নুংশিৎ কিবদগী লীলা য়াওবা-য়াওবী পূম্নমক মহৈ মহৈ চেন্নখরে ।

মতম অদুদা ঐদি, ঐগী ইথৌনা য়াদদুনা পোৎচৈ লোইশিল্লি । অহলশিংগী মনুংদা ললিত সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, হিজম ইরাবত সিংহ অমসুং হিজম অঙাংহল সিংহ লৈহৌরি । য়ুম্বুগী অহল- লমনশিংগা ৱারী শান্নরম্মী ।

পুম্নমক লোইশিন্নদুনা নোং-নুংশিৎকী ৱাখলগা লোয়ননা মফম অদু হাথু হাথু থাদোক্লম্মী । নাগ তুরেল মরিল মতুং ইন্না খুয়াথোংগী নোংচুপ পাংনা লৈবা থাংমৈবন্দ পুখ্রি অচৌবগী মমাঙগী লম্বীদা কাংজাবী তম্না মহারানী থোং য়ৌনবা য়াম্না থুনা চৎলম্মী ।

কৈথেল খমদ্রি, ঙায়োনফমদা উচাল মৈরা চাউনা থান্দুনা নোং তানা তানা ঙা য়োল্লি অমসুং লৈনরি । অদুমকপু কৈথেলদি নোং তাবনা মরম ওইদুনা অয়াম্বা ইতাক তাক্লরে ।

মহারানী থোং য়ৌরে, অহলশিংগী মনুংদা খন্নরে । ঐখোয় কদোমদা চৎসিগে ? তাদ ললিতনা হায়রকই , অমনা খুম্মী- 'মনিঙ লোমদা চৎপনা শম্লে--মনিঙলোমদা চৎসি' । মতম অসিদা তামো ইরাবত্তি মহারাজনা ক্রিকেট শান্নবা কাঙবুদা য়েনবিবা লুপা য়াংখৈ পীবা জপানগী একাগাড়ী অমা ইন্দুনা ময়ামগা খোঙনা চৎমিন্নরি । তামোনা খুম্মী --'ঐদি সাইকল য়াওরি মমাঙলোমদা চৎলগে' । তামো মমাঙদা চৎখ্রে ।

নোংদি অরেপ্পা লৈতে, থোইনা হেন্না কন্না চুরক্লি । নোং-নুংশিৎ লেপ্পা লৈতে, ঐখোয় পূম্নমক কোক্তা রুমাল অমমমদং কুপ্লি হায়বদু মঙায়, হেন্না হেন্না চোৎশিল্লকই ।

চোৎনা চোৎনা চৎলি, উচিন-নাচিন ৱাহেংবম লৈকাই লাম্বোক্কে । নোংলিক্লা যৈবদা মায়-মীৎ অনাবা ফাওরক্লে । নোং-নুংশিৎকী কপ্পা শীৎপগী মখোলনা ঐখোয়বু থক্কৎপা অমসু পোকহল্লে । মতম অসিদা অকোইজম অমুবীগী নুপী মচা স্কুলগী মমাঙ য়ৌরে । কনানো অমনা হায়রকই, —'ঐখোয়বু স্কুলদা ঙাইহাক পনখিসিবা ?' তাদ ললিতনা খুম্লকই — 'পল্লনুসি কৈশামথোং য়ৌনবা চেল্লসি' । অসুম্না পনবা তৌদনা কৈশামথোং য়ৌবন্মী । থোং অদু মতম অদুদা ইনা মথক কুপ্লি । থোংয়াইদা ঐখোয় মঙা খাঙলম্মী ।

নোং-নুংশিৎ অমুক অমুক শীৎলকপদা ইমাঙদা লৈবা ৱাপলদা হৌবা ৱা পূম্নমক অমুক্কা লৈখা খেৎলম্মী, অমুক্কা স্বর্গ ফংলম্মী । নুংশিৎনা হুম্বদা হাইগৎ-হাইথা তৌবা অদুনা ঙাইহাকসু কুম্মে অমা ওইবম্মী ।

অসুম্না খাঙলিঙৈদা খঙহৌদে-- এম. আবদগী কোনুং, কোনুংদগী আসাম বাইফলনা মথং মথং দবল বেঙ্গল অহল্লক খোংবা তাবম্মী মদু তাবদা খুদোংথীবা অকবা থৌদোক অমা থোক্লমাল্লে খল্লম্মী । অশেংবা পাওদি তাবা ফংলমদে । পৃক্লিংদা চিংন-চিংননা ঐখোয় নোং খবা নেমথবকপদা থোং থাদোক্লম্মী । খুডাইবুংঙো থানিল্লা মমাঙলোমদা লেঙখি । তাদা অমসুং মাম্ম অনীমক যুম যুমদা চঙনখি । ঐসু যাম্না ৱানা যুম যৌখি ।

ঐহাক্লা য়ুম য়ৌবদা তাবে--ঙাযোনবী কযা স্কুলনা নন্দুনা শিবে । মফম অদুদা শ্রীযুতইবুংঙো চুডাচান্দ মহারাজ লেঙথদুনা এম. আর. অমসুং আসাম বাইফলগী সিফাইশিংগা লোযননা স্কুলনা ননবা ঙাযোনবীশিং চিংথোক্লবা হোৎনখি । স্কুল অদু অকোইজম অমুবীগী নুপীমচা স্কুল অদুনি ।

ঐনা অবোইবদা নীংশিংজবি, অচৌল-লমনশিংনা থর্গ্নীবাল্লবা অসিগুম্বা সংস্থান অসিগী থবক অসি মপুঙ ফানবা নহারোলশিংগী অপূনবগী শক্তি চঙই । নীংশিংসি অচৌল-লমন লাইগুরুশিংবু; মখোযনা পাল্লম্না লম্নীদা ঐখোয়না পূল্লা চৎনবা শ্রীগোবিন্দগী চবন্দা খুকমজবি । ■

# অরিবা ড্রামাগী ফিজেৎ অমসুং মেক-অপ

*ঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহ*

মণিপুরগী ড্রামাদা মপুঙ্গি কৎথোকখ্রবা লমযানবা কযা কযানা ড্রামাদা শীজিন্নবগ্বা ফিজেৎ অমসুং মেক-অপ অসি থোইদোক্না শীংথানিংঙাইনি। মতম মতমগী ওইবা যাবা ফিজেৎ-লৈতেং শীজিন্নদুনা ড্রামা অদুবু মপুং ফাহন্নবা হোৎনবতনা মখোয়গী অচৌবা আশানি। মপানগী লমদগী লৌদুনা শীজিন্নবা য়াবগী খুদোংচাবা কয়া ফংলক্রবা মতমদসু মতম অদুগী খুৎ-শা হৈবা লাই-গুরুশিং অদুনা মশা মশাগী ওইবা ব্রাখলনা ফজবা মওং কযা পুথোক্লুনা ড্রামা অদুবু মপুং ফানবা হোৎনবমই। মতম অদুগী লীলাশিংদসু ষ্টেজ-ক্রাফটস, কোস্ত্যুমস অমসুং মেক-অপনচিংবদসু পুক্নিং চিংশিল্লমই। মণিপুরদা ফংবা পোৎ চৈ খবতনা শেম-শাদুনা, ড্রামাদা চঙলিবা দবকাব লৈবা ঠীবম খূদিংমক মাযোক্লবা তাবমই। মপানগী লমদগী কা-হেন্না পুশিল্লকপা যাবগী খুদোংচাবা অসি লৈবমদবনা মবম ওইদুনা, মতম মতমগী ওইনা মণিপুরদা ফংলিবা পোৎ চৈ খবতনা শেম-শাদুনা মপুংফাবা ড্রামা অমা ওইনবা হোৎনবমই।

লাই য়েকপগী মতাংদা পনবা তাবগসু য়েক্লবগী মচুশিং অসি শুনা ফংদবনা মবম ওইদুনা অঙৌবা অমসুং অমুবতনা ড্রামাগী সীনর্শিং য়েক্লম্বগী মওং কযা লৈ। খুদম ওইনা হাযববদা আইভোরী ব্লেক পাউদব অসিমক ফংলক্লবা মতমদা তোর্চ সেলগী মনুংদা যাওবা মৈতানগুম্বা অমুবা অসিমক্না য়েক্লুনা শীজিন্নবমই। অসুম্না ফিজেৎ অমসুং মেক-অপ কী মতাংদসু মতম মতমগী ওইনা অফংবা পোৎ খবতনা ওইনবা হোৎনবমই। মপান লমদগী লৌদুনা শীজিন্নবা মমাংঙৈগী অহল-লমনশিংনা কার্লিং হাযনা খঙনবা - হৌজিক্কী মতমগী আর্টি ফিসিয়েল হেয়াব উইগ (ড্রামাদা উপ্পবা শম) অসিমব মপানগী লমদগী লৌবগী খুদোংচাবা ফংলক্রবা মতমদা, লিমোন্দা মখল কযাগী মচু শঙজিন্দুনা খেন্ন-খেন্নবা কেবেক্টবশিংগী শীজিন্নবা যানবা উপায থিদুনা শাবা হৌখি। অসিদসু নত্তনা অখোইবা অর্মাদি খোইদবা উপ্পবা শমশিং পুথোক্লবগীদমক্তা হৌজিক্কী মতমগী ওইবা পার্মিং লোশন অসি শীজিন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা শুমজিৎনচিংবগী লাঙ্গোমশিংদা যেৎশিল্লগা মৈশা পীদুনা খোইহন্নবা উপায় কযামকম শীজিন্নবমই। শম শানবা মচাকশিংগী মনুংদা লীমোন, চামব, নাইলোন অমসুং লংহুমনচিংবনা শাবম্বগী মওংসু লৈ। মক-

ওইনদি মতম অদুগী এক্টর শিং অসি নুপানা নুপীগী কেরেক্টরদা কৃম্বনা মরম ওইদুনা নুপাশিংনা নুপী শাবদা উপ্পবা অশাংবা শমগীসু দরকার য়াম্না লৈ । অসিগুম্বা শম মখলশিং অসি অয়াম্বা লীমোন্না শাই ।

ফৈজোম, ফুরিৎনচিংবগী মতাংদসু কেরেক্টরগী ওইনা চান্ন-চান্নগদবা ফিজেৎশিং মশা-মশানা লাওজবা নত্তুগনা ড্রামা ইউনিট শিংনা লাওবগী চৎনবী লৈরমই । খুদম ওইনা হায়রবদা এমঃ ডিঃ ইউ ঃ গী প্রসিডেন্ট অমা ওইনা পুবীরম্বা স্বর্গীয় ধনচন্দ্রসিংহনা কৃমখিবা ‘‘দেবলা দেবী’’ গী খিজিরখাঁ, ‘‘কর্ণার্জ্জুন’’ গী ভীম অমসুং নরসিংহগী শত্তুম উৎলকপদা শেৎকদবা ফিজেৎনচিংবগী মতাংদা মশানা দরকার লৈবা ফিজেৎকী শরুক খরা লাওজখিবগী ৱারী তাবা ফংই ।

লীক-কোল অমসুং খুজীনচিংবগী মতাংদা খন্নবা তারগসু অকেবা কেরেক্টরশিংগী ওইনা, অয়াম্বা মশা-মশানা লাংজবা য়াবগী খুদোংচাবা লৈরকই । ফংদ-ফংদ্রগনা অয়াম্বা কেরেক্টরগী ওইনা লৈ পরেং অমা হেক্তা শিজিনবগী চৎনবী লৈরমই । পোৎলোইগী ওইবা পোৎ -লৈরি, চমকী অমসুং সুরমানচিংবনা শাবা ঙকশম, পাম্বোম, খুদাং অসিনচিংবগী ডেকোরেশন কয়া অমসু মতম অদুদা ইচৎমক চৎনরমদবা নত্তে । মমৈথংদদি অশেংবা সনা-লুপানা শাবা অশেংবা লীক-কোলশিং অসি থাদোক্তুনা পোৎলোইগী ওইবা মচাকশিংনা মতম চঙনা শাবা পোৎ-চৈশিং অসিনা হেন্না মরু ওইনা শীজিন্নরে । লৈম- নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌ কয়ানা শীজিন্নবা ‘রোয়েল ড্রেস’ হায়না খঙনবা ফীজোলশিং অসিগী মতাংদা পনবা তারগসু বক্রবন্ধী মওংগী ফুরিত্তা অচম্বা কিনার, পীতানচিংবা কয়া নপশিন্দুনা য়েংবদা নুংঙাইনবা হোৎনরমই । অসিগুম্বা মওংগী থবক অসিবু ‘‘কাম-তৌবা’’ হায়রগা খঙনৈ । পোৎলোইগী ওইবা থবক অসিনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না রেশম অমদি সাতন্নচিংবদা কাম তৌদুনা হেন্না ফজনবা হোৎনবা অদুগী মথক্তা লৈরোংনচিংবা য়াওবা কিনার পীতাশিং অসি শীজিন্নবগী হৈনবী কয়াসু লৈরম্রে । মতম অদুগী ফিজেৎকী থবক্তা পায়রিবা নুপা অদুবুনা ড্রেস মেনেজর হায়র’’ খঙনরমই ।

কোক্তা উপ্পবা লুহুপ অমসুং অতৈ হেডগিয়ারশিংগী মতাংদা নৈনবা তারবদা ইচম চম্বা শম্বীচেদা ওইহন্নিংলিবা লৈরোংগী মওং অদু কক্কগা মচীন অনী অদু তাইশিন্নদুনা কোক্তা উপ্পদা য়ানবা হোৎনরমই । হৌজিক্কী মতমগী সনা-মচুগী চে অসি ফংদবনা মোইদা অমসুং গোল্ড-দষ্ট শীজিন্নদুনা সনা-লুপানা শাবা পোৎশক মান্ননবা শেম্লমই । হেকলনচিংবা শীজিন্নবগী মতাংদসু মচুগী ওইবা হেকল শীজিন্নবগী মহুত্তা উরেকশেক (উরোক মতু) অঙৌবা অসিনা

মরুওইনা শীজিন্নে । মতম মতমগী মতুংইন্না সলাই মচা, সলাই অচৌবা কোকয়েৎ অচৌবা অনানবা অসিনচিংবা মৈতৈগী ওইবা কোকয়েৎ মখল খরদং শীজিন্নরম্বগী মওং লৈ ।

খ্বাঙয়েৎ অমসুং ইন্নফিগী মতাংদা নৈনবা তারগসু য়াম্না কা-হেন্না অরং-অরাক অমসুং লৈরোংনচিংবা শীজিন্নরম্বগী মওংদি উদে । অদুবু দরকারগী মতুংইন্না মৈতৈগী ওইবা লমথাং খুলক্ক চিংবা শীজিন্নবা য়াবগী মওংদি লৈ। কা-হেন্না ডেকোরেশন তৌদুনা শীজিন্নবগী মওংদি লৈতে । মচুগী ওইবা ফি মতেক অমনা, ফৈজোমগা চান্নগদবা মচু খন্দুনা খ্বাঙদা পুন্দুনা শীজিন্নরম্বগী মওংদি উই ।

হৌজিক্কী মতমদা ফংলিবা অপাবা, অথাবা, অরংবা মচু মখলগী সাতন, সিল্ক অসিনচিংবশিং অসি ফংদবদগী মরু ওইনা অঙাংবা, অশংবা অমদি নাপু মচুগী মুগা ফৈজোমশিং অসিনা য়াম্না কেরকপা মতমদা শীজিন্নরমই, নত্রগনা লংজমগী ফৈজোমদা দরকার লৈবা মচু শঙদুনা অমদি কিনার পীতানচিংবা নপশিন্দুনা শীজিন্নবনা মতমদুগী অকেবা ফৈজোম মখল ওইনা চৎনরমই ।

চাওরাক্না ইং ১৯৪৭-৪৮ ফাওবদি মথক্তা পনখ্রিবা ফিজেৎ -চাকশেৎ অসিগী মওংদা শীজিন্নরমই । মতমদুগী ড্রেস মেনেজরশিং -- ঙাংবম যুগলচন্দ্র, সারুংবম নরতন সিংহ অমদি ঘনশ্যাম শর্ম্মা অসিনচিংবা ভদ্রলোকশিং অসিনা মতম মতমগী ওইবা য়াবা ফিজেৎশিংগী মরমদা নৈনদুনা মপুংফানা ফজবা ফিজেৎ-লৈতেং অমা ওইনবা হোৎনরমই । খরা থেঙথরক্ল বা মতমদনা ঐচঃ থম্বাল শর্ম্মা অমদি খাইদেম বিহারী সিংহনা ড্রেস মেনেজর ওইনা পুবমই । হায়রিবা লাই গুরুশিং অসিগী মতুংদগীদি এমঃ ডিঃ ইউ ঃ গী মতিক চারবা নহারোল কয়ানা য়াম্না থব্রায় য়াওনা হোৎনদুনা ফিজেৎকী থবক অসি পায়বা হৌগৎখি । মতম কুইনা, শাংনা লাই গুরুশিংগী তুং ইঞ্জরকপনা মরম ওইদুনা নহারোলশিংগী থবকসু য়াম্না শীংথানিংঙাই ওইবা মওংদা লৈ ।

*অরিবা মতমগী ড্রামাগী মেক-অপ*

হৌজিক্কী মতমদা ফংলিবা মেক-অপকী ওইবা মচাক অমসুং শীজিন্নবগী মওং অসিগুম্না অরিবা মতমদা শীজিন্নরমদে হায়বসি মীয়াম্না হেন্না খঙনরবা ব্রাফম্নি। হৌজিক্কী মতমদা অরিবা মেক-অপকী মওং অমা নৈনবা হাযবসি অরায়বা ব্রাফম নত্তে । মণিপুরদা ড্রামা হৌবকপদগীনা ঙসি ফাওবদা মেক-অপকি থৌদাং পুবীরম্বা, লম্বী অসিগী ওইনা লময়ানবা গুরুশিং খরদগী খঙজবা অমদি তাজহৌবা খরদং মীয়ামদা থমজরি ।

হীরম অসিগী ওইনা লময়ানবা গুরু খরগী মমিং পনবা তারগদি বাঙ্গালী ভদ্রলোগ জিতেন,- মশামক্তা শীজিন্নরম্বা মেক-অপকী মওং অমসুং মচাকশিং অদু লময়ানবা গুরু কয়াদগী তাজবা ফংজহৌই । জিতেন মশামক্তা শম্নহৌবা মিং পনবা য়াবা মৈতৈ গুরুশিংদি ঙাংবম উদ্বব, রাজ কু ঃ সনামচা, তিলক অমসুং কেঃ লালা অসিনচিংবনি । গুরুশিং অসিগী মপান্দগী অরিবা মতমদা শীজিন্নরম্বা ড্রামাগী ওইবা মেক-অপ হায়বা হীরম অসিদা খরদং হায়জবনি । ইং ১৯৩১ দা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসি লিংখত্ত্রিঙৈগী মমাঙদা মেক-অপকী মওং অমসুং মচাকশিং অসি মরুওইনা শিন্দুর, কেসরী-চন্দন, তেঙ্গালী অমসুং পোমেদ নত্ত্রগা কাঙ-হীদাক্লচিংবা শীজিন্নরম্বগী ব্বারীসু তাবা ফংই । মচাক শীজিন্নবগী মতাংদসু পাউদর ওইনা শেম্লগা শীজিন্নবা নত্ত্রগা মোলোমগী মওং মান্না মচু অহুম তিন্নদুনা থীৎলগা মায়দা তৈদুনা শীজিন্নবা। মথক্তা পীষ্ত্রিবা মচাকশিং অসিনা ফংদ-ফংলক্ত্রগনা চেক মকৃপ্লা য়াম্না হেন্না কুপহল্লগা মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নরম্বগী মওং লৈ । লীমোন অমদি চামরনা শাবা, মায়দা নপ্লবা কোইশিংগী মনুংদসু তারানা কিশিং দুনা শাবা কোই নত্ত্রগা অফাবা লীমোন নত্ত্রগা চামরনা ফৈনা-পাওদরগী মহুৎ শিং দুনা শীজিন্নরম্বগী মওং উই । লীমোন অমদি চামর ফাওবা ফংবগী খুদোংচাবা লৈরক্ত্রবা মতমদা ঙাইহাক্কী ওইনা কবোকঙ অকংবনা মহুৎ শিন্দুনা মান্নবা হোৎনরমই । নপ্লবা স্পিরিত গম্লচিংবা ফংলক্তবা মতমদসু কৌবিল্যা পাম্বীদগী লৌবা গম নত্ত্রগা সাইকল তিউব ফোৎনবা সোলুশন ফাওবনা শীজিন্নদুনা মহুৎশিন্নবা উপায় কয়ামরুম য়েংলমই । ড্রাই কলরশিংগী মনুংদা ব্লেক পাউদর অসিনা ফংলক্তবা মতমদসু য়োৎশুবীগী হামুক নএগা উচান্নচিংবা মৈ থাদুনা ঙম্ন বা উপায় কয়া য়েংলমই । লিপষ্টিক্লচিংবগী মওংদসু ফি শঙনবা বিশিন্দ্রী মহী নত্ত্রগা উরৈরোম্ন চিংবা শীজিন্নদুনা য়াম্না থব্বায় য়াওনা হোৎনরমই । মতম অদুগী লময়ানবা গুরুশিংগী ব্বাখল খনবা অমদি তোঙান-তোঙানবা উপায় কয়ানা থবক অদু পাঙথোকপা ঙম্নবগী হোৎনবা অসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি । মতৌ অসুম্না শীজিন্নবা মেক-অপ মওং অসিনা অনীশুবা লাঞ্জাও ফাওবদা অহোংবা য়াওদনা চত্থরমই । অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদগীদি খরগী মখৈ হোংখ্রে। মায়দা পফ অমদি ব্রশনচিংবা শীজিন্নদূনা য়েকপা, কোইনচিংবগী মতাংদসু ফৈনা নপ্লগী মহুত্তা অফবা মখলগী গম শীজিন্নদুনা যুংনা নপ্লা, বেডিমেদ ওইবা মচুগী পাউদর শীজিন্নবা অসিনচিংবা অহোংবা কয়া অমসু লাকখ্রে । অদুগী মথক্তা কেরেক্ট র অদুবু মান্নবা হোৎনবদা হেন্না পুক্লিং চিংশিল্লকপা লোয়ননা এপ্লিকেশনগী মতাংদসু খরগী মখৈদি অহোংবা পুরক্লমই, হায়বদি পাউদর থারবা মতুংদা ঈশিংনচিংবা কাপশিন্দুনা চাং মান্নবা পাউদরগী লৈরোল অমা ওইনবা হোৎনরকই । মদুনসু হকচাংগী অশেংবা কুচু মালহনবদা অচৌবা মতেং ওই ।

মতৌ অসুম্না অথাবা মেক-অপকী মওং অসি তোকথোক্নুনা অপাবা মওংগী মেক-অপ মখল অসিনা হেন্না মীয়াম্না পাম্বা মেক-অপ মখল অমা ওইনা লৌনরক্লে ।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্লাওগী মতুংদদি মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্দসু রাজঃ কুঃ সনামচা অমদি কেঃ লালা সিংহ অনীনা মেক-অপকী অচৌবা থৌদাং য়ারমই । মতম খরগী তুংদদি লালা সিংহ মথন্তনা ষ্টেজগী সীন য়েকপা, ষ্টেজদা চঙবা পোৎ-চৈ শাবগা লোয়নননা মেক-অপকী থৌদাংসু পুরমই । মতম অসিমত্তদা পেইন্টিংগী অমদি মেক-অপকী এসিষ্টেন্ট অমা ওইনা অরিবম কুঞ্জবিহারী শর্ম্মা, য়াইস্কুল লোয়নননা অমাকচম যুগিন্দ্র সিংহ, য়াইস্কুল চিংঙাখম লৈরক্তা লৈবা এসিষ্টেন্ট অনী অসিগা লোয়নননা হোলগী থবক্তা য়াম্না থন্নায়-হকচাং য়াওনা পুবা হৌরক্লমই। মতম খরগী তুংদা জয়দেব শর্ম্মা অমদি হিজম ভদ্র সিংহনা মেক-অপকী এসিষ্টেন্ট ওইনা থবক পুবা হৌখি । মতম অদুদা শান্নখিবা মমিং পনবা য়াবা লীলাশিংগী মনুংদা "সাবিত্রী", "হরিশ্চন্দ্র", "বিল্বমঙ্গল", "মাথুর", "মখোয়সু মীনি", "যুমগী-মৌ" অসিনচিংবা লীলাশিংগী মেক-অপ্তা জয়দেব অমসুং ভদ্রসিংহ অনীনা লালা সিংহগী লমজিং মখাদা থবক পুবা হৌখি।

খৃঃ ১৯৫৪ দা এম ঃ দিঃ ইউঃ না "হাওরং লৈশং শাফবী" হায়বা লীলা অসি দিল্লী দা উৎলুবা মতমদা ফোল্ক কেটাগোরিগী মনুংদা ফাষ্ট প্রাইজ ফংলকখি । মপানগী ওইবা মেক -অপ আর্টিষ্টশিংনা লালা সিংহগী পেইন্টিংগী মবমদা য়ামনা থাগৎলকখি । মতম অসিমক্তদা শীজিন্নবা মেক-অপকী মচাকশিং অসি হান্না শীজিন্নবম্বা পোৎশিংদগী য়ামনা হেন্না খেন্নবা অমদি ফবা হেল্লমই । মতম অসিদগী হৌদুনা মেক-অপকী অচৌবা য়াওল অমা লাক্লে হায়বদা থোইনা চিংনিংঙাই লৈতে। ফাউণ্ডেশন বেজগী মতাংদা হায়রগসু হোল্লিউদনা শাবা মেন ফেক্টর মেক-অপ ফাউণ্ডেশন বেজ অসি শীজিন্নবা হৌখি। অসিদসু নত্তনা হোল্লিরুদনা শাবা মেক-অপকী ওইবা পোৎচাকশিং অসি য়াম্না কা-হেন্না মরাং কায়না ফংবনা মরম ওইদুনা মেক-অপ কী পোৎথোক্তসু অচৌবা অওনবা লাকখি।

মতম অদুগী লালাগী তেংবাংবা শিংগী মনুংদগী ঐচঃ ভদ্রসিংহ শীংথাবা য়াবা অখন্নবা মেক-অপ আর্টিষ্ট অমনি হায়না মীয়াম্না লৌনৈ । মহাক অসি ক্রেপ বুল শীজিন্নবদা হৈথোই-শিংথোইবা মীওই অমা ওইখিবনা নপখিবা খুৎশেমগী ওইবা কোই অসি য়াম্না তশেং-তশেংবা ওইনা উহনবা ঙমই । কুঞ্জবিহারী শর্ম্মাসু কমপ্লেক্সন গী মতাংদা য়াম্না লূনা পুথোকই হায়না মীয়ামগী থাগৎনবা কয়াসু লৈখি । অসুম্না থন্নায় য়াওনা পুরস্বদগী যুগিন্দ্র অমসুং জয়দেব মশা মশাগী অচিনবা কয়া লৈবদগী থবক্তগী পোত্থাখি। চাউরাক্লা ইং ১৯৫৪

অদুবাইদগী কুঞ্জবিহারী শর্ম্মাসু মশাগী অচিনবা কয়া লৈবদগী থবক্তা মায়পুনবা ঙমখিদবনা নোংম-নোংমগী হোল্লদগী লাপথোকখি। অহল ওইরবা লালা সিংহদি থবক্তগী লাপথোক্লবগী উপায় লৈখিদে। পুম্নমক্তা তোকখ্রবসু মহাক্তি তঙাইফদনা মশাগী অচিনবা কয়া থাদোক্তুনা পুন্সিগী অরোইবা শরুক ফাওবদা এমঃ ডিঃ ইউঃ বু কাউদনা সেবা তৌজখিবা মীওই অমা ওইখি । লালানা শোঞ্জিল্লক্লবা মতমদা ভদ্র মথন্তনা লীলা কয়াগী মেক-অপ তৌখি। হায়রিবা মতমসি মতমগী মেক-অপ থাদোক্তুনা য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা মওংগী মেক-অপ তৌবগী চৎনবী অমা লৈরকপা মতাংনি । ইং ১৯৫১ চহী অসি অরিবা অমসুং অনৌবা মেক-অপ অনীগী অচৌবা লংদাই অমা ওইবতা নত্তনা মেক-অপ হায়বা হীরম অসিবু তরং-তরংনা মশক ফজনা উহল্লে হায়বসি ঐহাক্কী থাজবনি। ■

## এমঃডিঃইউঃগী অঙনবা লীলাশিংগী ঈশৈ

*লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ*

মণিপুরদা ড্রামা তৌবা হায়বসিদি এমঃদিঃইউঃ হায়না তশেংনা সংস্থান অমা লিংদ্রিবৈদগী হৌনা চৎনরক্লবনি হায়বসিদি খ্বাইনা খঙনববা ঙাক্তনি । মতম অমা য়াম্না ঙল্লিবৈগী রানি, স্বর্গীও ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ (য়াইস্কুল লাকপা) ভদ্রলোক অসিগী মমাঙ শঙ্গোয়দা মতম অমগী ড্রামা শান্নফম ওইরকখি । মতম অদু ঐখোয় অঙাং য়াম্না ওইরি । অসুম খনবদা মতম অদুগী লীলা অসি ঈশৈতদা শাফূখরা হেন্ন পীনবরা হায়না খল্লি । লীলা হৌরমদাইদা কোন্সার্ট খোংই । হেক লোইবগা কাংশি য়ৈরগা ড্রোপ সীন হেক হাংদোকপদা প্রস্তাবনা হায়দুনা ঈশৈ অমা শক্লগা লীলা হৌই । মতম অদুদা প্রস্তাবনা শকপদা ঐনা

থেংনহৌবদা স্বর্গীও সোরোখাইবমললিত সিংহসু শকখি । খ্বাইনা ঙকনা থোকপীরম্বা য়াই-করিনোনে সোরোখাইবম ললিতনবু ঈশৈ শকপরনে ! শকখি, ঐ উজহৌই । হারমোনিয়ম অমা টেবল মচা অমগী মথক্তা থমলগা মশামক্তা হারমোনিয়ম অদু খোংদুনা ঈশৈ শকখি ।

মণিপুর কৌবী পুকচেল ফজবী
নীংথিবা ফিজেৎনা লৈতেংবী
ফজবা শকফম্মা ওইরিবী ।

অকনবা কয়া অথৌবা লক্ষ্মা
ইমা নঙগী নচানি ।
চিত্রভানু, খম্বা বব্রুবাহন কৌবা
ইমা নঙনা পোকপনি
নতম্বাক্তা চাউবনি ।।

.....................
তিল্লিবা সভা তোল্লবা ঐখোয়
ইমা নঙগী নচানি
অশোয় অঙাম ফত্তবা খিবিক
দোষ লৌহনবিনু
হন্না হন্না খুরমজৈ ।

মতম অদুদা ঈশৈ নোংমাইগী লমদা কোন্সার্ট খোংবগী কন্না থৌ পুবীরম্বা অহল-লমনশিংদি, ঐনা থাবদা য়াৎলমবসু য়াই, মখোয়গী মরক্তা পনবা য়াবদা লৈখিদ্রবা মেম্বর ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ (ক্লরিওনেট), সোরোখাইবম ললিত সিংহ (হারমোনিয়ম), হুইরেম লালা (ধুলোক), গোপালদাস (ধুলোক), লুখোইসনা (কোর্নেট), হিজম অঙাংহল (তান থাবা) অমসুং শ্রী রতনসনা সিংহ (পিক্লু) অসিনি ।

য়াম্না পীক্লা, আশাদি চাউনা শান্নরম্বা লীলা ঙাক্তনি হায়বা য়াই । ষ্টেজগী খ্বাইগী মমাঙথংবা সীন অদুবু ড্রোপ সীন হায়রগা খঙনৈ । মতম অদুদদি অয়েকপা সীন ওইনা তৌনরম্মী । মদুদা য়েকপা অসি লৌউবা নিপা অমনা লাঙ্গোল মরেংবান্দা থোংলগা ষণ অনীনা পাবোৎ অমদা মাঙদা ঈশিংদা লালহনবা, থোং মচা অমদা নিপা অদুনা লানবা ওইনা তৌই মদু অয়ুক অঙনবগী দৃশ্য ওইনসু উৎলি । অসুম খনবদা এমঃডিঃইউনা লাঙ্গোল পাম্বসি মতম অদুব্রাইদগী হৌরকপরা হায়বসিনি ।

মতোক কয়া শারে

ভাংলে ময়ৌ অনীনা

........ অসিনচিংবা ।

মতম অদুদা লিনপুবা, লিনপুবী শাখিবসি লিনপুমনা স্বৰ্গীয় পাউনম নবীন সিংহ অমসুং লিনপুবীনা স্বৰ্গীয় যুম্নাম গৌরচান্দ সিংহনি । য়াম্না নুংঙাইনা ভাককশিংদা ইশৈ ওইনা উংগদা অশেনবা কাওখিবা শৈশক ওইখি । য়াম্না নুংশিবা ইশৈ অমনা লৌমী শাখং ময়াম্না লৌ কাককনা মতমদা শকখিবা ইশৈ অমনা :

মতম অসি মন নুংঙাইয়ে ।

অমুক নুমিদাং অনীমক্তা

চাবা থকপা ইহাউ হাউরে ।

ইশা নহা ওইরিঙৈদা

য়েত্তা শাঙে ওয়দা লাক্লেল

মাওদা মপবু খারদুনা

........... অসিনচিংবা

ইশৈ অসি রামপ্রসাদী সুরদা শকপনি । মতম অদুরাইদা য়াম্না শাম্লনা শক্লবা সুরনি । স্বৰ্গীয় নীলকান্ত শর্মানা হন্নথা শকখিবা ইশৈনি । অতোপ্পা ইশৈ অমনা থিমুনা শকপনি :

কয়িসু লৈতে মীওইবা

থমু থমু মীওইবা

লেপ্তরবা তাইবংনি

অহিং লৈতে নুংঙিল নাইদে

চেংনা নীংজৌ মহাক্তনু ।।

ইশৈ অসি 'সতী খোংনাং'দা শকখিবদদি শানখিদে অদুবু 'বিল্বমঙ্গল' দা পাগলিনী শাখীনা শকখিবদদি য়াম্না কজখি ।

মথংদনা 'অরেপ্পা মরুপ' লীলানি ।

য়েংউনে য়েংকী খুত্তা

বাঁশী শায়বা ব্রজবাসী

চায়না মুখা নত্তে শংবসু নত্তে

লংলবা নীলকান্ত মণি ।

কোকী লৈতেং খাহোঙ চূড়া

ঙক্তা ঙাম্নি লৈপী পবেং

................. ।

[redacted]

ঈশৈ অসি বাংলাগী 'যমুনে একিতুমি সেই যমুনা প্রবাহিনী' হায়বা ঈশৈ অদুগী সুরগসু হাইফেৎ মান্নে । কীর্তন হাইফেৎ চঙবা ঈশৈনি, মতম অদুব্রাইদা য়াম্না পাম্নবা শক্নবা সুরনি । লীলা অসিদা য়াওবা ওঝা বেদাম্না শকপা ঈশৈদা ঃ

ফজৈদা ইমা মৈতৈ লৈমা
মায়কৈ শলাই খুদিংদা
অশংবা মণি চীংনা থক্লি
লুপাগী তারা মাল্লবা
তুরেন্না কোয়না চেল্লিবসিবু
করম্বা লৈবাক্তা লৈরিগবা ।

হৌজিক ফাওবদসু মীয়াম্না য়াম্না পাম্না শক্করিবা ঈশৈনি, মরুওইনা মিটিং অমগী শৈহৌ ঈশৈ ওইনা শক্নবদা য়াম্না পাম্নবা তানরি ।
ঈশৈ অমনা ঃ

পাঙ্গলনা তানবা লনবুদি
লৌশিংনা তানবনা হেল্লি
অপঙবগী মরলবু
অশিংবনা লৌবসে
ময়েক্লা তাবনি ।
............ অসিনচিংবা

ঈশৈ অসি তোমচানা ছাত্র শাবদা শকখিবনি । খোঙ্জেলমক ফজনা শকপা ঙমদ্রবসু শৈদা অসিনা, সুব অসিনা নমদুনা হেক্তা মতম অদুগী ভাবক্তা নুংঙাইবা পীখিবা ঈশৈনি । অতোপ্পা ওঝা বেদাম্না শকপা ঈশৈ অমদনা ঃ

হরিগী নীংথিবা ফজবা কোলোয়
শোঙ্জৌনে পুক্লিং ফনবা পে.লোই
মহাক্কী কৃপানা য়েক্লবা চঙলোই
মখোয় তরুক কনাসু লাক্লোই ।
......... অসিনচিংবা ।

হৌজিক্কী মতমদদি অসিগুম্বা ঈশৈগী খুৎই, হায়বদি কোলোয়, পোলোই, চঙলোই, লাক্লোই হায়বা অরোয়-অরোয়বদা মান্নহনবসি উখিদরে । ঈশৈ অসি

'সাবিত্রী' লীলাদসু শকই, য়াম্না নুংশিবা ভজন ঈশৈ ওইনসু শক্লে । অসুম্না লীলা খরসি ইহান হান্না ঙাংবমগী শঙ্গোয়দা শান্নখি । মতম অদু চাউরাক্পা খৃঃ ১৯৩১ দগীনা ১৯৩৩ ফাওবা ওইগদরা খল্লি । মতম অদুদা এমঃ দিঃ ইউঃ অসি মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন কৌরম্মী হায়নৈ । মতুংদা সংস্থান অসিনা চিংঙাখম লৈরক্তা স্বর্গীয় ময়ুরধ্বজগী ইংখোলদা হোংখিবদগীদি মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়না কৌখি হায়নৈ ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ না অনৌবা মফম চিংঙাখম লৈরক্তা হোংখিবদগী শান্নখিবা লীলাগী মনুংদা 'নরসিংহ' লীলাসু অমনি । লীলা অসি স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা ইবনি । ঈশৈগী শরুকসু য়াম্না য়াওই । অদুবু মরুওইবা ঈশৈশিংগী মনুংদা নিংথৌ মনাই খরনা অৱাবা ঈশৈ শক্তুনা চৎপা ঈশৈ অমদা অসুম্না শকখি ঃ

"নীংবা পুম্বা লোইনা কায়রে
লৈদুনা করি তৌনি
মৈতৈ লৈমদি খোঙলেংবিগ্রমাল্লে
সনা লৈবাক থাদুনা ।
লিন তোংবা ফীরান পাইখিদরে
সনা কোনুং ময়ায়দা
মৈতৈ মমায় খুমখরে, মৈতৈ মরায় চায়থরে
মৈতৈগী অৱাবা পম্থেংলে ।"

মতম অদুগী অপূনবা শৈশক্তা ফজবা ঈশৈনি । অতোপ্পা অপুনবা শৈশক অমনা মৈতৈ লাম্মীশিংগী ঈশৈনি ঃ

চৎলু চৎলু মৈতৈ পুম্নমক
মাতৃভূমিনা কৌরি ঐখোয়বু

পুম্নমক তিন্নদুনা হায়যুকো
শিগে ঐখোয় ইমা নহাক্কী ।।

শৈশক অসিসু মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ গী মরক্তা য়াম্না পাম্নমা শকখিবা অপূনবা ঈশৈগী শৈশক অমনি । ঈশৈগী লমদা য়াম্না খংহোং হোংনা চাওখৎখিবগী মরম অমনা মতম অদুদা অনৌবা মফম অদুদা স্বর্গীয় শশিমোহন

নচিংবা ভদ্রলোক খবসু য়াওশিল্লকখিবননি । মথংদা শান্নখিবা লীলা অমদি 'দেবলা দেবী ' লীলানি । লীলা অসিদা য়াম্না পাম্নবা শক্ল খিবা ঈশৈগী মনুংদা ঃ

"অন্দর মোহন উদয়া চীংদা
মালেম খিজির ঙাম্মোইবীরে
........... অসিনচিংবা

ঈশৈ অসিগী সুব অসি মতম অদুব্রাইদা শক্ল বা বাংলাগী ঈশৈ ঃ 'কে বিদেশী মন উদাশী' হায়না শক্ল খিবা ঈশৈ অদুগী সুরগা হাইফেৎ মান্নে । অতোপ্পা দেবলানা শকপা ঈশৈ অমনা ঃ

থিদুনসু খণ্ডপ্রবদো
থবায়নদি লৈরি হায়নৈ ।
মমায় লৈনা পাইপ্লবা চেক্লা
লৈরমগনি নীংজদেনে
ঈগুলবা থাবল মণ্ডান্দা
লৈগী মনম পুরক্কুনা
চীক্লা যাতাজবা ঐবু
হৌদোকপিবা কনানো ।
......... অসিনচিংবা ।

মসিমসু বাংলা ঈশৈ 'খুজে য়াহা পাইনা তো' হায়বদুগী সুরগা হাইফেৎ মান্নে । মথংদা এমঃ ডিঃ ইউঃ না পুলিস লেন্দা হোংলকপদা শান্নখিবা লীলাগী মনুংদা ঈশৈগী শক্তমদা ওইনা মরী লৈননা পুথোকখিবা লীলাদি 'বিল্বমঙ্গল' নি হাযবা য়াই । বিল্বমঙ্গল অমসুং চিন্তামনি অনীগী ৱারীদা ভিক্ষুক অমসুং পাগলিনীগী ঈশৈনা লমজিংদুনা পুবা হায়বদি লীলা অমসুং ভাবক্কী মরক্তা পুক্লিং অমত্তদা পুশিল্লকপগী মবীসু ঈশৈশিং অদুগী মতেংননি হায়না লৌবা য়াই । নুংশি মৈচাক্লা ঙাওববা বিল্বমঙ্গল না ৱাখলগী ঈপাক্তা তাউরিঙৈদা ভিক্ষুক অমনা অসুম্না শকখি ঃ

নোংলৈ-নুংশিৎকী মশক
নুংশিবগী মৈচাক
পান্দম্নবা মতীক চায়
....... অসিনচিংবা

মথংদা পাগলিনী না অমুক শকখি ঃ

কৌবে খোংদুনা বাঁশী
পুক্লিং লৈতাদরে
........................

চৎসি হায়রে কপ্পা কপ্পা
হনখিগনি থবায় শোক্পা।
......... অসিনচিংবা

ঈশৈ অসিনা ভাবকপুসু নুংশিবা ব্রাখল খলহনবতা নত্তনা থোকমিন্নরিবা ভিক্ষুক অমসুং ময়ামগী মরক্তসু নুংঙাইবা ঈরাং অমসু ফাওহল্লি। অতোপ্পা মফম অমদনা চিন্তামণিগী ব্রাখলদা ঙাওরবা বিল্বমঙ্গল অমসুং পাগলিনীগী ঈশৈ ঃ

মাগী প্রেম্মা ঈহৌরক্লে
থম্মোয় ঈপাক্তা
বাঁশীগী খোঞ্জেম্মা
কাউজরে ঐবু ঐনা
............ অসিনচিংবা

ঈশৈ অসিদা য়াওরিবা মখোয় অনীগী ব্রাহে্ কয়াদা ভাবকপু পেলহল্লি। বিল্বমঙ্গলনা খল্লিবা চিন্তামণিগা পাগলিনীগনা থিরিবা অনীগী মরক্তা ভাবকপু ব্রাখল খলহল্লি। চিন্তামণি উননীংবগী ব্রাখন্দা ঙাওখিদুনা বিল্বমঙ্গলনা তুরেল লাল্লকপদা উতূপ্লি খন্দুনা মী অশিবা মশা কোন্দুনা লাল্লকপা, লিনবু থৌরীনি খন্দুনা পায়দুনা কারকপা অসিগুম্বা দৃশ্য ময়াম অসিগা থংননা পাগলিনীনা ঃ

নুংশিগী তেন্না পাল্লবদা
মীগী ওইখি থবায় অসে
নুংশি লাংদা চঙলবা মীদো
মল্লবনি সংসার অসে ।।
............. অসিনচিংবা

অসুম্না শক্লকপা ঈশৈনা মমাঙগী দৃশ্য অদুবু হেন্না মপুঙ ফাহল্লি। ঈশৈ অদো মীপুম খুদিংনা কাউনদরি। অতোপ্পা ঈশৈ অমনা পাগলিনীনা শকপদা ঃ

করিসু লৈতে মীওইবসে খঙদে অরেপ্পা
মীওইবগী পুন্সিদি লাইজথক্কী কোঙ্গোলনি
.......... অসিনচিংবা

ঈশৈ অসিনা বিল্বমঙ্গল অমসুং চিন্তামণি অনীগী মপূক্লিংদা অহোংবা অমা ফাওহল্লকখি। চিন্তামণিনা পাগলিনীগী মরমদা খঙনিংলমখি, ঈশ্বরগী ব্রাখলদা পুক্লিং চিংশিল্লকখি। লোয়ন-লোয়ননা পাগলিনীগী ঈশৈ অমুক তারকখি ঃ

হৌখরে নুংঙাইবা অহিং
মুৎখরে ঙাল্লম্বা থাউমৈ

লোংখরে ধ্রুবতারা

নোংগী মরক্তা

............ অসিনচিংবা

ঈশৈ অসিনা চিন্তামণিবু অমুক্তা হেন্না প্রেমদা চিংশিন্নকখি । পাগলিনীগী ঈশৈ, পাগলিনীগী ৱাঙাঙদা পূকচেল পুমহোং হোংলকখি । চিন্তামণি - কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওরকখি পাগলিনীনা অমুক ঈশৈ শক্তুনা চৎখি ঃ

লিরি লিরি হুন্বা নামিবা মলয়া

মহাক্কী মপাউ পুবরা ?

ঐগী থম্মোয়গী মণিদো

........ অসিনচিংবা

সংসারগী মায়া থাদোক্লীংলবী চিন্তামণি ভিক্ষুক্তা উনদুনা ভিক্ষুক্কী ঈশৈ তানা তানা চৎখি ঃ

য়েংঙু রসি পুণ্যধাম

চৎলু চৎসি ব্রজধাম

বাসলীলা শান্নফম

........ অসিনচিংবা

এমঃ ডিঃ ইউঃ না শান্নখিবা লীলাগী মনুংদা হৌবদগীনা লোইবা ফাওবদা ঈশৈতনা লমজিংদুনা মীওইবগী পাপকী শাজৎ থাদোক্তুনা কৃষ্ণপ্রেমদা পুবিরকখিবগী ৱারীনা ভাবক পুম্নমকপুসু কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওহনখি । ঈশৈ পুম্নমক অসিবু সুর তৌবিবা স্বর্গীয় লাইশ্রম গৌরহরি সিংহনি । মথংদা এমঃ ডিঃ ইউঃ না পুথোক্লকখি 'সাবিত্রী' । মতম অদুগী য়াম্না ফজনা অমদি সমাজদা লূনা লাম্থোকচখিবা লীলানি । জগোয় অমসুং ঈশৈ অনীনা তুনা থেক্তুনা শান্নখিবা লীলানি । হেক হৌবদা জগোয় অমসুং ঈশৈনা লীলা অসিবু শক্তাকখি ।

নুংশিবা সুরদা মিরবা খোঞ্জেলনা

পোম্বী মীনকেতন খোংলি ।

নুংঙাইবা ঈথক্তা হরাওবা ইপোম্না

থেক্লা জগোয় শারি

নুংশিৎকী লীরোন্না নুংশিবা খোঞ্জেলনা

লৈপাল-লৈপাল থুংনা নিল্লি ।

য়াহৌঙনবী উষা লাইরেম্বী

মোমোন-মোমোন য়েংলি ।

সাবিত্রীনা মহাক্কী সখীশিংগা লোয়ননা পুন্না শাখিবা অমসুং শকখিবা ঈশৈ-

জগোয়নি । আশ্রমগী মফম অমদা অমুকসু নুপীমচাশিংগী ঈশৈ-জগোয় অমসুং উৎখি ঃ

লৈ লৈ লৈগী পরেং
পরেং পরেং লেংজরি ।।
........... অসিনচিংবা

অমুকসু আশ্রমগী মফম অমদা নুপীমচাশিংনা ঈশৈ শক্তুনা জগোয় শাই ঃ

তারো লাউ তারো লাউ
তারোনে ইতাশা !
লৈরাং লৈকাদা খোইমুনা ঙংলি
পুক্লিং হূনা নীংথিজরিবনি ।।
........... অসিনচিংবা

সাবিত্রী গী জগোয় পুম্নমক সনখ্যা না শেম্বীবনি হায়না তাজে । শাশ্বতীনা আশ্রমদা চোংঙা পমদুনা ঈশৈ অমা শকখি ঃ

তাইবঙ মীকপ তানখরে
খোম্লেন তুমখুন হুনখরে ।।
করিগী নঙদি তুমদরিবা
নোংমদোন অতিয়া য়েংলিবা
..........অসিনচিংবা

অমুকসু শাশ্বতীনা আশ্রমগী নাকল অমদা পূজাগী পোৎলম লাঙদুনা ঈশৈ অমসু শকখি ঃ

পেনবী হৈবা হরি মালেমগী মপু
ননাইগী পূজা লৌবিয়ু
বন-বন খুদিং হৈরাঙ-লৈরাং খীবিক
কোয়না থিজকই কৎনবা চরণদা
ভক্তি লৈরাং পুক্লিং তুলসী
.........অসিনচিংবা

উমংগী লম্বী তারমদাইদা সতাবান্না শীংজঙ পায়দুনা উ য়ানগদবগী চৎখিযা লোয়ননা উদাসীন (তাইবঙগী লীপুন্না পুন্দ্রবা মী) অমনা ঈশৈ শক্তুনা চৎলি ।

হরিগী নীংথিবা ফজবা কোলোয
শোঙ্জৌনে পুক্লিং ফনবা পোলোই ।
....................

অকিবা যমগী থৌরীনা পুল্লোই
অন্না-অনা দণ্ডি করিসু ফংলোই
............অসিনচিংবা

ঈশৈশিং অসি লীলাগা থোইদোক্না মরী লৈনদ্রবসু সীন সীনগদি মরী খর-খরদি অদুম লৈ । ঈশৈ পূম্নমক অসিগী সুরদি স্বর্গীয় লাইশ্রম গৌরহরি সিংহগী ঙাক্তনি । অদুবু অকোনবগী ভজন অসিমদি স্বর্গীয় পাওনম নবীন সিংহগী সুরনি । শকপসু মশানা শকখি অমসুং করি করিগুম্বা মতমদা ঙাংবী দেবীনসু শকখি ।

মথক্কী ঈশৈ খরা অসি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মমাঙগী এমঃ ডিঃ ইউঃ গী লীলাগী ঈশৈতগী ওইনা পুথোকচবনি । খরসু ৱাৎলম্বদি য়াই মতুং তাবা অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংগী ওইবা লীলাগী ঈশৈশিংদি মথংগী চেফোঙ অমদা অমুক পুথোকচগে । ■

## ঐনা খুঙজবা এমঃ ডিঃ ইউঃ

*শাইরেম থানিল সিংহ*

ঐহাক য়াম্না পীক্লি ঙৈদগী হৌনা ঐগী ইচে শাইরেম কন্যাগী তুং ইন্দুনা ঈশৈ-নোংমাই ড্রামানচিংবগী লমদা খোঙদাবা হৌরকখি । পাখং ফারকপা চহী ১৫/১৬ লোম শুরকপগী অদুৱাইদা, হৌজিক লৈরিবা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসি লিংখৎলকপা মতমদা লীলা য়াওবা অমদি যন্ত্র খোংবা ওইনা চঙজৈ । মসিগী মমাঙদদি মণিপুরদা ড্রামা হোল ইরৈ লৈতে । কৈশামথোং মোইরাং নিংথৌ লৈরক --শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী পোক্লফম সনা জন্মস্থান্দা ষ্টেজ শেমদুনা চহী খুদিংগী ড্রামা উৎলি। মদুদা য়াওখিবা শীংথানিংঙাই ওইরবা আর্টিষ্ট খরদি -- চোংথাম ময়ুরধবজ (নিংথেমজাও), মোংজম তিলক, বামোন ইন্দ্রজিৎ অমদি গৌরসিংহ অসিনি । ইবোতোন, ইরেংবম তিলক --ওঝা অনীনা তম্বিদুনা ৱাংখৈ এল, পি স্কুলদসু রামায়ণগী ‘লক্ষ্মন শক্তিসেন’, ‘সীতা বনবাস’ নচিংবা ড্রামা শান্নখি। হৌজিক ঐহাক চহী ৮৩ রোম শুরক্লবা, নীংশিংবগী শক্তি ৱাৎলক্লবা মতমসিদা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মরমদা ঐনা খুঙজবা অমদি নীংশিংজবা খরদং মখাগী অসুম্না থমজরি :-

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসি চিংঙাখম ময়ুরধবজ (অঙৌবী) গী মমাঙ শঙ্গোয়দা হৌখি । মদুদা য়াওখিবা মীওইশিংদি :- চিংঙাখম ময়ুরধবজ,

নোংমাইথেম থানিল, সোরোখাইবম ললিত, হিজম ইরাবত, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র (থম্বৌ), অশাংবম মীনকেতন (ইবোতোম্বী), ঙাংবম যুগলচন্দ্র, অঙোম বসন্তকুমার (শাজৌ), ডাক্তর তোমচা, সৌগাইজম ইবোতোন, অয়েকপম গৌরবিধু, হুইরেম লালা, হুইরেম তোম্বী, রাজকুমার সনাতোম্বা (সেনাপতি), রাজকুমার সনামচা(মনোহরশাই শকপা) নীলকান্ত শর্ম্মা, পাউনম নবীন, অদুগা ঐ-ইশা-শাইরেম থানিল অসিনি নুপাদা । নুপীদনা, --শাইরেম কন্যা, অথোকপম রসমী । মতম অদুদা নুপী এক্ট্রেস য়াম্না তাঙবা মরম্না হিজম ইরাবত অমদি অশাংবম মীনকেতন (ইবোতোম্বী) অনীদি নুপী শাদুনা লীলা হেক-হেক য়াওরম্মী । কন্সার্ট পাটিদা লৈখিবশিংদি :- ঙাংবম শ্যামকিশোর (য়াইস্কুল লাকপা)—হারমোনিয়ম, থোকচোম অঙৌ —তবলা, হিদাম তোম্বা --বেহলা, নোংমাইথেম লালবী --পিল্লু বাঁশী, শাইরেম থানিল--ঘুংগুর অসিনি ।

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না ইহান হান্না শান্নখিবা সোরোখাইবম ললিত সিংহনা ইবা সামাজিক লীলা 'অরেপ্পা মরুপ' তা শাইরেম কন্যানা প্রস্থাবনা শকই, নোংমাইথেম থানিল সিংহনা শেম্বা ঈশৈ ময়েক্লি, চাউরাকপা নীংশিংবদা ঈশৈদুগী ময়েক খরদি অসুম্না হায় :

'গণেশদেব লৌশিংগী মপু খুরুমজে চরণদা নিজবি জ্ঞান
যোগী ঋষিশিংনা নঙ নত্তনা কৃপা ফংদে কনানসু মুক্তি '

ঈশৈ অসি হান্না বাংলাদা লৈরবা ঈশৈগী সুর অমদা চান্নবা ব্রাহৈশিং হাপচিন্দুনা শেম্বনি । অসিগুম্বা মওংসি মতমদুদা য়াম্না চৎনৈ ।

'অরেপ্পা মরুপ' লীলা অসিদা হিজম ইরাবত মেম্ববনা চন্দ্রসিং শাই, পুন্সি অমদি মনাই বামোন অদুনা মথংশিৎনা রাজকুমার সনাতোম্বা অমদি ইবোতোম্বী শর্ম্মনা শাই । ইরেংবম তিলোক্কা চন্দ্রসিংগী মরূপ অমা শাই, হুইরেম তোম্বীনসু শাই । ওঝা বেদাম্না হুইরেম লালানা, আসামগী ঠিকাদারনা সোরোখাইবম ললিত সিংহনা শাই । প্রতাপ শাখিবা অদুদি কাউখ্রে । প্রতাপকী মমাদি অশাংবম মীনকেতন (ইবোতোম্বী) না শাই অদুগা ওক্তবী রজনীনা অথোকপম রসমী ।

'দূর্গেশ নন্দিনী' ড্রামাদা ডাক্তর তোমচানা কতলু খাঁ, মাগী লাম্মী সেনাপতিনা হুইরেম তোম্বীনা শাই । বীরেন্দ্রসিংহ রাজকুমার শাখিবনা সনামচা সিংহনি । রাজকুমারী শাখিবীদু থিয়াম লৈরক্তগীনি, মমিং কাউরে । মমানা শাইরেম কন্যানা শাই । অথোকপম রসমী, থাংমৈবন্দ মঙ্গিনচিংবসু পার্ট কৃমদুনা লীলা য়াওখি । নীলকান্ত শর্ম্মা, নবীন, থানিলনচিংবনা লাম্মী শাই ।

'মিশোর কুমারী' লীলাদা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র (থম্বৌ) সিংহনা শান্নদেশ, ললিত সিংহনা আবোন, শৌগাইজম ইবোতোম্বনা কাক্রি খারেপ, রাজকুমার সনামচা সিংহনা কাক্রি মিশর কুমার শাই, মিশর কুমারীনা যদুমণি সিংহনা শাই, নুপী আটিষ্টতা কন্যা, রসমী, মঙ্গিনচিংবা য়াওই । লমাবম যদুমণি সিংহনা এমঃ ডিঃ ইউঃ হোলদা ড্রামা কৃম্বসি মসিনা অহানবনি । মহাক অহানবদা শুমাঙ লীলা 'চন্দ্রজিনী' দা চন্দ্রজিনী শারম্বদগী খোমদ্রাম থম্বৌসিংহ আই, পিনা ষ্টেজদা পুশিল্লকখিবনি ।

'দেবলা দেবী' দা ললিত সিংহনা নিংথৌ বরুন সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহনা অল্লাউদ্দীন অদুগা খোমদ্রাম থম্বৌ (ধনচন্দ্র) না খিজিরখা শাই; নুপীরোমদনা শাইরেম কন্যানা রানী কমলা, ক্বাকৈথেলদগী ইবেমতোন দেবীনা কুমারী দেবলা শাখি । সৌগাইজম ইবোতোন সিংহনা দেবীদাসকী পার্ট কৃমই ।

'মন্দির প্রবেশ' প্লেদা চিংঙাখম অঙৌবী মেম্বর অমদি ললিত সিংহনা সেবাকারী মচীল-মনাউ, ঙাংবম যুগলচন্দ্র সিংহনা ময়াম্বগী নুপী, শাইবেম থানিলনা মনাওনুপাগী মচানুপী আদুরী, শাইবেম কন্যা নক্ত্রগা যদুমণি সিংহনা হরিজনগী নুপী, সৌগাইজম ইবোতোন নক্ত্রগা বামোন ইবোতোম্বী শর্ম্মানা হরিজন নুপা শাই । নীলকান্ত শর্ম্মা । নবীন সিংহনা ঈশৈ শকপা, নোংমাইথেম তোম্বনা পুঙয়েবা, ভূতনাথনা বেদভুষণ, মংলেম্না শুক ওহংকার, নোংমাইথেম থানিল সিংহনা গঞ্জা থকপা রসীক ঠাকুর, কাহ্নাইনা হরিজন মচাগী পার্ট কৃমখি । লীলা অসিদা বাজকুমাব সনাহলসিংহনা ঈশৈ অমা শকই -- ময়েক্তি:-

'কলিকতা সহরদদি অশেং-অমাং খায়বা লৈতে
ইনদি টাউন হফ কলিকতা
ফনসু শেংসনু ফনসু মাংলসনু
ঈশিং উতোং ----- ইশম শম্নে ।
ইশৈ ইবা -- নোংমাইথেম থানিল সিংহ
সুর পানবা-- য়াম্বেম শশিমোহন সিংহ

মথক্কী ব্রাফমশিং অসি বোম তাদ্রিঙৈগী মমাঙদা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা শান্নখিবা ঐনা নীংশিংবা লীলা খরনি । মসিদগী ; লান হঞ্জিল্লক্লবা ইং ১৯৪৩ গী অদুরাইদা ঙাংবম নিমাই, গুরুময়ুম য়াইমা অমদি ঐ, ইশা শাইরেম থানিল ঐখোয অহুম্মু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী অহল-লমনশিংনা থিরকই । ঐখোয় অনী -য়াইমগা ঐগদি লমশাংদা হাওবম ঙাংবীগা, থিয়াম তরুণকুমারগা অনীগী জগোয়দা যন্ত্র খোংবা যাওবি । এমঃ ডিঃ ইউঃ দা অমুক হঞ্জল্লিকপদা সোরোখাইবম ললিতনা

‘থানিলদি অনৌবা নত্তে’ হায়না হরাও হরাও তৌবীখি । অদুদগী ‘হরিশ্চন্দ্র’ লীলা পানখৎলি । ‘হবিশ্চন্দ্র’ দা য়াওখিবা মীওইশিংদি :- ঙাংবম যুগলচন্দ্রনা রাজা হরিশ্চন্দ্র, গৌরমণি দেবীনা শৈব্যা মহারানী, মেম্মা দেবী (তারাকান্তগী নুপী) না রুহিদাস, তোম্বীসনা সিংহনা ধর্ম্ম-লাই, ললিত সিংহনা বিশ্বামিত্র, যদুমণি সিংহনা কামন্দু, মংলেম সিংহনা বিদুষক, নীলমনি শর্ম্মানা শৈব্যাবু লৈবা বামন, ব্রজলালা সিংহনা মন্ত্রক, থম্বাল শর্ম্মা, রতনসনা অমদি অতোপ্পা অমগনা দান নিবা ব্রাহ্মনশিং শাই । জগোয়গী লুচিংবনা বিহারী সিংহ অমদি রতনসনানি । নুপীদা গৌরমণিগী মনাও, নীলমণি শর্ম্মগী মচন্নুপীনচিংবা য়াওখি ।

ঐগী ৱারীগী লোইশিল্লকপদা পঞ্জনীংবা অমদি মতম অদুৱাইদা লীলাদা শক্লবা ঈশৈ অয়াম্বদি বাংলা ঈশৈগী প্রভাব তাই হায়বসিনি । হান্না বাংলাদা লৈবা কলাকার মশা মশানা ফাজবা ঈশৈ অদুদা মৈতৈলোনগী অচাবা ৱাহৈশিং হাপচিন্দুনা লীলা তাংককশিং অদুগা চাননবা শেমই । লীলা থোক্লিবা অর্টিষ্ট মশানা ঈশৈ শকপা হায়বসি য়াম্না চৎনবম্মী । অদুনা মতম অদুগী অর্টিষ্টশিং ঈশৈ হৈতবা যাবমদে ঈশৈ শক্কদবা পার্ট ওইরবদি । কোন্সার্ট য়াওবিবা মীওই খুদিংমক থৱায় য়াওনা, অমগা অমগা মতেং পাংনবম্মী । যন্ত্র পায়বা মী খুদিংমক ঈশৈ ময়েক লোইনা চীনফা পুনরম্মী । ■

উনদুনা ৱারী শারুবা অমসুং ইথোকপা
খোলচন্দ্র অথোকপম

# মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন

*সোবেনশংবম নবকান্ত সিংহ*

### *তাজহৌবা উজহৌবা খঙজহীবা খরা শন্নপ্পা ইজরি :-*

মণিপুর ড্রামা (থিয়েটব) গী লময়ানবা লাইওইশ্লবশিং -- মিং পঞ্জরবদা ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ, চিংঙাখম ময়ুরধবজ সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, সোরোখাইবম ললিত সিংহ ভদ্রলোক তরূক অসিনা কমিটি অমা শেমদুনা 'মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন' মতুং চহী খবা লৈরগা মৈতৈ হায়বগী মহুৎতা 'মণিপুর' না শিন্দুনা 'মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন' (এমঃ ডিঃ ইউঃ) হায়না মীংথোন্দুনা মণিপুবদা মণিপুরী জাতিগী ইহান হানবা ড্রামা থিয়েটর) গী সংস্থান অসি ১৯৩১ ইং মার্চ তাং ১৫ দা লিংখৎপ্রে হায়না খঙনরি । হায়রিবা নুমিৎ অসিদা ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা লৈবা মশাগী মমাঙশঙ্গোয়দা ষ্টেজ শেন্নগা সোরোখাইবম ললিত সিংহনা ইবা মণিপুরদা ইহান হানবা মণিপুরগী সামাজিক নাটক 'অরেপ্পা মরুপ' ড্রামা টিকেট প্লে ওইনা ইহান হান্না ফোঙখি । লীলা অসি অহানবা ফোঙদ্রিঙৈগী মমাঙদা কমিটি অসিনা য়াম্না মুন্না খন্নখি হায়নৈ । টিকেট লৌরবদি ড্রামা য়েংবদা ভাব তাদ্রিবা অঙাংশিংগী মশীং হন্থদুনা লাঙলরোই । লীলা নীংথিনা উৎপা য়াগনি, অদুগা টিকেট য়োন্দুনা ফংলক্লিবা শেল অদু খরা খরা তুঙশিন্দুনা ইজাতিগী ওইবা থিয়েটর (ড্রামা) হোল অমা শানবগী থোরাংসুনি । অদুগা অসিমসু খন্নখিরম্মী --টিকেট য়োন্দুনা লীলা (ড্রামা) উৎপা অসি য়াগদ্রা ? য়েংবীনবা ভাবক ফংগদরা ফংলোইদ্র, লৈরোইদ্রা ? অদুবু এমঃ ডিঃ ইউঃ না অহানবা ওইনা চাংয়েংবদদি মহৈ য়ানখ্রে । টিকেট লৌবা হেঞ্জিল্লক্কুনা মমৈদদি ভাবক্কা মতীক চাবা ফম্ফম পীবা ঙম্মখিদে । মণিপুরী জাতিগী ওইনা, ড্রামাগী সংস্থান অসিগী অহানবা ওইনা লীলা অসি উৎননবা হোৎনবদা মশানা মথন্বায়না পামজবা কলাকার কয়াসু য়াওশিন্নরক্কুনা মপুঙ ফাবা এমঃ ডিঃ ইউঃ ওইখিবনি ।

মফম অসিদা 'সতী খোংনাং' নচিংবা লীলা উত্তুনা চৎথরকপদা করিগুম্বা য়ানদবা হিরম অমা লৈরকপদগী মফম অসি হোংবা তাখি । ইং ১৯৩২ হৌগৎলকপদা চিংঙাখম ময়ুবধবজ সিংহ যাইস্কুল চিংঙাখম লৈকাইদা লৈবা

মশাগী মমাঙ শঙ্গোয়দা লীলা য়েংফম (ওডিটোরিয়ম) ওইরগা শঙ্গোয়গী অৱাং থংবদা লৈবা পুখ্রি অমগী মথক্তা ফোপ হাদুনা ষ্টেজ শেম্লবা ড্রামা হোল অদুদা অশাংবম মীনকেতন সিংহনা ইবা 'ভাগ্যচন্দ্র' (মণিপুরী ঐতিহাসিক নাটক' অহানবা উত্তুনা শঙ্গাখি।

হায়রিবা ড্রামা হোল অসি শেমজিন শাজিনবগী খরচ শেনফম অয়াম্বা চিংঙাখম ময়ুরধবজ সিংহনা পুথোকখি হায়নৈ। অদুগা পুখ্রিদা ফোপ হাবগী থবক অদুনা হিজম ইরাবত সিংহনা দায়িত্ব লৌদুনা ঈশিংদা নিংদোন য়ৌনা কুমদুনা উখোং য়ুংবা, ফৈরেন লাকপগী থবক মখুৎমক্লা শূখিবনি লোয়ননা মতম অদুগী কলাকারশিং পুম্নমকসু মানা মানা হৈজবা থবক খুদিংমক মখুৎনা শূনখিবা ঙাক্তনি হায়নৈ। অসুম্না হোৎনদুনা মফম অসিদা মখল কয়াগী লীলা চাং নাইনা চয়োল অমদা থাংজ খুদিংগী লীলা উৎলম্মী।

১৯৩৭ ইং চহী চঙলকপা ফাওবা লীলা উৎলিবা লীলা খুদিংমক টিকেট লৌরবসু ভাবক ৱাৎপা লৈখিদে। মতাং অদুদা শান্নখিবা উৎখিবা মমিং চৎখিবা লীলাশিংদি -- 'অরেপ্পা মরূপ', 'সতী খোংনাং', 'ভাগ্যচন্দ্র', 'নরসিংহ', 'বঙ্গেবর্গী', 'দুর্গেশনন্দিনী', 'চন্দ্রগুপ্ত', 'কর্ণজ্জুন', 'দেবলা দেবী', 'বিল্বমঙ্গল'. 'সাবিত্রী' অসিনচিংবনি। লীলাশিং অসি অনী অহুমলক উৎলগা তোকপা নত্তে। মশিং লাকঙমদনা হন্না হন্না উৎপনি, ভাবকসু হন্না হন্না অদুম য়েংই।

নীংশিংগদবা অমনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী সিম্বোল (খুদম) 'লাঙ্গোল কারন' অসি হিজম ইরাবত সিংহগী ৱাখল্লোলদগী মখুৎমক্লা কুরাওদা হক্তুনা অহানবা ওইনা পুথোক্তুনা চৎনখিবনি। নোংমা হংজহৌই--'লাঙ্গোল কারন' সিম্বোলগী নুংগী ৱাখল্লোন করিনো? তাকপিখি মশামক্লা 'লাঙ্গোলনা খোইদুনা মণিপুরগী অরিবা সংস্কৃতি (কলচর) থিদোক্তুনা নৈনবা অদুগা মফম অদুদা অনৌবা মখলগী মরু হুন্দুনা চারা লিংদুনা ফজবা পোখোক লৌরগা মণিপুরগী সংস্কৃতি (কলচর) অসি মশাগী শক্তম অদু কায়হন্দনা অনৌবা মওংদা শেমগত্তুনা চাওখৎহন্ননবগী খুদমনি'। অর্থনা থম্লবা সিম্বোল (খুদম) নি। ঙসিদি মপূংফানা মহৈ য়াম্লে মণিপুরী থিয়েটরগী ঈহৌ মালেম শীম্পুংখরে।

১৯৩৬-১৯৩৭ :- এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মশাগী লমদা মশাগী ড্রামা হোল শাবা-- য়াইস্কুল পুলিসলেন্দা হৌজিকমক এমঃ ডিঃ ইউঃ গী হোল লৈরিবা লম মফম অসি মণিপুর সরকারদগী ফংদুনা মতম অদুদা অৱাং নোংপোক ভারত্তা শীংথানরবা ড্রামা হোল অমা উনা শারগা মথক্লা জিল্ব (সি. আই. সিট) না কূপ্পা নীংথিনা মওংচুম্না শাদুনা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহনা বাংলাদগী মণিপুরীদা হন্দোপা

‘সরমা’ প্লে অহানবা ওইনা উত্তুনা ১৯৩৭ ইংদা শঙ্গাখি। হায়রিবা থবক অসি হায়দোকপদি ইরাই লাই, করিসু লৈত্রবোই নীংই অদুবু থবক ওইনা পাঙথোকপদদি অল্লাবা পোৎলুম ওইখিবনি। সরকারদগী লম লৌনননবা হোৎনবা অমসুং চাউরবা হোল অদু শাবা-পুম্নমক অদু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী লময়ানবা কলাকারশিংতগী হোৎনজমন্নি। চহী কয়া চঙনা লীলা উত্তুনা তূংশিনজরপা শেনফম খরনা হৌদোক্লদুনা, অদুগী মথক্তগা লময়ানবা কলাকারশিংনা ঙমজ-ঙমজবা পুথোক্লদুনা কৎথোক্লবদগী ওইখিবনি। অদুগা কনা কনাগুম্বা সরকারগী কর্ম্মচারী অমসুং ঠিকাদার খরনসু শেলগী মতেং পাংবিরকপগী পাউ সু তাজখি। অদুবু মীশক্লা কনা কনানো শেনফম্না কয়ানো তাংদাংবা খঙজহৌদ্রে।

থোইদোকপা অমনা পৌরানিক, ঐতিহাসিক ওইবা প্লে (লীলা) শান্নবা তারবদি লীলা অদুদা পার্ট লৌরিবা কলাকারশিংদুনা মশা মশাগী ড্রেস (ফিজেৎ লৈতেং) শিং অদু মশা মশানা শেল পুথোকচদুনা শেমজ-শাজবনি। পূম্নমক অদু ময়ুমদা পুনখিদে। হোলগী অদুম ওইহৌই।

থাঙ্গৈমকশেংনা এমঃ ডিঃ ইউঃ অসি ওইরকপদি মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোক্তুনা সমাজ সেবাদা মপুক্লিং লূপ্লবা কলাগী পূজারী মণিপুর থিয়েটর (ড্রামা) গী লময়ানবা কলাকারশিংগী চাউরবা অবদান্নি। মখোয়শিং অদিবু মণিপুরী জাতি অসিনা কাউফম থোক্তে। মতম খুদিংদা নীংশিংদুনা পূজা তৌদুনা খুৎমজগদবনি মখোয়গী মপান্দগীনি ঙসি মণিপুর থিয়েটর (ড্রামা) বু পৃথিবীদা শক খঙনরিবসি। এমঃ ডিঃ ইউঃ অসি কনাগীসু নত্তে থিয়েটর (ড্রামা) বু মথল্লায়না নুংশিনা পামজবা কলাকারশিংগীনি, জাতিগী মরন্নি। তশেংনমক হায়রবদা এমঃ ডিঃ ইউঃ হৌগৎলকপদগী মণিপুরী থিয়েটর (ড্রামা) গী চপ-চাবা মওং তাবা হৌখিবনি।

মসিগী মমাঙদা চুম্নবোই নীংদুনা চৎনরম্বা বাঙ্গালীশিংগী মওং মতৌ তম্লম্বা অদু তোকথোক্তুনা পুমনৌ নৌবা ওইনা মণিপুরী জাতিগী ওইবা ফিজেৎ-লৈতেং, ল্লাঙাং-শাঙাং, শাজৎ-লীচৎ, লোনচৎ পুম্নমক মণিপুরী কলা সংস্কৃতিগা চুশিন্ননা জাতিগী অশেংবা মশক তাকপা উৎপা হৌরকখিবনি অদুগা অসিমসু পনজনিংই :- থিয়েটরগী রসনা মণিপুরী সমাজ অসিবু অনৌবা লম্বীদা লমতাক্লকপা অসিসু এমঃ ডিঃ ইউঃ ননি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। এমঃ ডিঃ ইউঃ দি মণিপুরী থিয়েটর (ড্রামা) গী ইহান হানবা তম্নফম (ইনস্টিটিউশন) নি, লমজিং মৈরানি।

এমঃ ডিঃ ইউঃ গী লময়ানবা অর্মদি শিংথাননিংঙাই ওইববা কলাকাবশিং খবগী (১৯৩১-১৯৩৭ ইং) মিং মখাদা পিজবি :-

ঙাংবম শ্যামকিশোব সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, সোবোখাইবম ললিত সিংহ, হিজম ইবাবত সিংহ, চিংঙাখম ময়ুবধ্বজ সিংহ, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ, বাজকুমাব সনাতোম্বা সিংহ, অশাংবম মীনকেতন সিংহ, হুইবেম লালা সিংহ, অযেকপম গৌববিধু সিংহ, সৌম্বাইজম ইবোতোম্বা সিংহ, ইবেংবম তিলোক সিংহ, অঙোম বসন্তকুমাব সিংহ, হিজম অঙাংহল সিংহ, লৈমপোকপম চাওবা সিংহ, গুকময়ুম নীলকান্ত শর্ম্মা, লমাবম যদুমণি সিংহ, কোইজম ভুতনাথ সিংহ, খাইবাকপম তোমচা সিংহ, অশেম তোম্বীসনা সিংহ, লাইময়ুম ইবোতোম্বা শর্ম্মা, য়ুমনাম বিধু সিংহ, ঙাংবম য়ুগোলচন্দ্র সিংহ, অয়েকপম শ্যামসুন্দব সিংহ, সৌম্বাইজম নবকুমাব সিংহ, লৈমপোকপম গুণি সিংহ, নোংমাইথেম গোপাল সিংহ, লৈথাংবম তোম্বা সিংহ, হুইবেম তোম্বা সিংহ, নোংমাইথেম খগেন্দ্র সিংহ (বেবিশেলুংবা), চিংঙাখম অমুবী, বাজকুমাব সনাহল সিংহ (বোবোই মখোং সনাহল), বাজকুমাব সনামচা সিংহ, যাম্বেম শশিমোহন সিংহ, চিংঙাখম বাধাচবণ সিংহ, লাইশ্রম কুলচন্দ্র সিংহ, লাইশ্রম গৌবহবি সিংহ, লৌবেম্বম কামদেব সিংহ, কাংভবম লালা সিংহ, মযাংলম্বম ইবোহল সিংহ অসিনচিংবনি । অতৈ কলাকাব কযাসু যাওবম্বা যাই অদুবু মুন্না খঙজদ্রে, নীংশিংজদ্রে ।

১৯৩৮-১৯৪২ ইং ফাওবদা যাওবকখিবা কলাকাবশিংদি -

নিংথৌজম তোম্বী সিংহ, মৈত্রম বীব সিংহ, সোবোখাইবম অচৌ সিংহ, খাইদেম মংলেম সিংহ, সোবোখাইবম ভুবন সিংহ, সোবোখাইবম ব্রজলালা, সোবোখাইবম ধনেন্দ্র সিংহ, সোবোখাইবম নবকান্ত সিংহ, অশেম অমুবা সিংহ, খাইদেম বিহাবী সিংহ, লৌবুকতোংবম বাপুবেন শর্ম্মা, অবিবম কুঞ্জবিহাবী শর্ম্মা, য়ুমনাম ইতোম্বা অসিনচিংবনি মতুং চহী ৩ লোম হায়বদি ১৯৪২ দগী ১৯৪৪ ইং ফাওবা অনিশুবা পুথিবীগী লাঞ্জাওনা মবম ওইদুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী দ্রামা উৎখিদে ।

১৯৪৫ ইং দগী লীলা (ড্রামা) উৎপা অমুক নৌনা হৌবকখি । ১৯৪৫ ইংদগী ১৯৪৮ ইং ফাওবদা নৌনা এমঃ ডিঃ ইউঃ যাওবকখিবা, ঐনা খংজবা আটিষ্ট খবদি -- হিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা, মাইবম বামচবণ সিংহ, চান্দম গোপাল সিংহ, লাইপুবম য়াইমা শর্ম্মা, হঞ্জবম নীলমণি শর্ম্মা, কৃষ্ণমণি শর্ম্মা, মণিহাব শর্ম্মা, থোচোম ইবোহল সিংহ, অবিবম গৌববিধু শর্ম্মা অশেম দিনমণি সিংহ অসিনচিংবনি ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ গী লময়ানবা নুপী আর্টিষ্টশিং (১৯৩১ ইংদগী ১ ৯৩৭ ফাওবদা)

শাইরেম কন্যা দেবী, হৈখাম নিংঙোল নুংশিতোম্বী দেবী, মুতুম নিংঙোল খোমদোন দেবী, ক্লাকৈথেল ইবেতোন দেবী, কাংঙবম নিংঙোল য়াইমবী দেবী, পুথমগী মচানুপী পিশকতোম্বী দেবী, জাহ্নবী দেবী, লীলাগী জগোয়দং শরুক যাখিবী খরদি মশক-মমিং খংজহৌদ্রে।

১৯৩৭ ইংদগী ১৯৪২ ফাওবদা য়াওবিবকখিবী :-

কাংঙবম নিংঙোল তোম্বী দেবী, থম্বালঙৌবী, মানবা দেবী, ইবেমহল দেবী, গুনমণি দেবী, বিনোদকুমরী দেবী, সাপম নুপীমচা দেবী লোইননা জগোই শাখিবী খরা।

১৯৪৫ ইংদগী ১৯৪৮ ফাওবদা .-

তোম্দোন দেবী, তম্ফাসনা দেবী, একাশিনী দেবী, রাসমণি দেবী, খাইদেম নুংশিতোম্বী দেবী, মনমোহিনি দেবী, অমাকচম বিনো দেবী, হঞ্জবম কন্যাতোম্বী দেবী, জর্ম্মস্থান একাশিনী দেবী, তোমখোম্বী অসিনচিংবা। ■

# এমঃডিঃইউঃ গী ময়মদা ৱারোল খরা

*এলাংবম জযচন্দ্র সিংহ*

ইং ১৯৩১ গী অদুৱাইদা ঐনা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা মোইবাংখোমগী চিংঙাখম লৈরক্তা লৈবা চিংঙাখম মযুরধবজ (মী খ্বাইনা অঙৌবী মেম্বর হায়না খঙনবা) গী মমাঙ শঙ্গোয় ওইনা তৌবা মফম অদুদা কর্ণার্জ্জুনগী ড্রামা শান্নখি। মতম অদুদা নুমিৎ অদুগী লীলাদা শরুক যারিবা মীওই খুদিংমক - কৃষ্ণ, অর্জ্জুন, কর্ণ, যুধিষ্ঠিব,ভীম, দুঃশাসনচিংবশিং অদু ওইদ-ওইরবোই নীংশ। লীলাদুদা থোকখিবা দ্রৌপদিনচিংবদু, করি হায়রুনি, লীলা অদু যেংউ-উরু যদগী ঐগী পুক্নিং অসিদা ড্রামা লীলাগী নুংঙাইবা, ফজবা, কাউবা ঙম্মোইদবা ৱাখল অমা পোকখি। অদুদগী মতম খবগী তুংদা য়াইস্কুল্ পুলিস লেন্দা এমঃডিঃইউঃ হোল লিংখৎলবা তুংদা য়েংখিবা ড্রামা 'অরেপ্পা মরূপ' 'সাবিত্রী সত্যবান', 'হবিশ্চন্দ্র', 'নরসিংহ' 'বিল্বমঙ্গল'নচিংবা লীলা মযামসি যেংঙুবদগী ঐগী পুক্নিংগী অপাম্বদু অমুক্তসু হেঞ্জিল্লকখি।

'অরেপ্পা মরূপ'কী চন্দ্রশিংগী মপা শাবা খোমদ্রাম ওঝা ধনচন্দ্রনা মচা চন্দ্রসিংগী ৱাথোক্লীদমক্তু। চদা খুবীগী সহি তৌখিবা মতৌ-লাক্তৌ, লমাবম যদুমণিনা চন্দ্রসিং শাদুনা ষ্টেজদা শকখিবা ঈশৈ ঃ

লোইবী চীংদা থাকপা লাং
য়ারৌ শজি ফানা লাং
নঙনদুম ঐদুম পুনখবে...।

যাম্না পকচবগা লোয়ননা শকখিবা ঈশৈনি। মতৌ অসুম্না লীলা মথং-মথং হাপ্তাগী লেপ্তুনা ড্রামা শান্নৱকুবদা ইং ১৯৪২ মেগী তাং ১০ দা মণিপুরদা জপান্না বোম থাদদুনা লৈবাক কায়দুনা চেন্নখ্রবা মতুংদা লান হনজিল্লকপগা লোয়ননা এমঃডিঃইউঃ হোলদা ড্রামা শান্নবা অমুক হৌগৎলক্তুনা ঐ ইশামক হোল অসিদা শৈশকপগী লম্বীদা চঙজখি। মতম অদুদা অনৌবা লীলা-'মায়া সংসার', 'মাইনু পেমচা' ,'বৃষ কেতু','উত্তরা','বব্রুবাহন','নেতাজী'নচিংবা অসি লেপ্তুনা উৎথরক্লবদা মাইক লাউডস্পিকরনচিংবা শীজিন্নদুনা খোংবা-লাউবা কয়া তৌবসিদা ছাত্র ছাত্রীনচিংবতা নত্তনা এমঃডিঃইউঃগী মনাক নকপা লৈকায়গী কনাগুম্বশিংনা অপাম-পামদগী মরমদা খন্ননবা মীযাম তিনবা সভা অমা পাঙথোকখি।লৈবাক্কী সেবাদা থৱায য়াওববী মহিলা কাঙলুপ থোরক্তুনা ৱাফম অসি ফোঙদোকখি -মদুদি ড্রামা তৌবসি ফত্তে হায়বা ঙম্মোই, প্রমান ওইনা হায়ববদা এমঃ ডিঃইউঃ,গী প্লে 'মায়া সংসাব' (অইবা সৌগাইজম বীরেন) য়েংলুবদা বিলাস কৌবা নিপা অমনা ওক্তবা, কোইবা- লংবা, যুমগী নুপী অঙাংবু থৌওইদবতা নত্তনা ময়ুমদা হজ্জিনগনি হাযবা ফাওবা খঙদনা কাউথোকখিদুনা নুপী অতোনবীগী নাক্তা লৈখিবদগী ৱাখল চোইবক্তুনা লম্বীগী চাক্লিবা ওইরকপা, হেক পোকপা মচাবু মশক খঙখিদবা অসিগুম্বা খুদোংথীবা কয়া উৎলকপসিদা ঐখোয়গী অদুৱাইগী ইখুবাশিং অমা ড্রামা অসি য়েংলুবদগী চুন মনখিদুনা মাগী পুন্সিগী লীচৎ-শাজৎ মশা মতোমতা চুমথোকচদুনা ময়ুমদা হল্লক্লগা য়াম্না জ্ঞান তানা লৈখি। অমনা এসঃ বীবেনগী 'কনানা কনানো' হায়বা ড্রামা য়েংলুবদা লীলা অদুদা যুৱার শান্নবা, নিশা চাবা, ওক্তবা লম্বীদা মপুং ফানা চৎখিদুনা ময়ুমদা হজ্জিন্দনা লৈবদগী মচা শিববু ঙনদনা কাইনথঙদা চিন্তামণি ওইনা ফংখি। লীলা অসি উকবদগী ঐখোয়গী ইবুংশিং অমা যুৱাব শান্নবা যু থকপা তোকখরে। শম্না হায়রবদা লীলাগী হরাওবা-নুঙাইবা,অপেনবা কপ্পা-নোকপা সংসাবগী অচুম অবান উৎলিবা অদু লৌশিন্দবা ঙমদে।

অমনা ওজা এসঃ ললিতনা হাযখি, ''ঐগী ইচা নবকান্ত মতম অযাম্বদা এমঃ ডিঃ ইউঃ দতা লৈ। ষ্টেজ ফাওবসু কুম্বা যাওই অদুবু মহাক চহীগী স্কুলগী

পবীক্ষাদা অমুক্তা ফেল ওইরক্তে, মকোক্তা থোংনা লাকই।'' অসিনচিংবা প্রমান চাবা ৱাফম কয়া ফোঙদোক্লরকপদগী সভা ময়াম্মা অয়াবা পীদুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা লেঙদনা থম্মসি হায়না ময়াম্মা ৱাবেপ তানখি।

মতুংদা 'বৃষ কেতু ', 'কাকয়েন নোংদম', 'জাপান লান' নচিংবা কয়া উৎলকখি, শান্নরকখি। 'জাপান লান' অসিদা পঞ্জনীংবা অমদি ইং ১৯৪২ গী লান কায়দুনা চেন্নরুরগা হঞ্জিল্লকপদা মাম্মশিং অমনা নট-পালাগী কোয়েৎ অচৌবা য়েত্তুনা লাকপদা আমেরিকান সিফাইশিংনা 'হোল্ট ' হায়না লাউদুনা লেপহল্লগা করিগী কোক্তা য়েৎলিবনো হায়না হংবদা লোল-লি খণ্ডদ্রবা অহল লমনশিংদুনা খুত্তা পায়বা কর্তাল খীংদুনা, পুঙ য়ৈদুনা চোলোম তৌবগী মওংঅদু সড়ক ময়ায়দা উৎখি।

'কর্ণার্জ্জুন' গী শো উৎপদা ভীম্মা কীচক্কী মথবাক শেগায়বগী মতাংদা ষ্টেজগী অকায়বা অমদি লাইট শোয়রকপদগী ভীম শাবদা মপা লৈত্রবা ওঝা কেঃঐচঃ ধনচন্দ্রনা, ষ্টেজ মেনেজরগী চার্জ পুবিবা ঐজ্ঞা কুঞ্জোদা, পায়বিবা গদানা থাদুনা তুংদা চেকশিন্নবা পাবা অমা তম্বীখি। মতুংদা ষ্টেজদা থাদবিবা সীনগী মনাক নক্না চৎপদা সীন লেঙহল্লি হায়দুনা ঐজ্ঞা কুঞ্জোনা ওঝাবু লাক্কুনা ইনখি। সংসার অমা উৎলিবা ষ্টেজ অসিবু অসুক্কী মতীক চেকশিনগদবনি হায়বসি থৌদোকশিং অসিনা মযেক শেংনা তাকলি।

ৱারৌ-পুকলৌদবা, নুংশি-চান্নবা, লীলাগী খনবদা অৱাবা নুংঙাইবা কয়া থাদোক্কুনা ড্রামা হিংদবা যাদে হায়বগী অকনবা লীপুন অমনা পুর্নখিবা মতমদুগী ওঝাশিংগী ফিরেপ্তু ফিদম্মিংঙাইনি। মতুংদসু শো যাম্মা উৎখি। কৃষ্ণগী পার্ট কৃষ্ণদা মণিপুরদা মপা লৈত্রবা লমাবম যদুমণিনা, অর্জ্জুনগী ৱাশক কায়দনবা জয়দ্রথগী মথৱায় লৌননবা, নুমিৎপু খন্দুনা মমহন্নবা সুদর্শন কৌবক্লবদা, অমাকচম যুগীন্দ্রনা মখাদা শান্নরগা ষ্টেজ মথক্তা ঐনা কারগা চেন্দুনা চক্র শান্নবদা উৎখিবা মওং অদুবু ওঝাশিংনা পেন্নখি। অয়েংবা ভাবক্কী থম্মোযদা ফাওনখ্বিবা ইথিন-কবম্বা মেছীনগী সিষ্টেম্মো হায়না হংনবকখিবা অসিনচিংবা কয়া অমা লৈখি।

ঐজ্ঞা নীলমণি শর্ম্মাগী নারদ মুনিগী অভিনয় শীংথানিংঙাইগী মশক্কি। তাইবুংঙো ঙাংবম যুগলচন্দ্রগী যম শাবগী মওং... সাবিত্রী শাবদা পকচরবী ইতৈমা তোম্বীনা নীংথিবা, হৈ-শিংবা উক্তুনা যমগী মফমদগী মপুরোইবগী থৱায় নিরক্লবদা যম্মা, " সাধু সাধু তথাস্তু, নঙগী, নপুরোইবা নীংবা সতীগী

অকনবা থৌনালক্তা যম ঐ মায়থিরে। সে ! সে ! নপুরোইবগী মথৱায় অসি পুজখ্রো '' হায়দুনা পীখিবা পকচখ্রবা অভিনয়নি হায়জনীংই।

ওঝা ললিতনা চহি ৬৫ শুরক্লবদা শকুনি শাখিবা, মহাক্কী পুল্লিবু ড্রামাদা কখোক্লুনা অয়াম্বা মতমদা হোলদা লেনখিবা, ওজাবু পোকপিবা অবোক ইবেম্মনা মৃতু ওইদুনা খাংঙেনফমদা লৈরিঙেদা থৱায় য়াওদ্রবা দেহবু খুরুম্লগা, শো প্রোগাম থমখিবা মরম্না স্টেজ কুমদুনা সমাজ সেবা কায়দনবা হায়দুনা ড্রামাগী লম্বীদা কখোকখিবা-থোইদোক হেন্দোক্লা ফিদমনিংঙাইনি।

নীংশিংবা য়াবদি এসঃ নবকান্তগী 'ময়া সংসার'গী বিলাস, 'উত্তরা'গী ঘটোৎকচ, 'শরত পুর্ণিমা'গী গোকুল শীংথানবা য়াই। ঐঙ্গা নীলকান্তনা মাইক্রোফোন য়াওদনা শক্তোক - লাকথোরকপা ঈশৈগী শৈশক মতম অদুদা অতাঙবনি। মৈত্রম তামো বীরনা 'বিল্বমঙ্গল' গী ভীক্ষুক শাখিবা শীংথানবা য়াই হায়না লৌজে। মতম অদুগী জম্মষ্ঠানগী তাদা লালাগী মেক-অপনসু আর্টিষ্ট কয়াবু মখোয় মখোয়না লৌরিবা শক্তমশিং অদু মালহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই হায়জনিংই। ঐবু তাকপি-তম্বীরম্বা ওঝা ঙাংবম নিমাইগী খোঞ্জেল অমসুং সুরনা মতম অদুগী ড্রামাগী অনৌবা শৈশক শৈদা অমা ওইখি।

মথংদা লাকখি মাইবম রামচরণগী 'শরৎ পুর্নিমা', 'কখোকপা', 'থাদোকপা', 'নুংশি - ঈরৈ',' নাচোম','থম্বালনু' লোয়ননা ঐনা ইজবা 'পোনগী চেক্লা', 'রাজকুমার' 'গৃহস্থী' অমসুং সারাংথেম বরমণি সিংহগী 'শাফবী'। হায়রিবা লীলাশিং অসি মতম অদুগী তোয়না উৎপা লীলা ওইখি। ইং ১৯৫৪ দা দিল্লীদা পাঙথোকপা ড্রামা কম্পিটিশন্দা 'হাওরং লৈশং শাফবী' শো চত্তুনা উৎলুবগী হল্লকপদা ট্রেনগী প্লেত ফোর্ম য়ৌরক্তুনা ট্রেন থাগদবা খজিক্তা ঙায়রবদা, এম্বেসেডর কার ২/৩ লাক্লগা ফোক কেটাগোরীদা মণিপূর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ' হাওরং লৈশং শাফবী'না বেষ্ট প্লে ফংলে হায়দুনা ওঝানচিংবদা লৈ পরেং হূক্লখি। মতম অদুদা ওঝা ডাইরেক্টর অমদি প্রসিডেন্ট কোম্নদুনা হরাও-নুংঙাইবা ফোঙদোক্তুনা, 'তাতোন ঐখোয়না মতম কয়াগী মমাঙদগী হোৎনজরকপগী মহৈ য়াল্লে' হায়না নুংঙাইবা ফোংদোক্লখি। হৌজিক হৌজিকসু কলাবু পামজবা অমসুং নুংশিবা, ফীবম-মূর্ত্তি চাবা আর্টিষ্ট চোংথোরক্তুনা, মতমগা চুনরবা লীলা কয়া উৎলি ; সমাজগী অশোয়বা, অরানবা কয়া চুমথোকপদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌদুনা লাক্লি। য়াইস্কুল পুলিস লেন্দা অনৌবা হোল অমা শাগত্তুনা মণিপুরগী ওইনা তোমথিন ঙান্দুনা কালা সংস্কৃতিগী লেঙদ্রবা লঙ্গৈ ওইনা লৈরি।

ড্রামাগী লমদা পুক্সি কথোকপিরন্নবা ওঝাশিংগী মুৎপা নাইবরোইদবা নুংশিবা, অমত্তা ওইবগী লীপুন্না পুনবা, মতমগা চূনরবা লাঙ্গোল কারল লাকপগী সিম্বোললনা, মুৎপা নাইদ্রবা ব্রাংলবা কলাগী মিংচৎ-উরোং খিন্দুনা তুংগী মীরোল অমদি যুগ-যুগ কয়াগী লেমজনফম ওইনা লৈহৌরগনি মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন। ■

# মণিপুরগী অচৌবা নাট্যকার অমগী নীংশিংবা

*চান্দম গোপাল সিংহ*

মতম অদো মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না য়াইস্কুল চিংঙাখম লৈরক্তা চিংঙাখম ময়ুরধবজ সিংহ (অঙৌবী মেম্বর হায়রগা খঙনবা) গী মমাং শঙ্গোয়দা লৈরিঙৈদনি ললিত সিংহগী অভিনয় ঐনা ইহান হান্না উবা ফংখিবা । 'সাবিত্রী সত্যবান' গী লীলাদা সত্যবানগী মপা, ফম তারবা নিংথৌ অমসুং মমীৎ তাঙলবা দুমৎসেন গী অভিনয় অদো ঙসিসু ইমীৎ অসিদা শংশং উরি । ঐহাক য়াম্না অঙাং ওইরি মতম অদো- ইশাগী চহি ৬/৭ তগী পঙহেন হেল্লস্লোই । ইমারোমগী মরী মচা অমসু থোক্লে সোরোখাইবম ললিত সিংহগা ঐখোয়গা । মরম অসিদগী ললিত সিংহবু ঐনা পীক্লিঙৈদগী হৌনা য়াম্না মুন্না শক খঙজরকই অমসুং 'খুড়া' 'খুড়া' হায়না মিংগৌজরকই । খুড়া, ঙাঙবা শকপদা য়াম্না রাশি লৈ, পকচৈ ; মীবু হেক্তা শুক্ষৎপা ঙম্মী । কলাকার অমা ওইবতা নত্তনা খুড়াদি খোঙ-খুৎ তেকপা শম্বা হৈবগী মমিং লৈবা মাইবা অমসু ওইরম্মী । ঐহাক অঙাং ওইরিঙৈদা খোঙ-খুৎ য়াম্না তোয়না তেক্লম্মী । অদুদগী ইমানা ঐবু অদুগুম্বা তাঞ্জাদা খুড়াগী নাক্তা হেকহেক পুরম্মী অতেক-অকায় লৈথেকপা শম্নবগীদমক্তা । কিদনবা অমসুং চৈনাখোল কাউহন্নবগীদমক মতমদুদা খুড়ানা ঙাঙবা শকপা অমসুং ফাগি-জুগায় কয়া তৌবদুনা তেকপা-শম্বগী চৈনাখোল খঙহৌদে, 'এ!' হায়বা লোইফাৎক্ত্রিঙৈ খুড়ানা 'লোইরে' হায়রকই । হেক্তা হৌগৎহল্লি, চৎপা হেক্তা য়াই । ঐবু উনবা খুদিংদা মানা কলাগী ব্রারীতমক তৌই । নোংমদি 'লীলা য়েংঙু রাউ' হায়দুনা টিকেট পীরকপদগী ইমাখোয়গী তুং ইন্দুনা 'সাবিত্রী সত্যবান' য়েংঙুবনি । খুড়ানা ইতোপ-তোপ্পা মীশক অমা-মীৎতাঙবা নিংথৌ দুমৎসেন ওইদুনা লৈবম্বা অদুদা ঐ পুমঙক ঙকপনি, খুড়াগী মীৎ তাঙদ-তাঙলবোই খন্দুনা য়াম্না ব্রাখি, ইথন্তা তুমিন্না কপখি ।

অচৌবা নাট্যকার অমদি অভিনেতা অমগা থেংনরুবনরা খঙদে - ঐহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী ড্রামা য়াম্মা পাল্লকই । মরম অসিদগী 'লোক্লাওবুং বোইজ থিয়েটর' থুম্নুথোং রাজপুরোহিতকী মাগুবতা শান্নখিবা 'অভিমন্যু বধ' দা অভিমন্যু মথংদা 'বব্রু বাহন' দা বব্রুবাহন শাখি । হায়রিবসি ইং ১৯৩৬-৩৭কী অদুৱাইদনি ; অঙাংশিংতগী ওইবা মণিপুরগী অহানবা থিয়েটরনি । ঐগী অদুগুম্বা থিয়েটরদা থৱায় য়াওবগী পাও অদু তাবদা খুড়ানা ঐগী আশা কয়া থম্বীখি । করি অমুক হায়গনি মতম অদুগী এমঃ ডিঃ ইউঃ দা ঐবু পুশিন্দুনা অঙাংগী পার্টতা কুমহন্নবগী তাঞ্জা ফাওবা পীনিংবগী আশা খুড়ানা তৌবীখি । অদুবু অহল-লমনগী মত য়েংলিঙৈ মতাং-মতাং ওইনা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও নংদুনা লৈবাক কায়খ্রে, লোয়ন-লোয়ননা ঐগী অদুগুম্বা তাঞ্জা অদুসু অদুম্মক মাঙখ্রে ।

লাঞ্জেন্নবগী অনীশুবা মতাং- ইং ১৯৪৪ গী অদুৱাইদা বামোন লৈকায় মঙ্গেমখোঙগী লাঞ্জেনফমদা খুড়াগা অমুক থেংনৈ । য়ুম মনীং মমাঙদনি হায়বা য়াই । লানগী চৈথেং অৱা-অনা কয়াদু খুড়াদদি ইচঙ চঙদবগুম তৌই । মতম চুপ্পদা লীলা-ফলাগী কলাগী ৱারীতমক তৌই । কলাগী নুংঙাইরবা মঙলান্দা লানগী ঈরাং চঙখিদে । থিয়েটর ড্রামা শান্নবগী অমদি নৈনবগী খুদোং চাবদু লৈত্রগসু মতমদুগী ফাওগৎলক্লিবা জগোয়-ঈশৈদা মমিং লৈরবী কলাকার কয়া খোমজিন্দুনা জগোয়-ঈশৈ নৈননবা তাঞ্জা অমা খুড়ানা শেমগৎখি । মদুনা থোইনদুম কলাকারশিংগী অচৌবা শেম্থোক-লম্বী অমা লান মনুংদুদা ওইহনখি ।

ইং ১৯৪৫/৪৬ তা লান লোইদুনা লাঞ্জেন্নবা হঞ্জিন্নরক্লে, মীয়ামগী পুন্সিদা তঙ-তাবা হায়বদু ওইরক্লে । 'মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন' অমুক হঞ্জিন্দুনা মীয়ামগী সেবা হৌরক্লে । খুড়াগী লমজিং মখাদা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহনা তেংবাংদুনা মতমদুগী শক্লাইরবা - ভূতনাথ, যুগলচন্দ্র, তোম্বী, যদুমণি, নবকান্ত, রামচরণ, জয়চন্দ্র, মানবী, গৌরমণি, রন্ধনি নচিংবী এক্টর-এক্ট্রেস কয়াগা লোয়ননা হান্নগী অরিবা অমসুং অনৌবা লীলাশিং মায় পাক্লা উৎলকই -'সাবিত্রী সত্যবান', 'অরেপ্পা মরুপ', 'উত্তরা', 'মায়া সংসার', 'স্বয়ম্বর' 'নেতাজী' অসিনচিংবা । মতাং অসিৱাইদা থোইদোক্লা নীংশিংনিংঙাই ওইবা অমদি-- অনীশুবা লাঞ্জাওগী ঈরাংনা মণিপুরী থিয়েটরগী ঈহৌবু মপুঙফানা নমথবা ঙমখিবা নত্তে, মতম খরা তুক চরাঙনরুবতনি । লান মনুংদা ইং ১৯৪৩ দা রূপমহল চোংথোরকখি অমসুং থিয়েটরগী লমদা অচৌবা থৌদাং য়ারকখি । মতম অদুগী লীলা কাংবুশিংগী মনুংদা পেরাডাইজ, প্রভাত, রোক্সি থিয়েটরনচিংবগী থৌদাং নীংশিংবা য়াই । শম্মা হায়রবদা লান মনুংদফাওবা

ড্রামাগী খোঙচৎ লেপ্পা লৈখিদে । মসিদি মণিপুরী থিয়েটর ‘মুভমেন্ট’ কী ইতিহাসতা ময়েক লানা অমসুং লংনা লৈহৌরগদবা অমনি ।

লান লোইরকপদদি রূপমহল, এমঃ ডিঃ ইউঃ অমসুং এরিয়ান থিয়েটরতমক ঙায়হৌরে হাপ্তা খুদিংগী লেপ্তুনা লীলা উৎপা ঙম্বা । মতম অসিদা ইশাগী চহী ২০ চঙলক্লে, ইং ১৯৪৮ দা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা চঙলক্তুনা খুড়াগা অমুক থেংনররে । তশেংবদি ঐহাক এক্টর অমা ওইগে হায়দুনা চঙলকখিবদি নত্তে । মতম অদুগী এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ওর্কেষ্ট্রা পার্টি দা সেতারিষ্ট অমসুং ম্যুজিক ডাইরেক্টরসু ওইখিবা ইয়াম্বা তারাকান্তা সিংহগী তুং ইন্দুনা হাবমোনিয়ম প্লেয়ার অমা ওইনা চঙখিবনি ।

খরা লৈরগা নোংমা খুড়ানা খুদক্তা অহোবা পার্ট অমা মেনখত্তুনা ঐবু অহানবা ওইনা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা লীলা কুমহনবা হৌখি । অহানবদা ঐহাক খৌতক চাখি -- খুদক্তা লীলা কুম্মু হায়বদু, রিহার্সেলনচিংবা অমত্তা তৌহৌদবনিনা। খুড়ানা হায়, ‘অতো ! চিংনগনু, নঙ লীলা অসি সো খুদিং, রিহার্সেল খুদিং য়েংবা নত্ত্রা ? ঐ তাক্কে ’ হায়দুনা লীলা হৌরমদাইদা থোক্কদৌরিবা পার্ট অদুগী মতাংদা খুড়ানা ঐবু ঙাইহাক্তং শম্মা তাকপিখি । মদুদা ঐগী অকিবা পূম্বা পূম্নাঙ মাঙখিদুনা থৌনা অমা ফংখি । লীলাদো সৌগাইজমগী মামো বীরেনগীনি । ‘মচীল-মনাও’ নত্ত্রগা ‘কনানা কানানো’ দনি, কাউখ্রে । পুলিস ওফিসার অমগী পার্টনি । লীলাদুনা ঐগী অহানবা চাংয়েং-পরীক্ষা হায়বদু ওইখ্রে । খুড়ানা য়ারমাল্লে মথংদা অনৌবা পার্ট অমা অনৌবা ফোঙবা লীলা অমদা পীরক্লে । এলাংবম জয়চন্দ্রগী ‘গৃহলক্ষ্মী’ প্লেদা এন্টাগোনিষ্ট কী পার্ট য়াম্না মায পাক্না কুম্বা ঙমজখি । খুড়ানা মসিদা ঐবু অহানবা ওইনা য়াম্না কুপ্পা তম্বীখি । মসিগী হেক মথংদা, হেক ওন্নবা রোলদা সরাংথেম বরমণিগী ‘নিমাইসন্ন্যাস’ তা নিমাইগী ভূমিকাদা কুমহনখি । মতাংসিদদি লীলাগী আর্ট-এক্টিংদা নত্তনা রস-শাস্ত্রগী মরমদা, থোইদোক্না শান্ত-রসকী ‘ভাব অমসুং বিকার’ করম তৌবা হায়বদু নৈনদুনা খুড়ানা মুন্না তাকপিখি । লীলা অসি ঐনা য়াম্না থৱায় য়াওনা হোৎনজখিবনা গুরুগী আশীর্বাদতগী থোইদোক্না মমিং লৈবা অমা ওইখি । মথংদা রামচরণগী ‘থাদোকপা’, ‘লাইবকচাউবী’ অসিনচিংবা সামাজিক প্লে কয়াদা খুড়ানা ঐবু য়াম্না কুপ্না তম্বীখি । প্লে মথং-মথং তোঙান-তোঙানবা রোল কয়াদা কুমহন্দুনা ঐবু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মশক নাইবা এক্টর অমা ওইনা খুড়ানা শেম্বীরকপনা মমৈদদি মতম অমগী এমঃ ডিঃ ইউঃ গী হোল পুবা এক্টব অমা হায়বদু ঐহাক ওইবা ঙমজখি । অদুবু এমঃ ডিঃ ইউঃ দা অসিগুম্বা মতম অমা লাকখি -- দাদা নবকান্ত রূপমহলদা য়াওখ্রে, তামো যদুমণি থবক্না য়াদদুনা ইম্ফালগী ৰাংমদা পোষ্টিং লৈখিদুনা লীলা

কৃষ্ণা য়াখিদ্রে । ঐজ্ঞা থম্বাল, রামচরণ লীলা কৃষ্ণখিদরে, এলাংবমগী জয়চন্দ্র মহাক্কী টুরিং ড্রামাদা লৈখরে । ঐগা মতিলালগতা ঙায়হৌবদু মতিলালসু ৱাফম অমদগী লীলা কৃষ্ণখিদরে, অশেম দিনমণিগা ঐগতা ঙায়হৌরে । মতমদুদা ভূতনাথ, যুগলচন্দ্র তাতোম্বীনচিংবা অহলশিংসু লীলা কৃষ্ণা ঙমশিল্লক্তবগুম তৌখিবগা মরুওইবা লীলা পুবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মীওই হায়ববু খুড়ানা লুচিংদুনা ঐগা দিনমণিতগা ঙায়হৌবগুম তৌখি । খুড়াইবুংঙো ধনচন্দ্রদি মরক মরক্তা অয়ুক্তা লাক্কুনা চা হেক হেক লৈরে — চা থকমিন্নে লীলাগী মরমদা খন্নে, নৈনৈ । মতম অসিদনি ঐনা খুড়াদগী নকশিন্না অমসুং হকচিন্না তমহৌবগী তাঞ্জা অমা ফংখিবা । লীলা তৌদ্রবসু খুড়াগী নাক্তা ফমদুনা ড্রামাদা নত্তনা সাহিত্য, ধৰ্ম্ম অমসুং রস-শাস্ত্রনচিংবগী মতাংদা খুড়ানা তাকপা কয়া তাননবগী দমক লেঙদনা লৈরকই । শান্নখোৎনবগী মরমদসু মরক-মরক্তা ৱারী হেক-হেক তৌই — মতম অমগী মশা ফবা, নুঙ হুনবা, শুক হুনবদা মমীং লৈবা শান্নরোয় অমনি হায়না ।

ইং ১৯৫৪ দনি ঐনা এমঃ ডিঃ ইউঃ থাদোক্কুনা রূপমহলদা চঙলকখিবা । খুড়া য়াম্না নুংঙাইহৌদে, ঐসু খুড়াগা কায়নবা অদু য়াম্না ৱাখি । অদুবু ঐগী সাধনা —লীলা কৃষ্ণমদাই গুরু নীংশিংবদা খুড়াবু ধ্যান্দা হেক-হেক চিংশিঞ্জে । মরম অসিদগী মপাম্বোংগী মরী তৎনরবসু গুরুশিষ্য পরম্পরাগী নুংগী ওইবা মরী অমসুং ভক্তি অদুদি ঐঙোন্দা লেঙদনা লৈখি ।

মথক্তসু পঞ্জখ্রে -- খুড়া ঐগীদি গুরুনি, ওঝানি । অদুবু ঐনা পিশক পীক্লি তৈঙদগী 'খুড়া' হায়না মিংগৌনরকপা অদু ঐনা থাদোকপা ঙমখিদে । নোংমতবু ওঝা হায়না মিংগৌনখিদ্রবসু খুড়াগী মফমদা ঐগী ওঝা অমদি গুরু ওইবগী শ্রদ্ধা-ভক্তি অদুদি অদুম লেঙদনা লৈখি, ঙসি ফাওবদা লৈরি অমসুং লৈখিগনি ।

খুড়াগী খ্বাইনা কৌনবা মিংগৌ অমনা 'তাতোন' নি । খুড়াইবুংঙো ধনচন্দ্র, মামো বীরেন্দ্রচিংবা অয়াম্বনা 'তাতোন' 'তাতোন' হায়না মিংগৌনৈ, শম্না হায়রবদা খ্বাইগী 'তাতোন' নি ।

খুড়াগী লীলা মতম্বীদা —লীলাদুগী থিম(বিষয়) অমসুং শাগদৌরিবা চরিত্র অদুগী মরমদা আর্টিষ্টপু নীংথিনা অহানবদা ৱারী লীদুনা, ব্যাখ্যা তৌদুনা ভাব তাহল্লি ; অদুগী মতুংদা ডাইলোগ ময়াম অদু হায়বা তম্বী । ডাইলোগকী মতাংদা চুম্না হেক্তা হায়বা নক্ত্রি — থোকমিন্নবা এক্টর অদুনা হায়রকপা মতমদা তাগদবা মতা অমসুং লেপকদবা ফিরেপতা মায়-মীৎকী ফোঙদোকপা মফোঙদোক, লেঙবা-চৎপা অসিনচিংবা য়াম্না কৃপ্না তম্বী । করিগুম্বা আর্টিষ্ট অদুনা

ফোঙদোক্লিবা, ঙাঙলিবা অদুনা য়ৌবা ঙমদ্রবা নত্তগা খুড়াগী অপাম্বা অদু ওইদ্রবা অদু ওইরবদি 'অসুম তৌ' হায়দুনা খুড়ানা হেক্তা চোংথোক্তুনা তাকপা মতাক অদুনি ফজরিবদি । মদুনি আর্টিষ্টতা হেক্তা মঙম হাপ্পা ঙম্বগী শক্তি অমা খুড়াদা লৈখিবসি । হায়রিবা মতম্বী অসিদা কনাগুম্বা আর্টিষ্টনা ভাব তাদবদগী খুড়াগী মতৌ তমদুনা খুড়া ওইনা থোক্লবা হোৎনরকই । মখোয়না কাউথোকই - মউৎকী অমদি মফোঙদোক্কী 'টেক্নিক' অদুবু তাকপনি হায়বদু ।

ডাইলোগকী মতাংদা—পৌরাণিক, সামাজিক, ঐতিহাসিক অমসুং ফোক্কী ৱাঙাং-শাঙাং, অরূম-অয়াং, অনেম-অৱাং হায়বদি ছন্দগী মরমদা কৃপ্পা তম্বী । খুড়ানা মতম পূম্নমক্তা হায়, —'নাটক হায়বসিদি নাটক্লি, মতম পূম্নমক্তা আদর্শ (ফিদম) গী তূংনফম্লি, ফজবগী ফজফম্লি । কাব্যনি, সাহিত্যগী অচৌবা মচাক্লি । ডাইলোগকী কোমা, সেমি কোলন অমসুং চৈখৈনচিংবা পংচুয়েশন চুম্না পীদুনা ঈশৈগুম্না তাবদা নুংঙাইবা অমা ভাবক্কী নাকোংদা ফাওহনগদবনি ।'

রসগী মতাংদসু খুড়ানা কৃপ্পা তাকই — 'শৃঙ্গার, শান্ত, বীর, রৌদ্র, ভয়ানক অমসুং করুণ অসিনচিংবা । কপ্পা অমসুং নোকপা য়াম্না মরু ওইবনি । কপ্পদগী নোকপনা অমুক কৃপথ্রে খুদমদি — নুংশিনা নোকপা, শাউনা নোকপা, হৱাওনা নোকপা অমসুং নিংঙমদবা মীনোক' । অকোনবগী অসিবু 'ধিক্কার''ধিক্কার' হায়না খুড়ানা হেক হেক তাকই , অরুবা মীনোক্লি । শম্না হায়রবদা লীলা তম্বিবদা 'ফণ্ডামেন্টালস' কা লোয়ন-লোয়ননা চথে । তোঙান-তোঙান খায়দোক্তুনা তম্বীফম থোকপা অদু পুম্লপ্পা চরিত্র-চরিত্র অদুদা হাপ্তুনা অমুক্তা পুংলোই লোইথোকই । অঙকপা মতম্বীনি হায়বা হৌজিক্তা খঙলকই ।

খুড়াগী লীলা মতম্বীদা স্বরগী সাধনা য়াওই । মসিদি য়াম্না অরুবনি । স্বর হোঞ্জিনবদা, হোম্দোকপদা অমদি থিংলিঙৈদা ঙাঙবা --রেচক, পূরক অমসুং কুম্ভক প্রাণায়ামগী সাধনানি, হৌজিক্তা ভাব তারকপনি ।

নোংমা 'বিল্বমঙ্গল' প্লেদা বিল্বমঙ্গলগী পার্ট অদু হান্না শাবা তামো যদুমণি কদায়দনো অম্না চৎখিবদগী ঐঙোন্দা তম্বী । য়াম্না লুবা মতাং অমা ঐঙোন্দা হন্না-হন্না তম্বী-- থিওরি অমসুং প্রাক্টিকেলগা লোয়ননা । মতাংদি --মমীৎ অনী তাঙলবা বিল্বমঙ্গল ঠাকুরনা সংসারগী বিষয় পূম্নমক থাদোক্তুনা উমং অমগী চীক্লবা উখোং অমদা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী ধ্যান্দা লূপচৈ । মবুংঙোনা মনাইবু কদায়দা শোয়খিগদগে হায়দুনা শঞ্জেন্নহা-অঙাং রাখাল অমগী শক্লোন্দা হেক হেক লাক্তুনা বিল্বমঙ্গলবু কোইশেন-শেন্নে । বিল্বমঙ্গলদি মবুঙোনি হায়বা খঙদনা চুম্নগী নুংশিবা অঙাং অমগা লোয়নবনি হায়না খন্দোকখি । নোংমদি ঠাকুরনা

অকনবা ধ্যান্দা লূপ্লিঙৈ রাখাল লাকই, কৌরে, ‘ঠাকুর’ । ঠাকুরগী ধ্যান কায়, খল্লি ‘করিগীনো নুংশিবা অঙাং অসিনা ঐগী ধ্যান হেক হেক থুগায়ররিবা !’ লাঙতক্লনা শোল্লকই ‘আঃ রাখাল !’ । অতৈ ডাইলোগ য়াওদে । ব্রাহৈ অনী অসিতনি ‘আঃ রাখাল !’ হন্না হন্না ঐবু হায়হল্লি, স্বব চিংশিনহল্লি, স্বব থিংদুনা ফমহল্লি ঙাইহাক, অদুদগী হোন্দোকহল্লি । স্বর চিংশিনবদা বা য়াওদে, ‘অনুভবতনি’ থিংলিঙৈদা ‘আঃ’ হোন্দোকপদা ‘রাখাল’ অসুম্না কৃপ্না তম্বী, ঐ তাক্লিবদু তাবা ঙমদে, অমুক্কাদি তাখিবগুম তৌই । খুড়ানা হায়,‘ হন্না হন্না হোৎনৌ, শোয়দনা তাগনি ।’ ঐসু হন্না হন্না হোৎনখি --হোৎনজমনগী মহৈ ওইনা গুরুগী কৃপা মচা অমদি ফংজখি ।

সোরোখাইবম ললিত সিংহ ড্রামাগী লমদা ওঝা অমা ওইনা নত্রুগা ডাইরেক্টর অমা ওইনা ফাওখিবগী মথক্তা মশামক অচৌবা এক্টর অমা হায়বদুসু ওইখি । ‘দেবলা দেবী’ দা কাফুর, ‘কর্ণার্জ্জুন’ দা শকুনি, ‘সাবিত্রী সত্যবান’ দা দুমৎসেন, মহাক্না কৃমখিবদু অমনা হেক্তা ওইবা য়ারোই । মণিপুরী থিয়েটরগী লমদা মহাক্কী দান য়াম্না চাউই অমসুং লময়ানবা অমসু ওইখি । মণিপুরী থিয়েটরগী মতাংদদি মহাক মশামক অচৌবা ইন্সটিটুশন অমনি হায়বসি হায়জনিংই । ■

# এমঃডিঃ ইউঃ গী ফোক ড্রামা

*সরাংথেম বরমণি সিংহ*

জপান লান (2nd world war) মতুংদা মণিপুরদা মোইরাংপবর্ব হায়না খঙনবা খম্বা থোইবীগী বারীদা য়ুম্ফম ওইবা শুমাঙ লীলাদু মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখি । লীলা অসি খুরায় কোংপান্দগী হৌরকপা ওইবনা কোংপাল মোইরাং পবর্ব হায়না খঙনৈ । লীলা অদুদা মরু ওইবা শক্তম লাংখিবা বাঙ্গোন নিংথৌ (য়ুবরাজ), মোইরাং নিংথৌ, থোংলেন, চাউবা--মীওইশিং অদুনা শেৎপা ফিজেৎ, ঙাঙবা বাঙাং-শাঙাং, শাজৎ, মীৎয়েং-নায়েং অদু ভাবোক্না য়াম্না পেন্নৈ ; ফাগীগী মতমদনা তোবো দোলাই পাবা অনীনা ঙাঙন-শক্লবদু ভাবক্না পেন্নদুনা নোক্লৈ । মথংদা ঐজ্জা নীলকৃষ্ণ (মতম অমদা কুশি) মশা মউ চাউ-শাংবা, য়েংবদা অকিবা অমসুং অপেনবা পোকপা ঐজ্জানা থোংলেন শাবা মোইবাং পবর্ব, খম্বা-থোইবীগী বারীদা য়ুম্ফম ওইবা, থোইবীনা কবোদা লোই কুম্বা, লোইকাবা,

নোংবানগী শক্তম লাংখিবা ওজা মংলেমগী ফিজেৎ, মানা নোম্ন-নোম্না চৎপা, য়েংবা মীৎয়েং, ঙাঙবা ৱাঙাংদু নোংবান উহৌবদৌনা নোংবান মাল্লি হায়দুনা ভাবক্না শোন্নবদা নত্তনা নোংবান শাবা মংলেম হায়না লৈবাক্না শকখঙ-মায়খঙনবা অফাওবা কলাকার অমা ওইখি । মোইরাং পর্ব্ব শুমাং লীলাদু মীয়াম্না পাম্না , থৱায় য়াওনা য়েংবদু ঐসু য়াম্না পামজরুবনা তোয়না য়েংজৈ । লীলা অদু উরুরগা পুক্নিংদা 'খম্বা থোইবী'গী ৱারী নত্তবা ৱারী অমা খল্লগা Folk Drama অমা ওইনা উৎপা য়াবা ড্রামা অমা ইগে খনবা হৌরকখি । ইং ১৯৪৮ দা মেট্রিক পরীক্ষা থাবা হেক লোইবগা পরীক্ষা হায়দোক্ত্রি ঙৈদা ঐনা মতমদুদা ময়াম্না শকখঙনবা অফাওবা পেনা শকপা ওজা কয়ামরুম উনদুনা 'খম্বা থোইবী'গী ৱারী নত্তবা মোইরাংগী নুংঙাইবা ৱারী করি-করি লৈবগে হায়না হংবা হৌখি । অহল ওইরবা অফাওবা পেনা শকপা ওঝা হৈস্নাম ইবোমচা ময়াম্না উয়ান ইবোমচা হায়না শকখঙনবা ওঝা অদু উনবদা 'খম্বা থোইবী' দগী হেন্না মরীক চুম্বা ৱারী অতৈ ফংবা ঙমখিদে । মথংদা নুংগোইদা চত্তুনা ওঝা মেরা উনবদসু ঐনা পাম্লিবদু ফংবা ঙমখিদে । নুংগোই মেরাগী ওঝা খুরায়দা লৈবা চুংখাম মাণিক ওঝা উনবদা, মহাক্তী মতমদুদা অহল ওইবনা মশা ঙমদদুনা লৈরম্বগা ৱারী শাবা নুংঙাইতদুনা নুপী অতোম্বী হেনৌবীনা চয়োল অমা লৈরগা লাকউ তাকপীবদগী কোম্না উনরুগে খন্দুনা হল্লক্লে । অহল-লমনশিংদা হংবদা মোইরাংদা চৎলগা অহল ওইবা পেনা শকপা ওঝা থিরু তাকপীবদগী মোইরাংদা চত্তুনা থিবদা চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা অফাওবা পেনা শকপা ওইরম্বা, ককচিং খুনৌদা য়ুম হোংদুনা লৈখ্রবা শিনাম সনাজাউবগা উনদুনা ৱারী শান্নবদা খুয়োন হাওবা য়াইথিংকোনুগী ৱারী অদু মরীক চুম্না লীবিরকই । ৱারী অদুদা কোনুগী Character দা খরা ফজদবা লৈরবসু শেমদোক্লগা ড্রামা ওইনা ইথোক্তুনা হোল অমদা শান্নহল্লগে খল্লম্মী । মতম অদুদা পেনা শকপা ওঝা অমসুং ঢোলক পায়দুনা শকপা ওঝা অয়াম্বা 'খম্বা থোইবী' গী ৱারী নত্তনা 'হাওবা কোনু'গী ৱারী মরীক চুম্না খঙবা পঙয়াও য়াওরমদে । ৱাংঙুদা লৈবা ওঝা অমোম খোংনাংনসু 'হাওবা কোনু'গী ৱারীদু হেন্না মরীক চুম্না লীবিরকই । অসুম্না ওঝা অসিদগী ৱারীদু তারগা ইবা হৌরগে থৌরাং তৌরক্লবদা চুংখাম মাণিক ওঝাগা অমুক্তং উনদুনা ৱারী শাগে খন্দুনা চৎচরুবা মতমদা নুমিত্তু ওঝাদু চাকচা-তোকপগী হরাও হরাও লৈরম্বা তাঞ্জা থোক্তুনা ইবেল অদুনা হায়রুবদগী ওঝা মাণিক্কা ৱারী শাবা ফংজখি । ওঝাদা, 'খম্বা থোইবী', 'হাওবা কোনু' নত্তবা মোইরাংগী শাইওনগী মনুং চনবা ফজবা ৱারী অমত্তা পীবিয়ু হায়জখি । ওঝানা শাম্বা নহা লমগানবা-খমুং য়াইদিংকোনু অনীগী নুংশি নুংওনগী ৱারীদু পীবিরকই । ৱারী ওইনা তাবদা নুংশিরবসু ড্রামা ওইনা পুথোকপদা নুংঙাইবা ঙন্নোইদবা কয়াদু উবদা 'হাওবা কোনু'

ওইনা ইরগে লেপ্লদুনা ইবা হৌখি । মতমদু নিংথৌ বোধচন্দ্রগী মতমদা পণ্ডিত লোইশঙদা পণ্ডিত ওইবা হাওবম মরক্তা লৈবা নামৈরাকপম দিনচন্দ্রগা তোয়না উনদুনা লম্মিৎলোন কৌবা লাইরিক ইনবা লমশিংগী মমিং থোনখিবগী ৱারীশিংবুম য়াওবা পুয়া কয়া পাম্মিন্নবা মতম্মি । Folk Drama অমা ইগে পুক্লিংদা লেপখিবনা ঐনা পুয়া পাবদা থেংনবা অরিবা লোনগী ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা মতমদুগী চৎনরোল, থৌগল্লোন অমদি প্রমান-পাম্থৈ ময়ামদু Folk Drama ইবা মতমদা মফম চাবদা হাপচিনগে, ৱারীগা চান্নবা য়েংলগা লৈচল ওইনা থেৎচিনগে খন্দুনা তোঙাল্লা ইদুনা থমই । মতম অদুগী পেনা শকপা, খোংজোম পবর্ব শকপা ওঝাশিংনা লোন অনী নক্তগা অহুম পুনশিন্দুনা শেন্বা, তাবদদি নুংঙাইবা, ৱাহৈ-খরদং পল্লবদা 'কালগী-সময়-মতমদা', 'মলয়া-নুংশিৎ-নামিবা', 'সনা-কংলা-যুবরাজ' নচিংবা লোন কয়াসি ঐনা ড্রামাদা য়াওহল্লোই খঞ্জখি । ঐনা ইবা Folk Drama 'হাওবা-কোনু' অদু তংখায় চল্লকপা মতমদা মহাকবি হিজম অঙাংহলনা ৱারেং ওইনা ইবা 'য়াইথিংকোনু' অদু মৈত্রম বীর অমসুং হিজম রোমোনী অনীনা Dramatise তৌরগা Rupmahal Theatre দা Folk Drama ওইনা শান্নরক্লে । মদুদা ঐগী নীংবা কায়জববসু, Drama অদু য়েংলুবদা ৱারীগী পরিংদা খরা খেন্নরবসু, ঐনা উৎনীংলিবা, ঙাঙহন্নীংলিবা অরিবা লোনগী ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা, প্রমান-পাম্থৈ অদুদি নীংবা থুংলমদে । ইবা হৌরুরবা 'হাওবা-কোনু' ড্রামা অদু মখা ইথদনা অনৌবা ফজগদবা ৱারী অমা থিরগা অমুক নৌনা ইগে খল্লদুনা পেনা শকপা ওঝা থিবা হৌরকই । নোংমা কোনুংগী পেনা লোইশঙদা চত্তুনা লোইশঙ কাবা, পেনা শকপা ওঝাশিংগা উনবা চৎপা নুমিত্তু হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি । ইং কুমজা ১৯৪৮ ৱাকচিং থাগী ২১নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎনি । নুমিত্তুদা পেনা লোইশঙগী অফাওবা পেনা শকপশিংদু, হয়েং ৱাকচিং ২২নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা নোংমাইজিং চীংখোংদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা লিংখৎপা গৌরগোবিন্দগী মন্দির, মাণ্ডব শঙ্গাগদৌবদু য়াওবা চৎখ্রে, নুমিৎ মরিনি মঙানিদি লৈরকপা য়াই হায়বা পাউদু তাবদা নীংবা কায়দুনা য়ুমদা হল্লকই । ফাইরেন থাগী পানখৎলকপা অহানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা কোনুংগী পণ্ডিত লোইশঙদা চত্তুনা মতমদুদা পণ্ডিত ওইরিবা, ঐনা হান্নদগী পুয়া পাবদা তিন্নজরকপা নামৈরাকপম দিনচন্দ্র পণ্ডিতকা উন্নদুনা পেনা লোইশঙদা অফাওবা মমিংচৎপা পেনা শকপা ওঝা কনা কনা লৈবগে, খুবানা ঐবু অমুক্তা মখোয়গা শকখঙনহনবিয়ু হায়জবদু হরাওনা য়াবিরদুনা পেনা লোইশঙদা চৎমিন্নরে । শগোলবন্দগী চিংথাম অহোঙজাউ

পেনা হঞ্জবা, নুংগোই মেরা লৈখম শঙলাকপা উন্নদুনা খুরা পণ্ডিতনা ঐবু শক তাকপিরগা মানা পাম্লিবা ৱারীশিংবুম খরা তাকপি-তম্বিখো তাকপি । ময়াম্মা ইকায়খুম্নরিবা পণ্ডিতপু কিবা অমদি নুংশিবীবদগী ঐবু নুমিত্তু দগী হৌনা লুনা চান্না তৌবিরে । ঐসু হরাওদুনা নুমিত্তু দা ঐগী ফুরিৎখাওদা য়াওবা লুপা তরা পুথোক্তুনা ওঝা অনীদুদা বোরিদুনা কৎলে । মতম অদুদদি শেলগী Value অসি য়াম্মা ৱাংলম্মী । অফিসর্কী কেরানী L.D.C. অমনা থাদা তলব লুপা নিফু, চপ্রাসী-চৌকিদারনচিংবগীনা থাদা তলব লুপা কুম্ছানি । ওঝা নুংগোই মেরাদি হান্না উনখ্রবনি । মঙোন্দগী থোইনা হংনিংঙাই লৈত্রে খন্দুনা ওঝা পেনা হঞ্জবা চিংথাম অহোংঙজাউদা ঐনা পাম্লিবা ৱারী অদু লৈব্রা হংজবদা ঙাইহাক ৱাখল তৌবগা 'ৱারী অমদি লৈ, ৱারী অদু নোংমা লীগে ঙসিদি লাইগী থৌরম অমা পাঙথোকপা চত্তবা য়াদ্রে' তাকপীবদগী মথংগী নোংমাইজিং নুমিত্তা মাগী য়ুমদা উন্নসি হায়দুনা নুমিৎ লেপ্নবগা ঐ থৱায় নুংঙাইনা য়ুমদা হল্লকই । মথংগী নোংমাইজিংদা ওঝা অহোংঙজাউগী য়ুমদা ওঝাগা উন্নদুনা ওঝানা হাওরং-লৈশং-শাফবীগী মরীক চুম্বা ফজরবা ৱারী অদু লীবিবা তাবদা ঐগী পুক্নিংদা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা পোক্তুনা ৱারী অসিমক Folk Drama ওইনা ইরগে হায়না পুক্নিংদা চপয়ুংনা লেপ্তুনা নুমিত্তু দগী ইবা হৌখি । ঐনা মতমদুদা থেংনবা অরিবা লোনগী ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা, প্রমান-পাম্থে, ময়ামদু হাপচিন্দুনা ইবা লোইরগা এমঃ ডিঃ ইউঃ হোলদা শান্নবিনবা পীখৎলি । মতমদু Rupmahal না Folk Drama 'হাওবা-কোনু' মাঙজিন থানা Stage দা উৎখিবগী খোয়রাংবা অমদি য়াম্মা থুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ সু Folk Drama অমা উৎনীংবগী খোযবাংবা মতম থোকউদুনা হাওরং-লৈশং-শাফবী কৌবা মযাম্মা মমিং তানদ্রিবা, খঙনদ্রিবা ৱারীগী ড্রামা অদু হরাও-হরাওনা লৌশিনবীবগা লোয়ননা মতমদুদা তিল্লম্বা, লাইগী খুয়া তানখ্রবা অহল-লমন--খোমদ্রাম ধনচন্দ্র, সোবোখাইবম ললিত, ভূতনাথ, য়ুগলচন্দ্র, নিংথৌজম তোম্বীনচিংবগী মমাঙদা ঐনা লীলা অদু পাথোক্লম্মী । ঐনা হান্না ড্রামা অমুক্তা ইখিদবা অমদি অহানবা কলম পায়বনা লীলাগী Plot,সিনগী arrangement কী মতাংদা খরা শেমদোক-শেমজিন লৈরবসু ৱারীদু তাবদা action য়াওবা play নি খঙবদগী নুমিত্তু দা Folk Drama ওইনা শান্নরগনি লেপ্লিবগা লোয়ননা লীলাদা কুমগদবা মরু ওইবা শক্তম লাংগদবশিংগী মমিং খরা ফাওবা পন্নখি । অদুবু লীলা অসি কুপ্না, সীন খুদিংগী চেকশিন্না য়েংমিন্নদুনা অমদি অৱাৎ-অপা মরু ওইনা action মফম চানা হাপচিন্নবা নিংথৌজম তোম্বীদা শিন্নরম্মী । নুমিত্তু দা তাদা তোম্বী খঙনজরে । মথংগী নুমিত্তা উন্নরগা অমুক নৌনা পামিন্নদুনা কুপ্না খন্ন-নৈনরগা তাদনা পাম্বা মতাং কয়া ইচীল-ইনাও তান্নরম্মী । লোনগী

মতাংদসু তাদনা, মীয়াম্মা খণ্ডবদা য়াগদবা খরদি লৌথোকসি তাকপীবদগী ঐসু য়ানিংদুনা লোন অরি-অনৌ য়ানশিন্নদুনা শেমদোক্লম্মী । য়ারী লীবিরকপা চিংথাম অহোঙজাউগী যুমদসু ইচিল-ইনাও য়াম্মা তোয়না লীলা অদুদা হাপচিনবা য়াবা কয়াসু তান্নে । ওঝা অহোঙজাউ অসি নহা ওইরিঙৈদা পেনা শক্ল-শক্ল খম্বা শারম্মী তাকপীদুনা মানা খম্বা শাবদা ঙাঙখিবা য়াঙাং, য়েংখিবা মীয়েং অদু কৃপ্পা হংলম্মী । ওঝা অদুনা অয়াবা নুংঙাইবা হরাওবা মতমদা ঙাঙবা য়াঙাং, য়েংবা মীৎয়েং, থোইবীগা উনবদা ঙাঙনবা য়াহৈ-য়াতা, অকল-অরীং শীংবদা ঙাঙবা য়াঙাঙ কয়াদু মরীক চূম্মা ইচীল-ইনাওগী মাঙদা হৌগত্নুনা উৎখি, ঙাঙখি । ওঝা অহোঙজাউগী খৰায় য়াওবা মওং মতৌদু উবদা ইচীল-ইনাওসু পেল্লম্মী । ওঝা অহোঙজাউদগী তাদা তোম্বীনা খঙনিংবা কয়া হংলম্মী, তম্বা য়াবা কয়াসু তম্লম্মী । অরিবা লোন্দি মাত্রা তরেৎ নত্রগা ১৪ না শাবা পায়ার ছন্দনি । অদুগা মাত্রা কায়না ঙাঙবা, পাবদি তাবা নুংঙাইতে । ‘হাওরং-লৈশং-শাফবী’ ড্রামা অসিদা Folk কী চপ চাবা য়াঙাং-শাঙাং, মীৎয়েং-নয়েং, অরি-অনৌ য়ানশিন্নবা লোনগী ফজবদু মমি শেংনা তাহনসি হায়না ইচীল-ইনাওনা লেপ্পরম্মী । তাদা তোম্বী মশামকসু হান্নদগী Folk Drama অসি য়াম্মা পাম্মা লৈজরম্বগা ইচীল-ইনাও থেংনদুনা তাথোক-তাশিন তৌবদগীদি, মৈতৈ পাউরৌদা ‘ঈরুজনীংবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মান্নরে’ হায়বদু ইচীল-ইনাওদা থোকখ্রে । ওঝা অহোঙজাউদগী হংবা য়াবা হংলগা কোংপালগী মোইরাং পবর্বদা থোংলেন শাবা ক্ষেত্রি কহ্নাইগা অমুক উন্নদুনা হংসি লেপ্পরদুনা তাদা তোম্বী, খাইদেম বিহাবী-ঐখোয় অহুম চত্নুনা উনরুই । মঙোন্দগী হংবা য়াবা খরা হংলগা পেনাগী ওঝা চুংখাম মাণিক্তা চত্নুনা অমুক হংই । মতম অদুদা ওঝা অদুদি অহল ওইবনে, তোয়না-তোয়না নাদুনা মশানগা শোনবনে, ঐখোয়না খঙনিংবা অপাম্বদু নীংবা থুংখিদে । অসুম্মা হংবা য়াবা কয়া হংলবা মতুংদা অরিবা লোনগা অনৌবা লোনগা চেকশিন্না য়ানশিন্নরগা মীয়াম্মসু তাবা নুংঙাইগদবা, ভাবক্লা লায়না খঙবা য়াবা লোন্দা-পুদা শেম্নগা ‘হাওরং-লৈশং-শাফবী’ ড্রামা অসি তাদা তোম্বীগা তান্নরগা অমুক শেমদোকচবনি । ইং কুমজা ১৯৪৯ দা এমঃ ডিঃ ইউঃ না হাওরং-লৈশং-শাফবীবু মতীং য়াওনা, মরীক চূম্মা য়াঙাং-শাঙাং খোঙ্হোক মাত্রা তরেৎ / তরামরিগী পায়ার ছন্দদা কায়দনা পুথোকপদগী Folk Drama হায়বসি এমঃ ডিঃ ইউঃ না হৌদোকপদৌনা মীয়াম্মা উবীরিবসি তাদা নিংথৌজম তোম্বীগী হোৎনজমনগী মপালননি, মহাক্কী অচৌবা দান্নি হায়বদা থোইদোক্লা হায়মনবা থোক্লোই । Folk Drama দা নিংথৌজম তোম্বীনা মথৰায় য়াওনা হোৎনজবদু কাউদনবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ইতিহাসতা মাগী মমীং শীংথাফম থোকই । এমঃ ডিঃ ইউঃ গী

artists শিংনা মথৱায় য়াওনা হোৎনবিদুনা পুথোকপা হাওরং-লৈশং-শাফবী Folk Drama না ইং কুমজা ১৯৫৪ ডিসেম্বর থাদা New Delhi গী Sapru House তা, নীপালশুবা সেদ্যুলদা চনবা ভারতকী লোন তরামঙাগী State কুম্নীথোইনা Folk, Traditional, Modern, Category অহুমদা ড্রামা কুম্নীথোইগী National Drama Festival গী অথোই-অহেন তান্নবদা 'হাওরং-লৈশং-শাফবী'না Folk Category দা first prize ফংলক্তুনা ভারতকী নোংপোক চিদাইদা তোমথিন ঙানবা থৱানমিচাক্তুম্বা মণিপুরবু ভারতকী মীয়ামদা, মৈতৈ জগোয়দা নত্তনা ড্রামাদসু , অতিয়াদা থোকপা শজিক থাবাগুম ঙান্দুনা লৈরি খঙহনখি । এমঃ ডিঃ ইউ ঃ না 'হাওরং-লৈশং-শাফবী'বু মায়পাক্লা পুথোকপিখিবদগী Folk Drama মখা ইনিংবগী ৱাখল পোক্তুনা ইখিবা 'তোনু লাইজিং লেম্বী', 'কেগে লমজা', 'শনুলেম্বী' মথং-মনাও নাইনা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা মশীং নাইদনা উৎখ্রবা ড্রামা ঙাক্তনি । হাওরং-লৈশং-শাফবীবু 'শাফবী' থোন্দুনা Film পুথোকপিবদগী ইং কুমজা ১৯৭২ দা Regional Film Award ফংখ্রবনি । Folk Drama পামজবদগী মখাদা পীজরিবা ড্রামাশিং অসি ইবা লোইজরদুনা ফোঙদোক্লবা অমদি ছাপা নম্লবা হোৎনজরি :-

(১) নুরা ঙাইখোংঙম্বী (২)শংলৌলেম্বী (৩) হাওনু কৈশিতোম্বী (৪) হাওবা কোনু (৫) খুচুপ চৈমিয়াং (৬) পুরেম্বা (৭) খম্বা-থোইবী । ■

## মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন ঃ নীংশিংবা খরা

*এলাংবম নীলকান্ত সিংহ*

১৯৩১ দা পোকখিবা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্নি । অহানবদা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন কৌরম্মী । মসিগী সিম্বোল অসিনা জননেতা ইরাবতকী দিজাইন্নি । ঐহাক্কদি লান মমাঙদা ছাত্র ওইরিঙৈদগী তিন্নরক্লে হায়বা তাই । চপচনা নকশিন্নরক্তুনা লীলানচিংবা নৈনখিবা মতমদুনা ১৯৫০ গী অদুৱাইদগী চহী ৩০ মুক্তি হায়বা তাই । এমঃ ডিঃ ইউঃ হেক পনবদা মীৎফমদা চোংথোরকই — মসিগী থৱায় ওইখিবা লৈখিদ্রবা সোরোখাইবম ললিত সিংহ । হৌজিক্কী মণিপুরী থিয়েটরগী তশেংনমক লময়ানবনি । এমঃ ডিঃ ইউঃ না মহাক্কী ওইখি - পুন্সি অমসুং থৱায় । থৌদোক অমসু থোকখি । করিগুম্বা খৎনবা অমদগী মহাকপু হোলদা চঙহনখিদ্রবদা

মহাক্না মতম খরদি হোলগী অকোয়বদা কোয়চৎ চত্নুনা লৈখি । মহাক্কা মপুঙ ওইনা লোয়নখিবনা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র অমসুং ফোক ড্রামাগী পবিচালক তোম্বী । অতৈ কলাকার অমসুং ডাইরেক্টর কয়াসু মতুংদা চোংথোরকই । অদুবু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ত্রিমুর্ত্তি অমত্তং শাগৎলু হায়রবদি অহুম অসিনা শাগৎফম থোকই ।

লান মমাঙদা ঐহাকপু এমঃ ডিঃ ইউঃ লীলাশিংদা পুশিনবীবসি রূপমহলগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ শাবদা লৈবাক ফাওখ্রবা কলাকার সোরেনশংবম নবকান্ত সিংহনি । মহাক এমঃ ডিঃ ইউঃ গী শীংথানরবা এক্টর ওইরম্মী । 'মেবার পতন' দা মহাক্না সাগর সিংহ শানবগী খোম্থোক, মায়-মীৎকী রিহার্সেল তৌবা অঙাং ওইনা ঐহাক নীংশিংই । লীলা টিকেট লৈনবা পৈশা পায়জবা নত্তে । মহাক্কী মতুং ইল্লগা পুশিনবীবনি । ললিত সিংহগী 'অরেপ্পা মরুপ' তগী হৌবদুনা কাউঙমদবা লীলা খরদি নীংশিংলি —'বিল্বমঙ্গল', 'কর্ণার্জ্জন','সাবিত্রী' । লীলাশিং অসিদা লৈখিদ্রবা যদুমণি না বিল্বমঙ্গল, কৃষ্ণ অমসুং সত্যবান শাবা, ললিতনা দুমৎসেন অমসুং ধনচন্দ্রনা অশ্বপতি শাবা ঙম্মা ফজখ্রবা ক্লাসিক এক্টিংনি । লীলাশিং অসিমকসু ওম্থোক্না মরীক চুম্না পুথোকখ্রে । কর্ণার্জ্জুন লীলাদা কৃষ্ণ শাবদা যদুমণি ফাওরিবনি । মহাক্ন বিল্বমঙ্গল শাবদা মমীৎ তাঙলবদা 'রাখাল ''রাখাল' হায়দুনা কৌবদা ফজখিবা অদুদি কাউঙমদে । লীলাশিংসি অমুক অনীবক য়েংবদা ঈশৈনচিংবদু হেক্তা চীন্দা পুদুনা চৎপা ঙম্মী । কাইনথঙদা থিয়েটবগী সেবাবী ওইবক্ন বগী ঈঙ্গিৎ পীবা ওইবা তাই । পিশক তোম্বী হায়বদুনা অঙাওবী শাদুনা,--'মাগী প্রেম্না ঈহৌরক্লে' হায়বা ঈশৈ শকখিবদু হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি । থৌদোক অমসু নীংশিংলি । সাবিত্রী লীলাদা গুণমণি দেবীনা স্বাস্তী শাদুনা কাংঙগা মতেক অমত্তং থোরক্তুনা —'নঙদি কনানো ? ঐদি স্বাস্তী' হায়না মতেক অমত্তং মচীন দগী থোকখিবদু কাউঙমদে । নোঙাল্লগা লীলা য়েংলুবা ওঝা শেঙ্গম ইবুংঙোহলনা (মহাক্তি লাইয়েকপনি) জোনষ্টোন স্কুলগী ক্লাস্তা ছাত্রশিংগী মমাঙদা (ঐহাকসু য়াওরি) 'ঙরাংগী স্বাস্তী শাবিদু' হায়না শোল্লি । ওস্থোক্না ফজে হাযবনি । পৌরানিক্কী লীলা শান্নবদদি মতম অসিগী এমঃ ডিঃ ইউঃ উৎখ্রিবা পরিচালনা অমসুং এক্টিং--নায়ক-নায়িকশিংগী চুনবা মশক অসিদি হৌজিক ফাওবদা হোল অতৈনা তানবা ফংদ্রি হায়নিংই । অঙকপা টিমব্রার্কনি । ফিজেৎ-লাকচেৎ, এক্টিং-ষ্টাইল, মফম—মৈতৈগীগা য়াম্নমক চুননা পুথোকখিবনা ভাবক্কী থম্মোয ঈরায় লায়না চিংশিনখি । লাইবকথীবা হায়ববু হৌজিক কান্দৌনা ভি,দি, ও,নচিংবনা রেকোর্দিং অমত্তা তৌবা ঙমহৌদবা অদুনি । হৌবকপদদি বাংলাগী থিয়েটবগী কা-হেঞ্জিনবা --খোঙ থীনবা, লাউবনচিংবগী এক্টিং-ষ্টাইলনা ওইববসু মমৈথঙদদি ললিত সিংহ, ধনচন্দ্র অমসুং থানিল সিংহনচিংবগী অঙকপা প্রতিভাদগী য়াম্নমক নেচবেল ওইবা এক্টিং-ষ্টাইল অমা পুশিনবীরক্তুনা হৌজিক

ফাওবা চথরি । তশেংবমক ললিত সিংহদি বাংলা থিয়েটরগী শিশির বহাদুরীনি —লময়ানবনি । মসিগী পরম্পরা অসিনা এরিয়ান থিয়েটর (১৯৩৫), রূপমহল থিয়েটর (১৯৪৩) নচিংবদা চথরক্তুনা অনৌবা থিয়েটরগী ঈহৌ অমা (জি, সি, তোংব্রাগী সোসাইতি থিয়েটরগী (১৯৩৭) তোপ-তোপ্পা মশক্কা লোয়ননা পুশিল্লকপনি । মহাকবি অঙাংহলগী 'ইবেম্মা' লীলা শানখিবা চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির বুসু কাউবা চুমদে ।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতুং অমসুং ভারতনা নীংতম্বা ফংলবা মতুংসিদি মরৈবাকপু নুংশিবগী ঈহৌগী অমসুং মণিপুরীশিংগী মপা-মপু শকখণ্ডনবা থিরকপগী অরিবা পেনাগী সাহিত্যদা মোইরাং কংলৈরোনবু নৌহৌনা শক্তাক্লকপগী যুগনি । ১৯৪৮ দা রূপমহল থিয়েটরনা 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' শান্নরক্লে । চথরক্লে মথং-মথং হোল অসিমক্তদা মহাকবিগী 'মোইরাং থোইবী' অমসুং 'য়াইথিংকোনু' । এমঃ ডিঃ ইউঃ দনা শরাংথেম বরমণিগী মোইরাং কংলৈরোনগী লীলা কয়া চথরক্লে —'তোনু লাইজিং লেম্বী', 'কেগে লমজা', 'হাওরং লৈশং শাফবী' নচিংবা নিংথৌজম তোম্বীগী পরিচালনাদা । ঐহাকসু ১৯৫০গী অদুব্রাইদগীদি কলেজগী ওঝা ওইরক্তুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ গা য়াম্নমক নকশিন্নদুনা সমালোচক অমগী মীৎয়েংদগী লীলাশিং নৈনবা হৌরক্লে । ১৯৫৪ দা ইহান হানবা ওইনা ভারতকী সঙ্গীত নাটক অকাদেমিনা শীনবা নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেলদা এমঃ ডিঃ ইউঃ বুসু বার্ত্তণ তৌরক্তুনা য়াওবা তারে । করম্বা লীলা উৎসিগে হায়না খন্নরকপদা নাকপাক তানরে — 'কেগে লমজা' নত্ত্রগা 'হাওরং লৈশং শাফবী' । ললিতনা পাম্বদি 'হাওরং লৈশং শাফবী' নি । অদুনা নোংমা অয়ুক ওস্তাদা ওঝা অসিনা ঐহাক্কী য়ুমদা চঙলকই,—'ইবুংঙো ! খন্নবা অসি অমুক্তং য়াওবিদবা য়াদ্রে' । ঐহাকসু ফি শেৎচিন্দুনা এমঃ ডিঃ ইউঃ হোলদা থুংলৈ অমসুং 'হাওরং লৈশং শাফবী' দা ঐহাক্কী অকনবা মত পীখি । লাইবক ফবদগী ফেষ্টিভেল অসিমক্তা ফোক কেটেগোরিদা আসামগী 'শোনিত কুঁৱরী' হায়বা অমগা পূন্না মকোক তাখি । নায়িকা তোম্বোন দেবীনা মারাঠী থিয়েটরগী মমিং চৎলবা নাট্যকার মামা করেরকরদগী সনাগী মেদল ফংখি । মসিনা ভারতকী টিয়েটরগী মেপ্তা মণিপুরনা চাউথোক্লা চঙশিনবা ইহান হানবনি । তান চারুবগী ব্রাফমসু নত্তে । আমেরিকাগী মমিং চৎলবা থিয়েটর ক্রিটিক ফোবিয়ান বাব্বার্স সু রূপমহলগী কাংবুগা থামুক তিন্নরবা মতুংদা মণিপুরী থিয়েটরগী অব্রাংবা মশক অসি মহাক্কী লাইরিকশিংদা পনবিরকই । মসিগী অর্থদি মতমদুগী পৃথিবীগী থিয়েটরগী চাওখৎপগী থাক্তা মণিপুরী থিয়েটরসু থোইনা তাদনা চঙশিল্লক্লে হায়বনি । ব্রাফম অসি ডাক্তর সুনীতিকুমার চটার্জি নচিংবা মপানগী অখণ্ড-অহৈ কয়ানা চপচানা য়াখি ।

মতমদুদা এম঩ ডিঃ ইউঃ না শান্নবদা ফাওখিবসি কোক্কী লীলা হায়না খঙনবা অসিতা নত্তে । সামাজিক অমসুং ঐতিহাসিক লীলাশিংসু ফজনা উৎখি । লীলা পূম্নমক মমিং পনবদি ওইথোক্তে । নায়ক-নায়িকাশিংগী মনুংদা মমিং পনবা য়াবদি — মাইবম রামচরণ, হুইরেম মতিলাল, এলাংবম জয়চন্দ্র, ইবোহল, থম্বাল দেবী, তোম্দোন, রম্ধোনী , বিনো, ইবেয়াইমনচিংবনি । খজিক্তুং অহল ওইরবা নীলমণি শর্ম্মা, থম্বাল শর্ম্মানচিংবসু লৈরি । অনুবাদকী লীলা কয়াগী (কারাগার, আলেকজেণ্ডর,মখোয়সু মীনি, রামের সুমতীনচিংবা) কাউঙমদবা এক্টিং কয়াসু নীংশিংলি । লীলা কয়াসু ইখিবা রামচরণনি । মহাক্কী ‘নিংঙোল-চেপ্তর বান’ দা মহাক্কা মতিলালগগী মচীন মনাওগী অমসুং নিংঙোল শাবী ইবেয়াইমগী চূনখিবা এক্টিং কাউঙমদে । ‘থম্বালনু’ লীলাদা জয়চন্দ্রনা শাবা মোহনসিং, রম্ধোনীগী থম্বালনু, আলেকজেণ্ডর অমসুং দুষ্যন্ত শাখিবা থম্বাল শর্ম্মা, থম্বাল দেবীগী শকুন্তলা, মখোয়সু মীনি লীলাদা মতিলাল, তোম্দোন দেবীগী শাফবী, ‘রামের সুমতি’ লীলাদা ইবোহলগী রাম --পূম্নমক ভাবোকপু শুপ্নৎখিবা কাউঙমদবা মশক ঙাক্তনি । অদুবু পূম্নমক অসি অয়েকপা সীন, অইনবী বাগোন ষ্টেজ, অচম্বা লাইট (হৌজিক্তি নোংপোক নোংচুপ্তা ষ্টেজগী আর্কিটেকচরদি অঙকপা ফংনা হোংখ্রে) নচিংবদা শান্নখিবা ঙাক্তনি । শম্মা হায়রবদা মতম অসি এক্টরগী ওইবা থিয়েটর হায়না মিংথোনবা য়াই । ম্যুজিক্কী মশক্তা ফজখিবা কয়াসু য়াওখি । লীলাগী পুখৎপগী মশক্তা ‘নিংঙোল-চেপ্টর বান’ অঙকপা ওইখি । অদুবু নীংশিংলকপদদি কলাকারশিং (নায়ক-নায়িকাশিং) তবু মপুঙ ওইনা নীংশিংই । কলিকতাগী স্টেজদসু হৌজিক ফাওবা শোন্নরি -- শিশির বহাদুরী, অহীন্দ্র চৌধুরী, শম্ভুমিত্র, তৃপ্তিমিত্র, উৎপলদত্ত হায়দুনা ।

নীংশিংবা অমত্তং থোরকই--হৌজিক্তগী চহী ৪৫ মুক্কী মমাঙদা ওইবা তাই--গুবাহাটিদা ওম্ফোক্কা চাউখ্রবা প্রাগজ্যোতিষপুর কংগ্রেস সেসন পাঙথোকখি । পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরু লাকখি । ঐহাকসু ট্রুপ লিদর ওইনা এম঩ ডিঃ ইউঃ পুদুনা চৎলি । লীলানা ‘ কেগে লমজা’ নি । ধনচন্দ্রনা নুমিদাংবাইরমগী চন্দোন-চবা থিন্দুনা ফমদুনা লৈখি । পাউ -লাকই --প্রাইম মিনিষ্টর লাক্তুনা য়েংলগনি । অদুবু উৎপগী তাঞ্জাদি নোংয়াই মতমদা ওইখি । নিংথমথাগী ঈংলবা নুংশিৎ মরক্তুদা ভাবক কায়দনা থবায় তানা য়েংখি । লীলা উৎপগী মতম ফাওবদা পোলিটিক্স অদুম মচঙই । ঐখোয় নীংবা থুংখিদে ।

চহী ১০/২০ মুকসিদা এম঩ ডিঃ ইউঃ সু মতমগী লীলাগী খোঙজেন্দা য়াওনবা হোৎনরি । অনৌ-অনৌবা লীলা কয়াসু পুথোরক্লি । অনৌবা প্রদক্ষন স্টাইলদা শান্নরকপসু য়াওরি । তান্নবদা মনানচিংবা কয়াসু ফংদুনা লাক্লি । অদুবু অসুম হঙ্গৎনা য়েংখিবদা মতম অমদা উৎপদা য়ৌবা ঙমখিবা এক্টিংগী শক্তি --

ললিত,ধনচন্দ্র,যদুমণি, তোম্বী, রামচরণ, মতিলাল, জয়চন্দ্র, তোম্বী দেবী, থম্বাল দেবী, তোম্দোন্নচিংবগী উৎপদা য়ৌখিবা মশক অদু হৌজিক্কী নায়ক-নায়িকাশিংনা য়ৌবা ঙমদ্রে হায়দবা ঙম্লোই । মসি লীলাগী (ড্রামাগী) হস্তরকপা থাক্লা ওইহনবসু য়াই । মপুথোক্লসু (হৌজিক্তি ডাইরেক্টরগী থিয়েটর হায়বা অমসু থোরক্লে) ওইরম্বা য়ারি ।

হৌজিক্তি চাংয়েং লীলা (এক্সপেরিমেন্টেল থিয়েটর) হায়দুনা রতন থীয়াম, কাহ্নাইলাল, লোকেন্দ্রনচিংবগী লীলাশিংনা ভারত্তা অমসুং ৱাংমদা মণিপুরী টিয়েটরবু মশক তাক্কুনা মপানগী মীওইশিংনা ইকাই খুম্নরি । চাংয়েংদি শোয়দনা তৌগদবনি । অনৌ-অনৌবা মপুথোক থোকহনগদবনি । অদুবু অসি হায়রে হায়দুনা হান্নদগী চত্থরক্লিবা মশক্কী ফজবা অসিবুসু উশিত্তনা লৌবদি চুমদে । অদুগা অনৌবা চাংয়েংশিংদগী পোক্লবা অওনবা মশক খরসু হান্নগী মপুথোক্তা চঙলক্কবা য়ারোই । মসিমক লমাবম গোজেন্দ্রনা পরিচালনা তৌবা লীলা খরদা উবা ফংই । পুংহোং হোংবসু ওইথোক্তে । ময়ায় ওইবা সমাজগী ভাবকশিংনা পেঞ্জবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী পরম্পরাগী মশক হায়বা অমসু লৈরি । পূম্নমক চৎমিন্নবদা কায়দে । ১৯৭০ দা ঐহাক ইউরোপকী সংস্কৃতিগী তীর্থস্থান পেরিসতা লীলা মখল কয়া উরকই — ঈশৈ লীলা (ওপেরা) চাউরবা হোলদা, অতোপ্পা অচৌবা হোল অমদনা বেকেটকী 'বেটিং ফোর গোদো' লীলা শান্নবা, আইওনেস্কোগী লীলাশিং শান্নবা ভাবক ১৫০ চনবা হোল । বার্লিনদা ওপেরা অমা য়েংবদা লমজিংলিবা গাইদতা ৱারী কমদৌবনো হংলুই । খুন্নকই —দরকার লৈতে, ঈশৈ অসিতমক তাও । অসুম্না মখল মথেলগী থিয়েটর মণিপুরদা উৎনরিবা অসিদা এমঃ ডিঃ ইউঃ সু চাউরবা শরুক অমা কল্লি হায়দবা য়ারোই ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ না হৌজিক চেকশিনগদবদি হান্নদগী চত্থরক্লিবা এক্টিংগী ৱাংলবা পরম্পরা অমা লৈরিবসি য়ারিবমখৈ মাঙহন্দনবা হোৎনবা অসিনি । ললিত, তোম্বীগুম্বা ডাইরেক্টর লৈত্রে । রামচরণ, জয়চন্দ্র, মতিলালগুম্বা নত্রগা তোম্দোন, থম্বালগুম্বী নায়ক-নায়িকাসু খরা তাঙলগনি । পীথোরকপা খরা য়াওদনা হেক শেম্বসু য়াবা নত্তে । অদুবু কমদৌরগা হান্নগী এক্টিংগী ঙমখিবা থাক অদু তাহন্দনবা হোৎনগদগে হায়বদুদি য়েংশিন্দবা য়ারোই । মদুগীদমক চঙই —সাধনা, অভ্যাস,ট্রেনিং—হকচাংগী, ৱাখলগী অমসুং থম্মোয়গী । রিহার্সেল মতীকচানা তৌরগা লীলা পুথোকপা তাই । লৈজরিবা অহল ওইরক্লবা —থম্বাল শর্মা, বিহারীনচিংবগসু তান্নবগী শরুক চঙই —নহারোলনা ডাইরেক্টর ওইরবসু । আর্ট হায়বসিদি দেশ, কাল, পাত্র নাইদবা মশক অমনি । ফবু ফজরবদি — ইউরোপ, আমেরিকা,এসিয়া খণ্ডদে— আর্টনি। লৌশিন্নবা হোৎনবা তাই । অদুবু লৌশিনবদা হান্নগী লৈজরিবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী থৱায় অদুবুদি মাঙহনখিবা য়াদে । তোপ তোপ্পা এক্টিং স্টাইল অমসুং প্রদক্ষন্দা মূর্তি পাল্লবা এমঃ ডিঃ ইউঃ নি ।

অসিবুদি থুগায়বা য়াদে । অরি-অনৌ শম্নহনবা মশক অমা ওইগদবনি । এমঃ ডিঃ ইউঃ না কলাক্ষেত্র ওইখিবা য়ারোই ।

ঙরাং নহালদা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা খোমদ্রাম ধনচন্দ্রগী লৈতবা নুমিত্তা 'আর্টিষ্ট ডে' পাঙথোকপদা থায়নগী ফাওরবা —'মখোয়সু মীনি' হায়বা লীলাদু নৌহৌনা পুথোকখি । মনাও দাসুগী রোলদা থায়নগী মতিলাল নীংশিংই । অদুবু তেলেম উপেন্দ্রনা চপ মান্নবা অয়ৌবী এক্টিং তৌরকপদা অপেনবা পোকখি । অহল ওইরবা বিহারী, ইবোহলসু থায়নগী মীনাইগী রোলদা কৃমখি । থায়নগী মতমদু নীংশিংদুনা ঐঙোন্দদি ফনবু ফজবা লীলা অমা ওইনা উখি । ঐহাক্তা এমঃ ডিঃ ইউঃ গা খরা নকশিন্নরুবনা ওইহল্লম্বসু য়াই । অদুবু ক্রিটিক অমনদি খবরদা ফোঙখি — লীলা অসিদি য়েংবা য়াদে । খুম্নিংখি— করম্না ? ঐঙোন্দা অপেনবা পোক্লিবসিদি ?

ডাইমন্দ জুবিলী হেন্দোরক্লবা এমঃ ডিঃ ইউঃ মতম কুইনা পুন্সিবা ওইসনু । ■

## এমঃডিঃইউঃ গী ষ্টেজ এণ্ড লাইট

*অশেম প্রসন্তকুমার*

ইং ১৯৩১ দা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না ইহান হানবা ওইনা সোরোখাইবম ললিত সিংহনা ইবা 'অরেপ্পা মরুপ' শান্নখি । লীলা অসিগী ফম্পাক অমসুং মৈগী লৈতেং (ষ্টেজ এণ্ড লাইট) গী থৌদাং পূম্নমক পুবিখিবসি চিংঙাখম ময়ুরধবজ সিংহনি ।

চিংঙাখম ময়ুরধবজ সিংহ মণিপুরগী ফম্পাক অমসুং মৈগী শীল্লাঙবদা হৈথোই শিংথোইবা অমদি লম অসিগী লময়ানবা, অহানবা ওঝানি হায়না লৌজে । ইলেক্ট্রিক ফংদ্রিঙৈগী মতমদা ওঝানা হেণ্ড লেম্প অমদি পেট্রোমেক্স মরি-মঙাদং উপু চন্দুনা ষ্টেজ মথক্তা য়ানখৎলগা লীলাগী মৈগী থৌরাং তৌখি । হায়রিবা উপুশিং অদু মায়কৈ মরিদা মখুম পাল্লি, অদুগা থৌরি মচা অমমম পাল্লগা চিংথোক চিংশিন তৌদুনা মৈ ঙানবা মুৎপনচিংবা শান্নরম্মী । অসিদসু নত্তনা মচু-মচুগী মিংশেল হাপলগা অশংবা,অঙাঙবা, নাপুনচিংবা মচু কয়া থোকহন্দুনা থোইদোক্লা লীলাগী মগুণ হাপ্লম্মী । ফম্পাক্কী লৈতেংদসু ওঝানা লীলা-লীলাদুগী চঙগদবা পোৎচঙ -- লৈ-শু, থরো থম্বাল, উশা বাশা পুম্নমক থিরগা ভাবক্কী মীৎফম হোংবা য়াদবমখৈ শেমদুনা ফজহল্লম্মী ।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙগী ফম্পাক অমদি মৈগী কুম্মৈ কয়া অসি ওঝা চিংঙাখম ময়ূরধবজ সিংহ অমদি মহাক্কী মতুং তারকপা ওইনা লৈমপোকপম গুণি সিংহ, সোরোখাইবম ধনেন্দ্র সিংহ, চিংঙাখম অমুবী সিংহ অমদি রাঃকুঃ রতনসনানচিংবনা পুরম্মী । লান কায়দ্রিবৈগী লীলা খুদিংমক হান্নগী ওঝাগী খুভম কায়দনা অৱা-অনা কয়া খাঙদুনা হায়রিবা মীওইশিং অসিনা মতম শাংনা পুবিরকখি ।

ইং ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ দা ইম্ফাল সহরদা জপান্না বোম থাদবদগী লান কায়খি । লান মনুংদা ইংলিশমেনশিংনা হোল অসি লৌশিন্দুনা ফজরবা হোল অমা ওইনা শেমদুনা মখোয়গী লীলা অমদি বোল ডান্স শান্নফম ওইরম্মী । মতীক চাবা মৈ, ফেন্নচিংবা পান্দুনা মচু মচুগী মৈ শীজিন্নদুনা হেন্না ফজহল্লম্মী ।

লান লোইরবা মতুংদা ইংলিশমেনশিং অদুনা চৎলমদায়দা হোলদা লৈরম্বা মৈ ফেন্নচিংবা অদু, হোল হল্লম্বগা লোয়ননা পীথোক্লম্মী । মতম অদুৱাইদা ষ্টেজ পুবীরম্বা ওঝাশিংদি --অরিবম কুঞ্জো শর্ম্মা, অরিবম গৌরবিধু শর্ম্মা, অমাকচম যুগীন্দ্রো সিংহ, অশেম অমুবা সিংহ, রাঃকুঃ বিজয় সিংহ অসিনচিংবা অসিনি ।

ইং ১৯৪৫ দা অমাকচম যুগীন্দ্রোবু কলিকতাদা আর্ট এণ্ড পেইন্টিংগী ট্রেনিং থারম্মী এমঃডিঃইউঃনা মাগীদমক্তা থা থাগী ওইনা লুপা ৫০ থায় । মতুংদা যুগীন্দ্রোনা 'ষ্টার থিয়েটর' দা ষ্টেজ এণ্ড লাইটকী ট্রেনিংসু চৎলকই ।

অমাকচম যুগীন্দ্রো সিংহনা ষ্টেজ এণ্ড লাইট পুবা মতম অসি এমঃডিঃইউঃগী ওইনা খ্বাইদগী চাওখৎপা, মীনা শীংথানিংঙাই ওইবা মতম্নি হায়বা য়াই । ষ্টেজ টেক্নিক্তা অনৌবা মওং কয়া উত্তুনা ভাবক্কী পূক্নিং পেলহনখি । মহাক্না মতম অদুগী ওঝাশিং মরুওইনা কাংঙবম লালা সিংহনচিংবগা তান্নদুনা 'হরিশ্চন্দ্র' লীলাদা লিন অশাবনা চেনশিল্লক্নুনা রুহিতাস চীকপগী সীন অদু অশেংবা লিনমক মান্না ভাবক্তা উৎখি । মসিগী ক্রেডিত অসি লালা সিংহগীনি হায়নৈ । অসিতা নত্তনা মতম অসিদা ষ্টেজ ক্রাফট অসি অঙকপা ফংনা চাওখৎলে । 'উত্তরা' প্লেদা চক্র পাইরক্লগা পা᠁রকপা মায়কৈদা অমুক হল্লগা চৎখিবা, তেন্দোংদগী তেন শত্তোরকপদা তেন৲চিন্দা মৈ হৌবা, 'কুরুক্ষেত্র' দা কৃষ্ণ পুনবগী মতাংদা কৃষ্ণনা খুৎ তিংথোকপদা মৈ হৌবা, অর্জ্জুনগী তেন্না মৈবিথোক্না পাইবা, 'কৃষ্ণঅবতার' দা যমুনা তুরেল ঈহৌরকপগী টেক্নিক উৎপা, চেকপল চেকখায়দুনা নারায়ণ থোক্লকপা, 'বিল্বমঙ্গল' অমদি 'কেগে লমজা' দা ঈশিং য়াওদনা নোং তাহনবা, 'সাবিত্রী সত্যবান' দা যম্মা সত্যবানগী ময়াদগী মথৱায় চিংথোকপা, 'শকুন্তলা' দা খোইমু পাইবা, স্বর্গদা কাশ্যপ মুনিগী আশ্রম উৎপা অসিনচিংবা

টেক্নিক ময়াম অসিনা এমঃডিঃইউঃ গী লীলাশিং অসি অনৌবা মখলগী লীলা ওইনা ভাবকপু য়েংনীংহনবগী খোয়রাংবা পোকহনখি । পূম্নমক অসি মতম অদুগী ষ্টেজ পায়বিবা ওঝাশিংগী হোৎনজমন্নি, এমঃ ডিঃ ইউঃ না মখোয়বু কাউগদবা লৈতে ।

অসুম্না চথরকপা অসিনা ইং ১৯৫২ দদি নহা ওইরিবা বিঃ হরিদাস অমসুং রাইঃ ইবোতোম্বী অনীগী মখাদা লৌবুক্তোংবম খোমৈ শর্ম্মা, ফুরাইলাৎপম সুরেন্দ্র শর্ম্মা, ঙাংবম ইমোতোম্বী, ওইনাম তোম্বা, অশেম থম্বৌনচিংবনা এমঃডিঃইউঃ গী ষ্টেজ অমসুং লাইট পুরম্মী । মতাং অসিদসু ষ্টেজগী অঙকপা টেক্নিক খুদম ওইনা লৈচিল পাইবা, নোংচুবা, তুরেল কায়বা, সংস্কার তৌবা, ক্রেডিত উৎপনচিংবগী টেক্নিক কয়াসু শীজিন্নরম্মী ।

ইং ১৯৫৪ দা দিল্লীগী ড্রামা ফেষ্টিভেলদা এমঃডিঃইউঃ গী 'হাওরং লৈশং শাফবী' না ফার্ষ্ট তারকই । মদুদা ষ্টেজ অমসুং লাইটকী ইনচার্জ ওইদুনা বিঃ হরিদাস শর্ম্মা অমদি রাইঃ ইবোতোম্বী অনীসু দিল্লীদা চত্তুনা ফেষ্টিভেল অসিদা শরুক য়ারুই ।

ইং ১৯৫৪ দা রাঃ কুঃ চন্দ্রজিৎ সিংহ এমঃডিঃইউঃগী মেম্বর ওইবিরকখি । মহাক্না শেম্ব-শাবা অঙকপা ফুড়া-দলান, খাংপোকশঙ, উমং ময়ামদুনা এমঃডিঃইউঃগী ষ্টেজ হেন্না অমুক্কা মপুঙ ফাহল্লম্মী । অনৌ-অনৌবা মওংদা য়েক্লকপা হৈকোল-লৈকোলগী দৃশ্য, নাগাগী য়ুম– উহৌবা ভাবক্না ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদনা নীংশিংদুনা লৈরি ।

ওঝা বিঃ হরিদাস শর্ম্মানা মশানা শেমজবা ডিম্মব শীজিন্নদুনা নোং ঙানবা, নুমিৎ তাবা--অহিং নুংথিল ফজনা উৎপা, মিছীন শীজিন্নদুনা থা থরানমিচাক লৈচিল পাইবা, 'সতী খোংনাং' গী পোৎলোইবগী মৈ চাকপা অসিদা নত্তনা অতৈ টেক্নিক কয়া পুথোকপিরম্মী । ওঝা অসিগী মতুং তারকপগা লোয়নননা অনৌবা মীওই কয়ামুক মথং মথং হোংলক্তুনা ঙসি ফাওবা টেক্নিক অনৌ-অনৌবা হাপচিন্দুনঃ মীয়ামগী সেবা তৌজনবগী এমঃডিঃইউঃনা কখোকপগা লোয়নননা অরা-অনা খাঙজদুনা মীয়ামগীদমক্তা লৈজরি । ■

*মচাক খোমজিনবদা মতেং পাংবীখিবা*

১। শ্রীগুরুময়ুম সুরজিৎ শর্ম্মা
২। বাঃকুঃ চন্দ্রজিৎসনা সিংহ

# মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী লীলাশিং

*তেলেম উপেন্দ্র*

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন, অশম্বা ৱাহৈদা এমঃডিঃইউঃ, ইং ১৯৩১ গী মার্চ তাং ১৫ দা য়াইস্কুল, পুলিস লেন্দা লিংখৎখি । মসি লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা মণিপুরী ড্রামাদা মপুন্সি কখোকখ্রবা লময়ানবা তরুকপু ঙসি থিয়েটরগী জগৎনা কাউবা লৈতনা নীংশিংনরি । মখোয় অদুদি : (১) চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহ, (২) ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহ, (৩) হিজম ইরাবত সিংহ, (৪) নোংমাইথেম থানিল সিংহ, (৫) সোরোখাইবম ললিত সিংহ অমদি (৬) খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ অসিনি । মখোয়বু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ফাউণ্ডর মেম্বর হায়দুনা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি ।

হোল অসি অহানবদা ঙাংবম শ্যামকিশোরগী মমাঙ শঙ্গোয়দা লৈরম্বদগী ইং ১৯৩২ গী অদুৱাইদা চিংঙাখম লৈরক্তা চিংঙাখম ময়ুরধ্বজগীদা হোংদুনা ইং ১৯৩৬ অদুৱাই ফাওবা চথখি মতুংদা মতম অদুগী থৌ পুবিরম্বা কাঙবুনা হায়জবদগী দরবারগী প্রসিডেন্ট মেক ডোনাল্ডনা য়াবিদুনা হৌজিক লৈরিবা মফম অসি পীবিবদগী হোল অমা শাদুনা ইং ১৯৩৭ তা হোংদোক্লকখি । উনা অমদি টিন্না কুপ্পা হোল অদু শাবদা পূকচেল চাউরবা ভদ্রলোক কয়ানা শেল অমদি মপোৎ মচৈ কয়াগী মতেং পীনবিরকখি ।

ইউনিয়ন অসিনা হৌগৎলকপদগী লান মমাঙ ইং ১৯৪২ ফাওবগী মনুংদা শানখিবা মমিং চৎখিবা লীলাশিংদি :-‘অরেপ্পা মরুপ’, ‘সতী খোংনাঙ’, ‘থাবল চোংবী’, ‘নরসিংহ’, ‘দেবলা দেবী’, ‘বিল্বমঙ্গল’, ‘সাবিত্রী’, ‘কর্ণার্জ্জুন’, ‘লোইকুম লোইকা’ নচিংবা মমিং পনবা য়াই । হায়রিবা ড্রামাশিং অসি এমঃডিঃইউঃগী ষ্টেজদা মশীং খঙদনা শান্নখ্রবনি । ড্রামাশিং অসিগী লমজিং লমতাকপা (ডিরেক্টর) ওইবীখিবদি সোরোখাইবম ললিত সিংহনি । মতম অদুগী লময়ানবা হোল অসিগী কলাকারশিংদি :- সোরোখাইবম ললিত সিংহ, হিজম ইরাবত সিংহ, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ, অয়েকপম গৌরবিধু সিংহ, অঙোম বসন্তকুমাব সিংহ, সোরোখাইবম ব্রজলালা সিংহ, হুইরেম লালা সিংহ, শারুংবম বীরহরি সিংহ, অশেম তোম্বীসনা সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, অচোম অচৌ

সিংহ, খাইদেম মংলেম সিংহ, লমাবম যদুমণি সিংহ, ঙাংবম যুগলচন্দ্র সিংহ, মৈত্রম বীর সিংহ, সৌগাইজম ইবোতোম্বা সিংহ, অকোইজম ভূতনাথ, ইরেংবম তিলক সিংহ, অসিনচিংবা লাইওইশ্রবা কলাকারশিং অসিনা অথোইবনি ।

নুপীগী শক্তম লাংবীখিবা কলাকারশিংদি মরুওইনা —শাইরেম কন্যা দেবী, নিংথেম মচা ওংবী নুংশিতোম্বী দেবী, রসমী দেবী, চিরোম গৌরমণি দেবী, ভানি দেবী, জাহ্নবী দেবী, সামদ্রাম নুপীমচা দেবী, কাংঙবম য়াইমবী দেবী, কাংঙবম তোম্বী দেবী, অরিবম নিংঙোল মানবী দেবী অসিনচিংবা কয়া অসিনা ড্রামাদা অচৌবা শরুক য়াখি । মতম অদুদা ড্রামা য়াওবী নুপীশিংবু সমাজনা হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংবিবদগী নিপা কয়াসু নুপীগী রোলদা কুমখি । মখোয় অদুদি মীনকেতন সিংহ, হিজম ইরাবত, লমাবম যদুমণি সিংহ অসিনচিংবনি ।

ষ্টেজ শীল্লাংবগী থৌদাং অয়াম্বদি চিংঙাখম ময়ূরধবজনা পুবীরম্মী । ইলেক্ট্রিক লৈত্রিঙৈদা হেশু লেম্প অমদি পেত্রোমেক্স না ড্রামাগী লাইটিংগী থবক তৌরম্মী । অখাক-অরাওনচিংবা অঙম্বা টেক্নিক খরসু মতম অদুদগী হৌনা পুথোকপা হৌরকখি ।

ড্রামাগী ম্যুজিক কোন্সার্ট কী থৌ পুবিখিবদি ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহনি থোকচোম অঙৌবা সিংহনা তবলা পায়বিখি ।

ইং ১৯৪২ মেগী তাং ১০ দা ইম্ফালদা বোম তাদুনা লৈবাক কাং-খোং চাইবদা হোল অসিগী ড্রামাগী মপোৎ মচৈ কয়া মাঙখিবতা নত্তনা হোল অসি মিলিটরীনা শীজিন্নদুনা লৈখি । মতুংদা অমুক ময়াম পুনশিন্নদুনা হান্নগীগুম লীলা চখুখি । হোল অসিদা লীলা কয়া শান্নখিবগী মনুংদা স্বর্গীয় ললিত সিংহ অমদি স্বর্গীয় খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহনা ইবিবা অমদি বাংলা লোন্দগী হন্দোকপা কয়া অমনি । মমিং পনবা য়াবা লীলাশিংগী মনুংদা ললিত সিংহগী 'সতী খোংনাং', 'অরেপ্পা মরুপ' খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহগী বাংলা লোন্দগী হন্দোকপা-- 'দেবলা দেবী', 'কর্ণার্জ্জুন', 'য়ুমগী মৌ', 'রমের সুমতী', 'মখোয়সু মীনি', 'আলেকজেণ্ডর' না অথোইবনি । লময়ানবা অনী অসিনা লীলাদা তোখাই-তোখাইবা শক্তম লাংবীদুনা কাওবা য়াররোইদবা মিংচৎকী উরোং খিনবিরম্লে। কলাকার অনী অসিগী লমজিং মখাদা লীলা ফম্বাক্তা শরুক য়াবিরম্বা কলাকারশিংদি -- নিংথৌজম তোম্বী সিংহ, হিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা, হঞ্জবম নীলমণি শর্ম্মা, খাইদেম বিহারী সিংহ, মাইবম রামচরণ সিংহ, শারুংবম অমুজাও সিংহ, ক্ষেত্রিময়ুম ইবোহল সিংহ, চান্দম গোপাল সিংহ, এলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ, থোকচোম ইবোহল সিংহ, লৌবুক্তোংবম শ্যামো শর্ম্মা, অশেম দিনমণি সিংহ, গুরুময়ুম রবীন্দ্র শর্ম্মা,

ইরেংবম পবিত্র সিংহ, এলাংবম চন্দ্র সিংহ, ইন্দ্রকুমার শর্ম্মা, শোরেনশংবম নবকান্ত সিংহ অসিনচিংবা কয়ানি । নুপী কলাকারশিংদি অরিবম নিংঙোল মানবী দেবী, ক্ষেত্রিময়ুম রঞ্জনী দেবী, মৈত্রম নিংঙোল মেধা দেবী, লাইময়ুম থম্বাল অঙৌবী দেবী, কমলিনী দেবী, সুনীতি দেবী, অমাকচম বিনো দেবী, গুরুময়ুম সুর্যমুখি দেবী, মনমোহিনী দেবী, রাধরানী দেবী, কমলা দেবী, লোইতাম ইবেতোম্বী দেবী, শান্তি দেবী, কমলিনী দেবী, থম্বাল অঙৌবীমচা, বালা, মেধাবতী, কেতুকী, তেলেম ওংবী সুশীলা, দসু, রাঃকুঃ সাবিত্রী, রাধামণি, রাঃকুঃ তম্ফাসনানচিংবা কয়ানা এমঃ ডিঃ ইউঃগী লীলাদা শক্তম লাংবিখি । মতম অসিদা মমিং লৈখিবা ড্রামাশিংদি 'রাশি', 'হাওরং লৈশং শাফবী', 'শরত পূর্ণিমা', 'কাকয়েল নোংদম', 'য়াইরিপোক থম্বালনু', 'ময়া সংসার', 'নিংঙোল', 'শকুন্তলা', 'মুমগী মৌ', 'কেগে লমজা', 'রামের সুমতী', 'মখোয়সু মীনি', 'আঙেকজেগুর', 'মৈতৈ খুঙ্গং' অসিনচিংবনি । হায়রিবা লীলাশিং অসি ১০০দগী হেন্না, মসিং খংদনা শান্নখিবা ঙাক্তনি । এমঃডিঃইউঃ গী ড্রামাগী ঈচেলদা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক য়ৌখিবদি মতাং অসিৱাইদনি হায়জনীংই ।

পনবা য়াবদি ইং ১৯৫৪ দা ইউনিয়ন অসিনা সংগীত নাটক অকাদেমি, নিউ দিল্লীনা শীল্লাঙবা ভারত পুম্বগী ওইবা ড্রামা ফেষ্টিভেলদা শরুক য়ারুবা 'হাওরং লৈশং শাফবী' না ফোক কেটেগোরিদা অহানবা মনা ফংদুনা পীক্লবা ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লৈবা চীং লৈবাক মণিপুরগী মিং অমসুং মতীক মগুণ ভারত শীন্না তাকপা ঙমজখিবা অসিনি । শক্লাইরবা থিয়েটর ৱার্কর মমা ৱারেকরনা ড্রামা অসি উরগা অসুম্না মশাগী মত পীখি:-

*'The Manipur Dramatic Union, Imphal, presented "Haorang-Leishang Shaphabi". Though geographically situated in a distant and remote corner of India, the Acting, Dances and Song in the play were of a very high order. Many provinces which consider themselves forward could take a lesson from this troup'(Sangeet Natak Akademi Bulletin, 3rd of July 1955)*

ফম্বাক্কী থৌদাং পুবিরম্বা মতম অদুগী মীওইশিংনসু য়াম্না মরম চানা মরীলৈননা চঙখোন্না মথৌ পাংথোকপিখি । মখোয়শিং অদুদি— লৈমপোকপম গুণি সিংহ, চিংঙাখম অমুবী সিংহ, কুঞ্জো শর্ম্মা, রাঃকুঃ বিজয় সিংহ, অশেম অমুবা সিংহ, ব্রহ্মচারীময়ুম হরিদাস শর্ম্মানচিংবনি । রাঃকুঃ চন্দ্রজিৎসনাগী ষ্টেজগী পেন্টিং আর্টনা অমুক্কা হেন্না ভাবক্কী পূক্লিং শুমহৎখি । ইলেক্ট্রিক লাইটকী খুদোংচাবা



'আলেকজেণ্ডর' প্লেগী সীন অমা (এমঃ ডিঃ ইউঃ গী অঙনবা মতমগী আর্টিষ্টশিং) ১৯৬৩ ইং



'ছুটি' প্লেগী সীন অমা (ওযদগী- লাইশ্রম বাবু অমদি মাইবম বামচবণ) ১৯৭২ ইং



মমৌ ইবেম্মা প্লেগী সীন অমা (ওগদগী মানবী দেবী লক্ষ্মোনি দেবী অমসুং অশালতা দেবী) ১৯৮৫ ইং



'শবেন চনগ্রবী' প্লেগী সীন অমা (বেদাবাণী দেবী অমসুং অতৈ আটিষ্টশিং) ১৯৯৫ ইং

ফংলকপদগীসু ফম্বাক-থৌরাংগী ফজবা, খুদোং চাবা হেনগৎহনখি। ধনেন্দ্র সিংহ, গৌরবিধু শর্ম্মা, হরিদাস শর্ম্মা, যুগীন্দ্র সিংহ, বাবু শর্ম্মনচিংবনা লাইট অমসুং সাউণ্ডগী থৌদাংসু পুবিখি।

অঙনবা অমদি ময়াই ওইবা মতম অসিবাইদা ঈশৈ-নোংমাইগী মায়কৈদা মায়পুননা পুবীরম্বশিংদি :- য়াম্বেম শশিমোহন সিংহ, লাইশ্রম গৌরহারি সিংহ, থোকচোম অঙৌবা সিংহ, নন্দৈবম ইবোয়াইমা সিংহ, ঙাংবম নিমাই সিংহ, গুরুময়ুম ইবোয়াইমা শর্ম্মা, চান্দম তারাকান্ত সিংহ, চান্দম গোপাল সিংহ, নীলকান্ত শর্ম্মা, লাইশ্রম বীরেন সিংহ, এলাংবম জলচন্দ্র সিংহ অসিনচিংবনি। যন্ত্রগী ইনোং হাপ্পদা চাউরবা থৌদাং য়াবীরম্বা অহল-লমনশিং অসি এমঃডিঃইউঃ না মতম পুম্নমক্কী ওইনা কাউবা লৈররোই। খরা থেঙথরবা মতমদা ঈশৈ-নোংমাইগী থৌদাং পুবীরম্বশিংদি নোংমাইথেম পাহাড়ী সিংহ, বোখুলমখোঙ ইমো শর্ম্মা, লাইময়ুম তোম্বা শর্ম্মা, লাইশ্রম গৌরাচান্দ সিংহ, ফুরাইলাৎপম ইবোয়াইমা শর্ম্মা, ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বী সিংহ, অশেম বিমলা দেবী,অরাম্বম যমুনা দেবী, সুনীতি দেবী অসিনচিংবনি। কলাকারশিং অসিনা ড্রামাগী ফজবা অমুক হেন্নৎহনখি। বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী চাউরবা থৌদাং কয়াসু ঈশৈ-নোংমাইগী মতাংদা হৌজিক ফাওবা শরুক য়াবীরি। মোইরাংথেম কুলা সিংহ অমসুং মাগী কাংলুপ্নসু এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ঈশৈ-নোংমাইগী থৌরমদা অচৌবা শরুক য়াবীরম্মী।

শক্তম শেম্বা (মেক-অপ) কী মরু ওইবা আর্টিষ্টশিংদি :- কাঙবম লালা সিংহ, বিহারী সিংহ, ঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহ, হিজম ভদ্র সিংহ চিংঙাখম কুমার সিংহ না মরু ওইবনি। হৌজিক্তি শক্তম শেম্বগী থবক অসি অমুক্কা হেন্না মরুওইরে হায়না নীংদুনা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না মেক-অপ ট্রেনিং ইনষ্টিটুট্যট, ডি.তি. আই. (এমঃ ডিঃ ইউঃ) লিংখত্নুনা হৌজিক হৌজিক ক্লাস চথবা হৌরে। লাইশ্রম ইবোয়াইমা সিংহ-প্রিন্সিপাল, বি.কে. সিংহ, অথোকপম খোলচন্দ্র সিংহ-ওঝা অহুমনা অৱাবা থৌদাং কয়া পুবিদুনা মেক-অপকী ইনষ্টিটুট্যট অসি চথরি।

মাঙজিল থাবীরম্বা কলাকারশিংগা লোয়নননা অনৌবা কলাকার কয়ামুক পূনশিন্দুনা এমঃ ডিঃ ইউঃগী লীলাগী খোঙজেল হেন্না কনখৎনবা হৌনখি। অনৌবা কলাকারশিংদি :- অখাম ক্ষীরগোপাল সিংহ, অয়েকপম বুধচন্দ্র সিংহ, বীরজিৎ ঙাঙোম্বা, কাংঙবম বীরবাবু সিংহ, কালীমাই খোম্মৈ শর্ম্মা, খাঙেম্বম যুগীন্দ্র সিংহ, হিজম শ্যামধবনি সিংহ, তেলেম উপেন্দ্র সিংহ, জি. জয়কুমার শর্ম্মা শোরাইশেম কেশোরাম সিংহ, লাইশ্রম বাবু সিংহ, রাঃকুঃ স্নাজাওবা

সিংহ, থোকচোম মনাওবী সিংহ, চোংথাম গুণিন্দ্র , ইবোতোম্বী রাইখোম, ব্রজবাসিময়ুম যুগলচন্দ্র শর্ম্মা, লমাবম গজেন্দ্র সিংহ, দেবেন সিংহ, পৃয়োবর্ত্ত সিংহ, নুপী কলাকারদা-- বিমলা, ওমিতা, হেলেন, রাধারানী, একাশীনি, বেদরানী, কিরন, বীণাসখী, নির্ম্মলা, মেধামচা দেবী, ইবেয়াইমা দেবী, মোহিনী, কানন, তন্দন দেবী নচিংবা কলাকার কয়ামুক্না এমঃ ডিঃ ইউঃ গী রঙ্গমঞ্চদা মখোয়-মখোয়গী থৌদাং মতীক চানা য়ারি । হোংলক্লিবা মতমগী য়াওন্দা মখল-মথেলগী ড্রামা কয়া পুথোক্তুনা ড্রামাগী জগত্তা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ইজ্জত পুরক্ল বা লেপ্তুনা হোৎনরি ।

লেপ্তুবা মতমগী ঈচেলদা মমাংঙৈগুম নুপীশিংনা ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা কা মনুংদা লৈবগী মহুত্তা সমাজগী ওইবা থবক-থৌরাং কয়াদা শরুক য়ারকপগা লোয়ননা অনৌবা লাইরিক লাইশু হৈরবা নুপী কলাকার কয়াসু এমঃডিঃইউঃ দা লীলা য়াওননবা চঙলক্লি । মখোয়না লীলা কয়াদা শরুক য়াদুনা ইউনিয়ন অসিগী মিংচৎ মাঙদনবা হোৎনবি । নুপী কলাকার কয়ানি খরাগী মিং পনবা তাববদা :- হৈস্নাম ইন্দু দেবী, আশালতা দেবী য়ুম্নাম নিংঙোল রজনী দেবী, চান্দনী দেবী, এলাংবম যুগেশ্বরী দেবী, লাইময়ুম গায়ত্রি দেবী, রাঃকুঃ বেদরানী, ললিতাবী দেবী অসিনচিংবা কলাকারশিংনা হৌজিক-হৌজিক্কী ওইনা শরুক য়াবি ।

অতোপ্পা লীলাগী য়াওল অমনা হান্নগী ট্রেডিশনেল প্লেগী মওংসু মাংহন্দনা মতমগী ওইবা এক্সপরিমেন্টল, ক্রিয়েটিব থিয়েটর কয়াগী বার্কশোপ পাঙথোক্তুনা অনৌ-অনৌবা কলাকার ডিরেক্টর কয়াসু চোংথোরক্লি । ইং ১৯৭২ দগী হৌনা এমঃ ডিঃ ইউঃ না হীরম অসোমদসু অচৌবা থৌদাং পুরক্লি । অনৌবা ডিরেক্টরশিংগী মনুংদা-- হিজম শ্যামধবনি সিংহ, তেলেম উপেন্দ্র, লমাবম গজেন্দ্র, চোংথাম গুণিন্দ্র অসিনচিংবা নহা ওইরিবা ডিরেক্টশিংনা অনৌবা থিয়েটরগী ট্রেণ্ড অসিদা লেপ্তুনা চঙশিল্লক্লি । ■

# ওঝা নিংথৌজম তোম্বী সিংহগী অবদান

*খোলচন্দ্র অথোকপম*

নিংথৌজম তোম্বী সিংহ ইং ১৯১৬, সেপ্টেম্বর তাং ১০ দা কৈশামথোং সনা জন্মস্থান্দা পোকখি । অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মিং নিংথৌজম মুক্তা সিংহ অমদি হৈয়াম নিংঙোল অমুবী দেবী কৌই । অদুনা ওঝা অসিবু হৈয়াম তোম্বী হায়বগসু লৈবাক্তা খঙনৈ । কলাকার অসিনা লীলাগী লম্দা চঙশিল্লকপগী অহানবা মখদ হুনখিবর্দি মহাক্কী পোক্ক ফমসু ওইরিবা চুড়াচান্দ মহারাজগী পোক্কফম সনা জন্মস্থান্দা মহারাজগী মপোক কুমওন পাঙথোকপগা মরী লৈননা চহী খুদিংগী শান্নখিবা লীলা কয়াদুনা ওইখি । মশাগী চহী ১৫ রোম শুরকপা অদুবাইদা মতমদুগী ড্রামাগী ডিরেক্টব ওইরম্বা চোংথাম ময়ুরধবজনা 'অভিমন্যু বধ' লীলাদা হান্না কুল্লম্বা মী অমগী মহুৎ শিন্দুনা 'ব্রজ' গী পার্ট অদু মাবু শাহনখি । মমৈদদি মহাক্কা পুরা শাখি । মসিনা মহাক্কী পুন্সিগী অহানবা ওইনা লীলা ফম্পাক্তা খোঙদাবনি ।

বোম তাপ্পবা মতুং ইং ১৯৪৫ দা মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিয়ন্দা চঙদুনা 'মায়া সংসার' লীলাদা মীনাই অমগী শক্তম শাবদা মীয়াম্মা য়াম্মা থাগৎনখি । ইং ১৯৫৪ দা নিউ দিল্লীদা পাঙথোকাখবা 'নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিবেল' দা শরুক য়াদুনা ফোক কেতেগোরিদা 'বেষ্ট প্লে' ফংখ্রবা 'হাওরং লৈশং শাফবী' লীলাদা তবুং নিংথৌগী শক্তম লাংখি । মণিপুরনা ভারতকী থিয়েটরদা মায়পাক্কা চঙশিনবা ঙমখিবদু ভারতকী ক্রিটিক কয়ানা পাউ-চেশিংদা থাগৎনরকখি । হায়রিবা লীলা অসি ওঝা সোরোখাইবম ললিতনা ডিরেক্সন পীরগা নিংথৌজম তোম্বীনা মতেং পাংবনি । মওং-মরিন তাবা মণিপুরগী ফোক ড্রামা অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা মহাক্কা অচৌবা থৌদাং অমা মায়োক্কখি । খুবায়দা লৈবা পেনাগী ওঝা চুংখাম মাণিক্তগী পেনাগী চপচাবা শৈহেক শৈদা ৱাঙাঙনচিংবদু মতম চঙনা, য়াম্মা কন্না হোৎনদুনা খঙবা ঙমখি । পূম্নমক অদু হায়রিবা লীলা অসিদা শীজিন্নদুনা মৈতৈগী ওইবা মওংদা পুথোক্তুনা হৌজিক মীয়াম্মা য়ানরবা মণিপুরী ফোক ড্রামাগী মওং অসি ওইহনবা ঙমখি । মসি মণিপুরী ড্রামাগী ঈচেং দা অচৌবা অহোংবা অমনি । পূম্নমক অসি মহাক্কী অচৌবা কথোকপগী মপান্ননি হাযবসি অখঙ-অহৈ পূম্নমক্তা য়ানবি ।

এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মতম কুইনা ডিবেক্টব এক্টব ওইবীরম্বা ওঝা সোরোখাইবম ললিতনা থুপখিবদগী ওঝা তোম্বীনা এমঃডিঃইউঃ গী ডিরেক্টব অমা ওইনা থৌ পুবা হৌবকখি। এমঃ ডিঃ ইউঃ দা মহাক্না ইহান-হান্না ডিরেক্সন পীখিবা লীলাদি ইং ১৯৫৬ তা পুথোকখিবা 'লাইবক চাউবী' হায়বা সামাজিক লীলা অসিনি। ইকোন-কোন্না ডিবেক্সন পীখিবনা ইং ১৯৮৪ দা পুথোকখিবা 'খম্বা খম্নু' লীলা অসিনি। মহাক্না পুন্না লীলা ৬০ রোম ডিবেক্সন তৌরম্বগী মনুংদা ৩৪ রোমদি এমঃডিঃইউঃ গীনি। লৈবাক মীযাম্না পাম্না য়েংনখিবা লীলাশিংগী মনুংদা 'মায়া সংসাব', 'তোনু লাইজিংলেম্বী', 'নিংগোল চেপ্তুর বান', 'নিংগোল চেপ্তুর তু', 'য়ুমগী মৌ', 'কেগে লমজা', 'রামের সুমতী', 'মখোয়সু মীনি', 'মেবার পতন', 'আলেকজেণ্ডর', 'মাগুভুরবা মণি', 'অনুতাপ', 'কৃষ্ণ অবতার', 'চহী ৭ খুন্তাকপা', 'চেঙ কিলো অমা', 'খম্বা খম্নু' অসিনচিংবনি। তোম্বী সিংহনা মপুক্সিদা লীলা ১০০দগী হেন্না শক্তম লাংখি। ইং ১৯৫৮ দা পুথোকখিবা মহাক্না ডিরেক্সনা তৌবা 'কেগে লমজা' ফোক ড্রামা এ.আই.সি.সি. গী গুবাহাটি সেসন্দা উৎনবা খল্লকখি। ইং ১৯৬১ দা উৎখিবা 'মখোয়সু মীনি' লীলাদা পেনবিবদগী চীফ কম্মিসনার জে.এম. বাইনা লুপাগী মেডল পীদুনা ইকায়খুম্নবিখি।

মহাক এমঃ ডিঃ ইউঃ গীতা নত্তনা মণিপুবগী তোভান-তোঙানবা থিয়েটর ইউনিট কযাদসু লীলা তম্বীরম্মী। পব্লিক থিয়েটব, ওল মণিপুব কলচরেল এসোসিয়েশন, নাট্য সঙ্গীত সংঘ, মণিপুর সেক্রেটরিয়েট ক্লব, নহারোল নাট্য সভানচিংবা মমিংবা পনবা য়াই।

ওঝা তোম্বী, থিয়েটরগী লম্‌দতা নত্তনা ফিল্মগী লম্‌দসু শরুক যাবমই। এন. এস. ফিল্মসনা পুথোকখিবা 'শাফবী' ফিল্মদা তবুং নিংথৌ শাখি। ফিল্ম অসিদা মহাক্না এডভাইজর অমা ওইনসু থৌদাং লৌখি। থিয়েটরগী লম্‌দা মশাগী পুন্সিবু কখোল্লবা মহাক্কী থৌদাংবু খঙবিবদগী ইং ১৯৭৬ তা মণিপুব ষ্টেট কলা একাডমী এবার্ড পীদুনা ইকায়খুম্নখি। লোযননা মণিপুবী সাহিত্য পরিষদনা ইং ১৯৮০ দা 'নাট্য ভুষণ' অমদি নহারোল সাহিত্য সভানা 'নাট্য বিশারদ' মিংথোল পীখি। মণিপুরগী কলাকারশিংগী মরক্তা ওঝাগী তাঙ্গলবা দানবু খঙবিদুনা 'এন. টি. থিয়েটর' হায়না লিংখত্তুনা হিংহন্নবা হোৎনরি। মসিদা ঐখোয় পুম্নমক্না পুক্নিং থৌগৎপনা ওঝাগী মফমদা ইকায়খুম্নবা উৎ‍নি।

পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক মণিপুরী থিয়েটরগীদমক কখোকপিরল্লবা অমদি অনৌবা নাট্যগী মফম অমা কল্লম্বদা খ্বাইদগী মপুং ওইনা থৌদাং লৌবল্লবা ওঝা নিংথৌজম তোম্বী সিংহ ইং ১৯৮৮ গী ফেব্রুবাবী তাং ১৯ দা তাইবংপান থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা তিনখি। ■

# থিয়েটরদা ম্যুজিক্কী মরুওইবা

*নোংমাইথেম পাহাড়ী সিংহ*

অইবা লীলাবু ড্রামা হায়না খঙনৈ । ড্রামাসিবু অমুক ষ্টেজদা পুখত্তুনা লীলা ওইনা শক্তম লৌনদুনা শান্নরকপা অদুবু থিয়েটর হায়না খঙনরে । অসিগুম্বা থিয়েটর অসিদদি মওং অমা নত্ত্রগা অমদা ম্যুজিক্কা তৎন-থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ । থিয়েটরনা হৌরকপদগী হৌনা অনি অসি থাদোক্লবা য়াদনা লোয়নদুনা লাক্লি । গ্রীক্কী ক্লাসিকেল ট্রেজিদি অমদি কমেদিশিংদা কৃষ্লিবা কেরেক্টর অমসুং কোরসকা লোয়ননা বাঁশী খোংবা অমা ওর্কেষ্ট্রাগী এরিয়াদা চঙলক্লুনাএক্টরশিংনা পাঙথোক্লিবা লীলাগী শরুক্তা বাঁশী খোংবগী চৎনবী অমা লৈরম্মী ।গ্রীক থিয়েটরদা লীলাগী দায়লোগ নত্ত্রগা স্পীচ অদু কাব্য (শৈরেংগী মওং) দা লোইন্নমক ঙাঙনরম্মী । বাঁশী খোংবা অদুনা, ঙাঙলিবা ডাইলোগ দিলিভরী অদুগী মতুংইন্না য়াম্না চম্না বাঁশী অদু খোংদুনা ম্যুজিক একোম্পেনিমেন্ট তৌই । শান্নরিবা লীলা অদুগী মখা পোন্না ডাইলোগ অমসুং এক্টিং অদুবু হেন্না ফজনবা মতেং পাংবগী মওংদা খোংবনি । মমিং চৎলবা ফিলোসোফর প্লুটার্ক কী মত্তা গ্রীক থিয়েটরদা ম্যুজিক্কী মথৌদি উৎলিবা লীলা অদুবু হেন্না ফজবা মগুণ হাপ্পা হায়বসিনি ।

ইউরোপকী লৈবাকশিংদা থিয়েটরগী রিনাসা অমা লাকপগা লোয়ননা মোদর্ন ড্রামাগী ইহৌ অমা লাকখি । এলিজাবেঠান ম্যাস্ক (জগোয় ঈশৈগা কোন্নবা ড্রামাগী মওং অমা) অমসুং ১৮ শুবা শতাব্দী গী ইটলীগী ওপেরাদা ম্যুজিক অসি থিয়েটরগা থানবা য়াদ্রবা শরুক অমনি হায়না লৌনরম্মী । কবিতা অমদি বীররসকী ডাইলোগ দিলিভরিগা থিয়েটরগা থাদোক্লরকপা মতাংদগী ম্যুজিক্কী মথৌ অসি খরা হন্থরকখি । ডাইলোগ নত্ত্রগা স্পীচকী খুৎঙাং অসিনা কাব্যগী মওংদগী প্রোজগী মওংদা ওল্লকপদগী ম্যুজিক্কী মথৌ হন্থরক্পগী ইহৌ অসি পৃথিবীগী ওইনা চৎনরক্লি ।

মণিপুরদা ড্রামাগী ঈহৌ চঙলকখির্বাসি বেঙ্গল ফাওরগা লাকখিবনি । লাইনিং-লাইশোন ওনখিবগা লোয়ননা হান্নগী ইনাৎ-ইচু অমদি হৌন-চৎনবীদা অওনবা কয়া লাকখি । গৌরধর্ম্মদা ওনশিনখিবদগী বাঙ্গালগী চৎন-লোনচৎ ফিজেৎ-চাকচা তম্লক্লুনা অচৌবা অওনবা লাকখিবতা নত্তনা বাংলা কল্চরগী অকনবা শাফু পীরকপা লোয়ননা এডুকেশনগী মেদিয়ম বাংলানা ওইরকপদা

বাংলা সাহিত্যগী অচৌবা শাফু লাকপা হৌখি । মতাং অসিদনি বাংলা থিযেটবনা মণিপুরদা চঙলকখিবসু । ইং ১৯০৩ গী অদুৱাইদা বাবুপাডাদা বাঙ্গালীশিংনা ভিক্টোরিয়া ক্লব অমসুং বাবুপাড়া থিয়েটর হোল লিংখৎখি । হোল অসিদা বাংলা লোম্দা ড্রামা শান্নবা হৌখি । মতম অদুগি মৈতৈ মচা মবক্তগী বাংলা হৈবা মীওই খরসু বাংলা লোম্দা শান্নবা প্লেশিংদা পার্ট কৃমদুনা লীলা যাওখি, লোয়ননা বাংলা কীর্তনিয়া শৈশক- শৈদা কয়া লীলাদা শীজিন্নবা হৌবকখি । লাইনিং-লাইশোন, লোনচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচা ওনখিবনা লমদমসিগী ওইবা ঈশৈগী শৈশক কয়া ইমারোম্দা শকচ-শোঞবগী নুংঙাইবা পূম্নমক মাঙখিদুনা বাংলা ঈশৈ কীর্তনিয়াচিংবা ঈশৈ-শৈদানা ঐখোয়গী শৈশক ওইনা চৎনবম্মী । ইমালোম্দা ঈশৈ শকচবা ফাওবা মাংই হায়দুনা থিংলম্বা মতাং অমা লৈবম্মী । মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না মৈত্রবাক মচাশিংগী মরক্তা মমালোম্দা ড্রামা শান্নবা পামজবা মীওই কয়া থোরকখি । মতম অদুগী ড্রামাদা থৱায় য়াওবা, মণিপুরী থিয়েটরগী লময়ানবশিংনি হায়না লৌনরিবা মখোয়গী থম্মোয়দা মৈতৈ লোম্দা লীলা শান্ননীংবগী অকনবা ইথিল ফাওরকপগা লোয়ননা মমালোম্দা লীলা ইদুনা শান্নবা হৌখি । স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা ‘নরসিংহ’ ইদুনা শান্নখিবা অসিনা ইরমদমগী লোম্দা ইনাৎ-ইচুদা শান্নজবা ইহান হানবা লীলানি হায়না লৌনরি । লীলা অসিগী ম্যুজিক্কী মতাংদদি থোইদোক্লা অকুপ্পা ৱারোল ফংদে । স্থায়ী ওইবা প্রোসিনিয়ম থিয়েটরদা চাংনাইনা ‘নরসিংহ’ শান্নখিবগী ৱাবোল থেংনদে । মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন, এরিয়ান থিয়েটরনচিংবা স্থায়ী ওইবা, মশাগী ওদিটোরিয়ম লৈববা মতুংদা চাংনাইনা লীলা শান্নবা হৌবকখি । মতাং অসুৱাইদগী লীলাগী ম্যুজিক্তা ঈশৈ হাপ্লগী অমদি যন্ত্র-সংগীত শিজিন্নবগী মওং অসি চথরকখি । মতম অদুৱাইগী ষ্টেজ প্লেগী ওইনা ম্যুজিক কম্পোজর কয়া থোরকপা হৌরকখি । মমিং পনবা য়াবগী মনুংদা লাইশ্রম গৌরহরি সিংহ, চিংঙাখম রাধাচরণ সিংহ অমদি য়াম্বেম শশিমোহন সিংহ মখোয় অসিনি । মখোয়গী মরক্তা ষ্টেজ প্লেদা খ্বাইদগী চাউনা, মতম শাংনা ম্যুজিক কন্ত্রিব্যুত তৌরম্বদি গৌরহরিনি । শীংথানবা য়ারবা ষ্টেজ-ঈশৈ কয়া মহাক্লা শেমদুনা থম্মীরম্মী । মহাক্লা কম্পোজ তৌবম্বা লীলাগী ঈশৈ কয়া মীয়াম্না যাম্না পামনরম্মী অমদি শক্করম্মী । এমঃ ডিঃ ইউঃগী ম্যুজিক কম্পোজর ওইনা স্বর্গীয় গৌবহরি সিংহনা সংস্থান অসিগী লান মমাঙগী লীলা কয়াগী ঈশৈ অমদি ম্যুজিক কম্পোজ তৌবীরম্মী । মতুংদা রূপমহল থিয়েটরগী ম্যুজিক কম্পোজর ওইনা লৈখি ।

মণিপুরদা ড্রামাগী ম্যুজিক হায়রগা লৌনবল্লিবা অসি প্লে অদুগী ঈশৈ সুর পানবা ওইনা লৌনবম্মী । প্লে অমগী সীন-সীনগী ওইবা অখন্নবা ম্যুজিক

কম্পোজ তৌদুনা শীলা পরিংশিংনা বেকগ্রাউন্দ ম্যুজিক শীবগী থবক্তি ইতৌ তৌরমদবগুম তৌই -- ইথেং থেংনদে । ইউরোপিয়ান লৈবাকশিংদদি থিয়েটরগী ম্যুজিক অসি য়াম্না চেকশিন্না কম্পোজ তৌনরম্মী ।

ষ্টেজ প্লে অমগী ম্যুজিক অসি মরুওইনা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই :- ১) ইন্টরল্যুড ম্যুজিক, ২) ইনসিডেন্টল ম্যুজিক অমসুং ৩) স্পিসিয়ল্লী কম্পোজদ ম্যুজিক ।

সীন অমদগী সীন অমা হোংবগী মরক্তা শীবা ম্যুজিক অদুবু ইন্টরল্যুড নত্ত্রগা ব্রিদজ ম্যুজিক হায়না খংনৈ । অসিগুম্বা ম্যুজিক অসিগী মথৌদি লাক্কদৌরিবা সীন্দা ওইগদৌরিবা ষ্টেজগী ব্যুজনিস (মুড) অদু উৎপনি । অদুনা ওইরক্কদৌরিবা থৌদোক্কা মরী লৈন্নরা শেমশাবা ম্যুজিক, মরী লৈননা শীজিন্ননবা ম্যুজিক্কেল কম্পোজিসন, সীন অমগা সীন অমগা তাইননা খোংবা অদুবু ব্রীদজ নত্ত্রগা ইন্টরল্যুদ ম্যুজিক হায়না কৌই । মসিগী ম্যুজিক অসি নোংচুপ্লোমগী থিয়েটরদদি য়াম্না মরুওইনা লৌনৈ । মণিপুরদদি মসিগী কান্নবা মথৌ খঙনা শীজিন্নবা থেংনদে । সীন ইনবগী অরাঙবা অদু খরা অদুক ফাথনবা খোংবা ওইনা শীজিন্নবগুম তৌই ।

থিয়েটরগী য়াম্না মরুওইবা ম্যুজিক্তি ইনসিডেন্টল ম্যুজিক হায়বা অসিনি। সীন পরিংদা তোঙান-তোঙানবা মুড নত্ত্রগা থীমদা লাক্কদৌরিবা ইমোশনগা মরী লৈনবা থৌদোকশিং অদুবু হেন্না তরং তরং ময়েক লানা চোংথোকহন্নবা, সপোর্ট তৌনবা শীরিবা ম্যুজিক অদুবু ইনসিডেন্টল ম্যুজিক কৌই । লমদম খরদদি বেকগ্রাউণ্ড ম্যুজিক হায়নসু খঙনবা য়াওই । ইনসিডেন্টল হায়না কৌবনা হেন্না চুম্বা ৱাহৈ ওইগনি । নুংঙাইবা, অৱাবা, অশাওবা, নুংশিবা, অকিবা, অখংবনচিংবা হ্যুমেন সেন্টিমেন্ট অমদি ইমোশন ফোংদোকপদা শীজিন্নরিবা ম্যুজিক অমদি ইফেক্টনচিংববু ইনসিডেন্টল ম্যুজিক হায়না থিয়েটরগী ম্যুজিক্তা খঙনরিবনি ।

অহুমশুবদা, স্পিসিয়েল কম্পোজিশন ম্যুজিক হায়বদি শীলাদা থওইনা হাপ্লা জগোয়-ঈশৈগী ম্যুজিকপু খঙনৈ । ইউরোপিয়ান থিয়েটরদদি ম্যুজিক হাপ্লা তারবদি য়াম্না চেকশিন্না নিয়ম অমগী মখাদা কায়হন্দনা হাপ্পবা হোৎনৈ । হেক্তা হাপচিন্দে, কৃপ্লা নৈনৈ । শীলা অদুবু শেম-শাগদৌরিবা ডাইরেক্টর, স্ক্রীপ্ত রাইটর, ম্যুজিক পুগদৌরিবা ডাইরেক্টর নত্ত্রগা কম্পোজর -- মখোয় অহুম তোয়না ফম্মীন্নদুনা কোক চুঙশিন্নৈ । প্লেদুদা চঙগদবা ম্যুজিক, প্লে অদুগী মতাং-মতাংনা দিমান্দ তৌরিবা ম্যুজিক ময়ামদু কৃপ্লা খন্নৈ ।

ঐখোয়গী লমগী থিয়েটরদদি মথক্কী অসুম্মা সিরিয়স ওইনা খন্নবা খক উদে। প্লেগী রিহার্শেলদা নোংমতা কোক চুঙশিন্নবা, খন্নবা লৈতে। প্লে অদু উৎকদৌবা নুমিত্তা যন্ত্র খোংবা খরা পূল্লগা উৎলিবা, চথরিবা সীনদু করম্বা ম্যুজিক দিমান্দ তৌরিবগে খঙদনা অরাকপা অমা হেক্তা খোংবনা অয়াম্বনি। অসুম্মা চথবা অসিনা উৎলিবা লীলাবু সপোর্ট তৌবগী মহুত্তা অকায়বা পীবা তোয়না থেংনদবা নত্তে। য়াম্মা খুদোং চাদবা অমনা ষ্টেজদা লৈরিবা ম্যুজিক কাঙবুগী ফম্ফম অসিনি। চথবিবা লীলাগী পার্ফোর্মেন্স অদু ম্যুজিক্কী অখোংবা কাঙবুনা মপুংফানা উবা য়াম্মা মরুওই। মণিপুরগী থিয়েটর হোল অয়াম্বদা অখোংবা অয়েবা কাঙবুগী ফম্ফম অসি নীংথিজনা শীনবা থেংনদে। ম্যুজিক্কী কাঙবুগী ফম্ফমদি, নোংচুপ্পমদদি ষ্টেজগী মমাঙদা থম্বা ঙাক্তনি। মসিনা ষ্টেজ দা লীলা কৃল্লিবা এক্টরশিংগী পার্ফোর্মেন্স ম্যুজিক্কী কাঙবুদা নীংথিনা উবা ফংহল্লি। ষ্টেজ পার্ফোর্মেন্স নীংথিনা উরবদি অখোংবশিংদা --এক্সটেমপোবদা খোংবা তারবসু, হেন্না খুদোংচাবা পী। মসিগী মরুওইবা মরম লৈতবা নত্তে ; মণিপুরদা লীলা-ফালা, ঈশৈ-নোংমাই তৌবনা হিংবদি য়াম্মা ব্রানা থোক্লি। লীলা তৌরিবা, খোংলিবা, য়েরিবা, থীল্লিবা পূম্নমক অসি মতীক চাবা মমল অমত্তা ফংবা নত্তে, অয়াম্বনা পামজবদগী তৌবনি। অদুনা শিনফম ওইবা (প্রোফেসনেলিজম) ব্রাৎলকই। শেল মতীক চানা পীদবনিনা য়াম্মা চেৎশিন্না পুন্দুনা থম্বসু ঙমদে। মরম অসিনা তৌনিংবা কয়া তৌবা ঙমদবগী খুদোং চাদবসু লৈতবা নত্তে।

লেঙদবা থিয়েটর হোলশিংদা মেলোড্রামাগী ওইবা লীলা য়াম্মা পাম্মনা চথরিঙৈদদি ম্যুজিক্কী থৌদাং অসি য়াম্মা চাউরম্মী। হৌজিক্কী থিয়েটরদদি অনৌবা ঈচেল কয়া লাক্লে। অনৌবা মওংগী লীলা কয়া চাংয়েংনরক্লে। পৃথিবীগী ওইনা অনৌবা ট্রেন্দা এক্সপরিমেন্টল প্লে কয়া উৎনরক্লে। ম্যুজিক্কী থোইদোকপা দরকার লৈতবগুম তৌরক্লে। ম্যুজিক শুকয়াও য়াওদবা প্লে কয়া থোরক্লে -- শীজিন্নরবসু এফেক্ট ম্যুজিক্কী মওং ওইনা শীজিন্নরক্লে। মণিপুরদা ড্রামা-লীলা মরুওইনা কম্মর্সিয়েল থিয়েটর মরায় চায়থবগুম তৌরে। ভাবক ব্রাৎনবক্লে, মতম শাংনা রেগুলর শো উৎপা ঙমলক্ত্রে। লীলা মরায় চায়থরকপগা লোয়ননা ষ্টেজ প্লেগী ম্যুজিকসু শিথরকপা মশানা তাবনি। হৌজিক হৌজিকমক কম্মর্সিয়েল বেসিস্তা লীলা চথরিবা অসি মরুওইনা এমঃ ডিঃ ইউঃ অমসুং রূপমহল থিয়েটর অনীসিতা ঙায়রক্লে হায়বা য়াই। সংস্থান অনী অসিনা হিংলিবমখৈদি ড্রামা ম্যুজিক্কী মফম খরা মখৈদি লৈখিগনি হায়নিংই। ■

# ড্রামা ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট--এমঃডিঃইউঃ

*খোলচন্দ্র অথোকপম*

এমঃ ডিঃ ইউঃ বু লিংখৎপিরম্বা লাইশুরু কয়ানা মণিপুরী থিয়েটরগী মুভমেন্ট অমা শাগৎনবা অমদি লেঙদবা হোল অমা শাননবা হোৎনবকপদা মখোয়গী পুক্সিগী অয়াম্বা শরুক কখোক্লখি । মতুংদা লীলা থরায় য়াওবা মীগী মশীং হেঙ্গৎলকপা অমদি অনৌবা, ফজবা লীলা পুথোক্লবা হোৎনরকপদা অনৌবা থৌরাং কয়া পায়খৎপা তারকখি । তোঙান-তোঙানবা ডিপার্টমেন্ট খায়দোক্লদুনা মানা মানা হৈনবা লম্‌দা মায়পুননা থবক তৌদুনা লীলা পুথোক্ল বা হোৎনখি । ইং ১৯৭৪ দগী হৌনা মেক অপকী ওইবা ডিপার্টমেন্ট অমা লৈরকখিবা লোয়ননা ইং ১৯৭৬ তা ঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহনা দিল্লীগী নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাদগী মেক-অপকী কন্দেন্স কোর্সতা ট্রেনিং লোইরকপা মতমদা মহাক্কী ওঝা কাংঙবম লালানা এমঃডিঃইউঃ গী মেক-অপ হৈনিংবা নহাবোল কযাবু ট্রেনিং তৌনবা ৱাফম হৌদোকখি । ইং ১৯৭৬, মেগী তাং ৯ দা মেক-অপ অমসুং গ্রীন রুম সব-কমিটিগী মেম্বরশিংনা ইনষ্টিট্যুট অমা লিংখৎনবা ৱাফম অসি অহানবা ওইনা পুন্না খন্নখি । মতম অদুদা য়াওখিবা সব কমিটিগী মেম্বরশিংদি-- ঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহ (চিয়ারমেন), লাইশ্রম ইবোয়াইমা সিংহ (কনভেনর), চিংঙাখম কুমার সিংহ, লাইশ্রম বাবু সিংহ, এ. থোইবা সিংহ, টি.ঐইচ. ইবোতোমচা সিংহ, ডব্লিউ ইবোতোম্বী সিংহ, য়ুম্নাম বীরেন সিংহ অমদি পেবম বীরকুমারনচিংবনি । মতমদুদা এমঃডিঃইউঃগী চেরিটি শো উৎপা খুদিংদা মেক-অপকীদমক মমিংতা ওইনা পীবা শেনফম অদু তুংশিন্দুনা অমদি সব-কমিটিগী মেম্বরশিংনা খায়নদুনা ট্রেনিং পাঙথোকপদা চঙগদবা মচাকশিং শেম-শারম্মী । ট্রেনিং তৌনবগী ৱাফম অসি সব-কমিটিনা গোভর্নিং বোডিদা হায়বদগী ইং ১৯৭৬ অগষ্ট তাং ২৯ দা গোভর্নিং বোডিনা খন্নদুনা মসিদা এক্তিং কোর্সসু য়াওহল্লগা 'ড্রামা ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট' হায়না কৌদুনা ইনষ্টিট্যুট অসি গোভর্নিং বোডিগী খ্রীৎয়েং মখাদা থম্বা অমদি মসিদা মেম্বর নত্তবা মীওইশিংদসু তম্ম নবগী খুদোংচাবা ফংহনবগী ৱাফমসু য়ানখি । থবক ওইনা হেক ওহ্লোকপা অমদি এক্টিং কোর্স হাপ্লবা শীন্দোকপদা মতম খরা চঙখি । অদুনা খুদোং চাদবা খরা লৈবদগী মেক-অপকী কোর্স তমক অহানবা ওইনা হৌবা হায়বসি য়ানখি ।

মেক-অপকী ট্রেনিংগীদমক ইন্টর্ভিয়ু তৌদুনা খল্লবা মীওইশিংদু জুলাই তাং ১৮, ১৯৭৭ তা মতমদুগী ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্কী ডি.সি. ওইরম্বা চবুংবম ইবোহল সিংহনা চীফ গেষ্ট ওইদুনা, ফংসন অমগা লোয়ননা ক্লাস অদু এমঃ ডিঃ ইউঃ দা হোলদা হাংদোকখি ।

মতম অদুদা মেক-অপ ক্লাস অসিগী দায়ত্ব পূম্নমক ঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহনা পুরম্মী। কাংঙবম লালা সিংহনা মণিপুরগী অরিবা মেক-অপ্তা চৎনরম্বা মওং-মতৌ তম্বিদুনা ভিজিটিং গুরু ওইনা থৌ পুরম্মী । অহানবা হাংদোকপদদি ক্লাস অদু থা ৬ খক্তংগী ওইনা হাংদোকপনি, অদুবু মপূং ফানা চথবদা চহী অমা চঙখি । ট্রেনিং মনুং-সেপ্টেম্বর থাদা মণিপুরগী অরিবা কলচর থিজিন্নবগীদমক নুমিৎ হুম্নিগী ওইবা ষ্টদি টুর অমা অন্দ্রোদা চৎখি । মতুংগী চহীশিংদা ট্রেনিং অদু থা ৬/৬ কী ওইনা চথখি । ইং ১৯৮০ দদি স্বর্ণজিৎ সিংহনা লাপ্পা পোষ্টিং তাখিবদগী ট্রেনিং অদু লেপ্লুই । অদুবু হাঙলিবা মতমশিং অদু, হান্নদগী মেক-অপ পামজদুনা হোলদা লৈরিবা ওঝাশিং, অহল-লমনশিংগী তুং ইন্দুনা তম্লকপা মীওই অমদি ট্রেনিংদা পাস তৌরবা ছাত্রশিংদুনা লীলা কয়াদা মেক-অপকী অনৌবা চাঙয়েং তৌদুনা হীরমসিবু খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনখি । ইং ১৯৮৬ তা ইনষ্টিট্যুট অসি অমুক হন্না থবক চথবা হৌরকখি । মথং-মথং ওইনা অঙনবা মতমদা ছাত্র ওইরম্বশিং— অথোকপম খোলচন্দ্র অমসুং পেবম বীরকুমারবুসু ওঝা ওইহন্দুনা ক্লাস চঙহনখি । হায়রিবা মতম অসিদা ইনষ্টিট্যুটকী ফীবমদা অহোংবা খরা লাকখি । এমঃ ডিঃ ইউঃ দা মেক-অপ য়াওরম্বা মীওই কয়া মথৌ চিনবদগী থাদোক্লখিদুনা অনৌবা ছাত্রশিং শেমগত্তুনা থবক পুহনখি । তম্বিবগী সিলেবস্তা মতমগা চূনবা মওং অমা শেমদুনা চৎনবা হৌখি । ট্রেনিং লোইরবা ছাত্রশিংগীদমক এপ্রেন্টিস প্রোগ্রাম অমা অকক্লবা নিয়ম অমগী মখাদা শেমখি ।

ইং ১৯৮০গী ডিকেড অসি মণিপুরগী ভিডিও ফিল্মগী অকনবা ঈহৌগী মতম্নি । মদুনা মেক-অপ তম্নিংবা মীগী মশীংসু হেঙ্গৎলকখি । এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মেক-অপ্তা পুরম্লবা, চহী খরা মেক-অপ সব-কমিটিদগী পোথারুববা ওঝা লাইশ্রম ইবোয়াইমা জুলাই থাদগী অমুক য়াওদুনা ডি.টি. আই. গী ইনষ্ট্রক্টর ওইরকখি । মতম অদুগী ওঝাশিং অমদি ষ্টাফশিং হাপ্লবা থৌরাং অসি, মতম মতমগী থবক গুম্লনবা মেনেজিং কমিটিনা পাঙথোকই । ইং ১৯৯৩ মেগী তাং ১ দা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী গোর্ভর্নিং বোডিনা ওফিসিয়েল ওইবা মওংদা টিচিং অমদি নন-টিচিং ষ্টাফকী এপোইন্টমেন্ট ওর্দর থোকখি । মদুগী মতুংইন্না ঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহবু প্রিন্সিপাল, লাইশ্রম ইবোয়াইমবু ভাইস প্রিন্সিপাল, পি. বীরকুমার অমসুং অথোকপম খোলচন্দ্রবু এসিষ্টেন্ট টিচর অমদি এল. কুল্লচন্দ্র অমসুং

এল. ইবোতোম্বীবু মথংশিংনা ক্লার্ক অমদি গ্রেড ফোর ওইনা হাপখি । হান্নদি ওনররিয়ম ফাওবা পীদনা কথোকপগা লোয়নননা থবক তৌরম্বদু মতমসিদগীদি, মমিংতা ওইরবসু খরা খরা পীবা হৌরকখি । মেনেজিং কমিটিনা ওঝাশিংগী য়েংদুনা মতম মতমগী ওইনা ডিমোনষ্ট্রেটরনচিংবসু হাপ্পী । ট্রেনিং অসি হেন্না মপূং ফাননবগীদমক অক্ষ-ফত্তা কয়া খন্ন-নৈনননবা শেমখিবা অহানবা মেনেজিং কমিটিদা য়াওখিবা মেম্বরশিংদি — কাংঙবম লালা সিংহ, ঙাংবম স্বর্ণজিৎ সিংহ, ক্ষীরগোপাল সিংহ, ৱাই. ব্রোজেনচন্দ্র সিংহ, পেবম বীরকুমার সিংহ অমদি অথোকপম খোলচন্দ্রনি । মতুংদদি কমিটি অসিগী মেম্বর কয়া মথং-মথং ওন্দুনা ট্রেনিং সেন্টর অসিগী চাওখৎ-থৌরাংদা শরুক য়াখি ।

ইনষ্টিট্যুট অসিনা হৌবদগী হৌজিক ফাওবা চত্থরকপা অসিদা ওঝাশিংবু অমদি মহৈরোয়শিংবু পূক্লিং থৌগৎপা ওইনা পূকচেল চাউরবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী মেম্বর অমদি অতৈ মীওই কয়ানা মনা/ট্রোফি কয়া দান তৌবিবকখি । ষ্টেজ --লাইট পুবীরম্বা ফুরাইলাৎপম শরত শর্ম্মানা ইহান হানবা ওইনা ইং ১৯৮৯ দগী হৌনা ফাইনেল পরীক্ষাদা মকোক থোংবা ছাত্রদা পীবা ট্রোফি 'অমুসনা নীংশিং মনা' কৎপিরকখি । ইং ১৯৯২ দা লাইশ্রম ইবোতোম্বী অমদি লাইশ্রম ভোগেন্না লমচৎ ফজবা ছাত্রদা পীগদবা মনা 'লাইশ্রম নেত্রজিৎ নীংশিং মনা', কাংঙবম মেমা দেবীনা ইনষ্টিট্যুটকী খ্বাইদগী চাং নাইনা কাবা ছাত্রদা পীগদবা মনা 'কাংঙবম লালা নীংশিং মনা' কৎপিরকখি । ইং ১৯৯৫ দা থোকচোম মনাওবী সিংহনা খ্বাইদগী নীংথিনা তম্বীবা ওঝাদা পীগদবা 'থোকচোম ইরায়লৈমা নীংশিং মনা' কৎপিখি । নাম্রম লেনিন সিংহনসু ইং ১৯৯৭ তা, ফাইনেল পরীক্ষাদা ক্রাফট সবজেক্তা খ্বাইদগী ফবা ছাত্রদা 'এন.এস.কে. অথোই মনা' পীবিরকখি । চহী অসিদা খরিবম তাম্না মীতৈনসু মেক-অপকী প্রাক্তিকেলদা খ্বাইদগী হেন্না মার্ক ফংবা ছাত্রদা পীগদবা 'খরিবম গন্ধার নীংশিং মনা' দান তৌবীখি । হোল অসিগী ম্যুজিক ইন-চার্জ ওইবীরম্বা ৱাই রাজেন (গীতর) অমদি ইং ১৯৯৩দগী ৯৭ ফাওবদা তমখিবা ছাত্র-ছাত্রী কয়ানসু ইনষ্টিট্যুটকী অৱাৎ-অপা য়েংশিনবীদুনা শকয়েং মিংশেল, ফান, কেমেরা, টেপ রেকোর্ডর, ওফিস কাগী চৌকী, লাইব্রেরীগী আলমিরা অমসুং লাইরিক্লচিংবা দান তৌবিরকই ।

চহী খুদিংগী ওইনা ইনষ্টিট্যুট অসিনা মশাগী ফাউণ্ডেশন ডে অমদি ওঝাগী নুমিত্তা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা পাঙথোকপা জগোয়, ঈশৈ অমদি লীলা কয়া উত্তুনা বার্তণ তৌদুনা লেঙবিরকপা ভাবকী মমাঙদা সংস্কৃতিগী থৌরম কয়া পাঙথোকই । মসিনা মখোয়দা মখল-মথেল কলাগী অপাম্বা পোকহল্লি । উৎখিবা লীলাশিংগী মনুংদা 'সীতা বন্দা থাবা', 'য়োংনা তন য়েনবা', 'ককম্ব্রবা

কোকয়াম', 'মুনিসু জগোয় শাবীসু', 'হিংচাবী চাকথা' মমিং পনবা য়াই । মসিতসু নত্তনা এডল্ট এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা বোর্ড লিটরেসি ডেগা মরী লৈননা পাঙথোকপা থৌরমদা 'থেঙমল্লবনি' হায়বা লীলা অদু ত্রেনিশিংনা উৎখি ।

হৌজিক ফাওবদা (১৯৯৮) ইনষ্টিট্যুট অসিনা মেক-অপকী ছাত্র ৫০০ গী মথক্তা পুথোকখ্রে । মখোয়শিং অদুগী মরক্তা কয়া অমনা হীরমসিগা মরী লৈননা সরকারগী কর্ম্মচারী ওইরি, কয়া অমনা লনাই ফিল্ম ইন্দষ্ট্রিদা য়াওদুনা ফিল্ম পুথোকপদা শরুক য়ারি, কয়া অমনা থিয়েটর ইউনিটশিংদা মেক-অপকী থৌ পুরি, খরা অমনা লুহোং-খোংদোংবা, জগোয়-ঈশৈ-লীলানচিংবদা মেক-অপ তৌদুনা মশাগী শেন্থোক লম্বীদা মতেং ওইনরি । মীওই খরদি মশাগী পুন্সিগী কে-মৌবগী লম্দা মীৎ-না শিংদুনা কান্নবা ফংনরি । অসুম্না ইনষ্টিট্যুট অসিনা থল্লিবা পান্দমগী মনুংদা ফনা-য়াম্না মপূং ফারে হায়বা ৱাখল অসিগা লোয়ননা মেক-অপকী ফণ্ডামেণ্টল ওইবা নিয়ম খঙহন্নবা হোৎনবদা খরগী মখৈদি মহে য়াম্লে হায়জনীংই । হেন্না মপূং ফাবা ইনষ্টিট্যুট অমা ওইহনবা ঙম্নবা হোৎনবদা মীয়ামদগী সহযোগ নির্জবি ।

# ললিত কলাদা সংগীত

# (Music in Fine Arts)

*বি. জয়ন্তকুমাব শর্ম্মা*

নোংমা থিয়েটর অমা হৌদোকপগী থৌরমদা ভারতকী শক্লাইরবা ষ্টেজ অমদি ফিল্ম এক্টর নাট্যাচার্য্য পৃথিবীরাজ কপুরনা ইংবাজী লেখক অমগী অইবা পল্লদুনা হায়খি,-তাইবঙ মীনা খুৎ অমদি খোঙনা তৌরিবা থবকপু 'শূ-নোম্বা' (পরিশ্রম-Labour)কৌই । বুদ্ধি অমদি জ্ঞান শীজিন্নদুনা পাঙথোকপা থবকপুনা 'খুৎহৈবগী থবক' (শিল্প-Craftsmanship) কৌই । পুক্লিং অমদি থম্মোয়গা লোয়ননা তৌরিবা অদুবুনা, ফৃ গায়না শাৎপা লৈনা লৈনম য়েনবগুম পূক্লিংদা নুংশিবগী লৈনম য়েল্লিবা 'কলা' হায়বসিবু খঙনৈ ।

ভারতকী ৱাখল্লোন্দা কলা মখল ৬৪ লৈ । চাক থোংবা, ফি-শাবা, ফুরিৎ তূবা, হুরানবনচিংবসিসু কলাগী মনুং চল্লি । অদুবু ললিত কলা (Fine Arts) হায়রগদি মাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমদি মগুণ লৈজে । অদুনা কলা খূদিংমক

